ꯅꯨꯄꯤꯒꯤ ꯌꯥꯀꯥꯏꯔꯣꯜ

# নুপীগী য়াকায়ঁরোল

(অনৌবা ইদিসন)





দা ঃ যামিনী দেবী



*শ্রীমতি চোংথাম নিঙোল যামিনী দেবীখ্*· ১৯৩৬ কী দিসেম্বব ১৫ দা কৈশামথোং তোপ লৈবক্তা পোকই। অপোকপগী মিং-া চোংথাম বেনুধব সিংহ, অপোকপীনা বাজকুমাবী সনাতোম্বী দেবীনি। পুখ্রম্বম বাইকুমাব সিংহ তেবা কৈথেলদা লৈবগী লোইনবীনি। মচানুপা অনীগী মমানি। মহাক এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী মাষ্টব অফ এদুকেশন, পাটনা ইউনিভর্বসিটিদগী দিপ্লোমা ইন ফিজিকেল এদুকেসন এন্দ স্পোর্টস, গৌহাটি ইউনিভর্সিটিদগী বিটি অমসুং পিএচদি, বৃটিশ ইন্সটিটিউটদগী দিপ্লোমা জর্নেলিজমনি। মহৈ মশিং তমলকপদা মকোক থংদুনা বৃত্তি ফংদুনা লাকই। শান্ন খোংনবগী লমদা প্রাইজ, সার্টিফকেৎ, থ্রি ষ্টাবস ফংবা মীশকনি। দি এম কোলেজপুল্লিঙৈদা ফিজিকেল এদুকেশন অমসুং স্পোর্টসকী ওজা, জি পি রুইমেন্স কোলেজদা এদুকেশনগী বিদব, দি: এম: কোলেজঅফ কম্মর্সগী প্রিন্সিপাল ওইবম্মী। শ্রীমতি যামিনী একাদেমিক, কলচবেল, সোসিযেল ওগানাইজেসন কযাগী মেম্বব ওই। এদভাইজবী বোর্দ মেম্বব নেহরু যুবক কেন্দ্র, নিউ দিল্লি, এদভাইজবী বোর্দ মেম্বব এন সি সি, নিউ দিল্লি, স্পোর্টস অথবিটি অফ ইন্দিযা নোর্থ ইষ্ট এদভাইজবী কমিটিগী মেম্বব ওইনা থৌদাং যাখি। মণিপুব ষ্টেট কাউন্সিল ফোব রুইমেন, স্পোর্টস কাউন্সিল, টেক্সবুক কমিতিগী মেম্বব ওইনসু থৌ পুবমই। মণিপুব লিগেল এইদ এন্দ এদভাইস বোর্দ (১৯৯০ ৯৭) অমসুং মণিপুব লিগেল সার্ভিস অথবিটিগী (১৯৯৮ ২০০৩) মেম্বব, মণিপুব . কঞ্জুমব দিস্পুট বিদ্রেসেল কমিশনগী মেম্বব ওইনা থৌদাং লৌবমই। মণ
ইউনিভর্সিটিগী বোর্দ অফ ষ্টদীজঅমসুং সিনেটগী মেম্বব ওইনা থৌদাং লে।
শ্রীশ্রীগোবিন্দ বাসেশ্ববী পালা মকপকী প্রেসিদেন্ট ওইনা থৌপুবি। হৌজিকনা
ষ্টেট কমিশন ফোব রুইমেনগী চেযাব পার্সন ওইবি। থবক্তগী পোথাববা তুংদা শ্রী
অমা লিংখাৎ ... ...ুং অঙাংগী চাওখৎ থৌবা, কযা লৌখৎলি। অ শ্রম
ব্রবী অমসুং অঙাংগী টোই ম্যুজিযম হাংদোক্তুনা সমাজগী

ব পীছ কমিটি, ওল ইন্দিযা পীছ এন্দ
ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা মণিপুবগী মনুং
ব, কনফবেন্স কযাদা শরুক যাই।
অমা ওইনা আমেবিকাগী পিটসবর্গ ন
াছ্তা সাহ তৌরুই। নেসনেল বক
২০০৩) মেম্বব ওই। মণিপুবী সা
ল (লৈকোল) গী লাইফ মেম্ববনি। খৃ
ওইনা সাহিত্যগী থৌ পুই। মণিপুবগী
বনেলদা, মেগাজিন্দা আর্টি
ওইবমই। অঙাংগী তম্নবা ে
হন্দক ফোংলিবা লাইবিক '
। মানা ইবা "খঙনিংবশিংদো" হা
া মনা পীখি। লাইবক ৩০গী মথক্তা





ড্সোথোর্ণ [illegible]

# নুপীগী য়াকায়রোল

দাঃ যামিনী দেবী

**Nupigi Yakairol (New Edition)**
**Essays on women issues**
*by Dr. Jamini Devi*



*Published by* : **Raipravina Brothers Publication,**
**Sagolband, Tera Bazar, Imphal**



*Frist Publication* : February, 1997
*Second Publication* : February, 2001
*New Edition* : May, 2009

*Copy* : 1000

*Price* : Rs. 90/-

*Cover* : Author with her students while she was teaching at G.P. Womens' College, Imphal (1972).

*Available at* : MSCW's Office, Lamphelpat
Writer's residence.
Rajesh Book Stores, Governor Road, Imphal

*Printed at* . **CD BYTE COMPUTERS,**
Yaiskul Police Lane, Imphal

*Published with the financial assistance from the Manipur State Commission for Women vide Resolution No. 42 dated 28th April, 2009*

কাঙ্খোকচবা

ওংপী নৈবীরবী, তুহংপীরবী,

মশাগী হক ফংবা ঙমজদ্রবী নুপীশিংগী মফমদা

যামিনী

## ৱাহৈ খরদং

### (অহানবা অমসুং অনীশুবা খুৎনমগীদা)

ঙসিগী হোংলকলিবা সমাজ অসিদা নুপীশিংনা অশোনবী, পাঙদবী ওইদুনা লৈবা য়ারক্লে। শীংনরকপা কয়াবু মায়োক য়াবা ঙম্মবা নুপীশিংগী মথৌনা, মরিংজেন হেন্না ফুদোকপগী তঙাইফদবা মতমদু লাক্লে। মসিগীদমক সমাজদা লৈবা অন্ধবিশ্বাস, মতমগা চূনদ্রবা চৎনবী কোকহনবা তাই। অদুগা লোয়ননা নুপীশিংদা মথৌনা হাপ্পীনবা, মখোয়বু লাইরিক-লাইশু হেন্না হৈহন্নবা, মখোয়দা ইথিল পীবা লাইরিক পুথোকপা য়াম্না দরকার ওই। হৌজিক্কী মতমদা ইউনিভরসিটি খরদদি নুপীগী স্টদীজ সেল হাংদোক্লুনা নুপীগী মরমদা রিসার্চ তৌবা, লাইরিক ইবা হৌখ্রে। লমদম অসিগী ওইনদি নুপীগা মরী লৈননা নৈনদুনা ইবা, মখোয়দা ইথিল পীবা লাইরিকফাওবা ইরৈ লৈত্রি হায়বা য়াই।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা হীরমশিং অসি নুপীগা মরী লৈনবা ঙাকনি। অয়াম্বনা ঙাঙনরবা, খঙনরবা হীরমশিংনি। হীরমশিং অসিদা অখঙ অহৈশিংনা থিজিন্দুনা পুথোকপা দাতা কয়া হাপচিন্দুনা লাইরিক অসিদা পুথোকচরি। ফোঙদোকলিবা ৱাফমশিং অসিনা নুপীজা কয়াগী মথৌনা মরিংজেলবু য়াকায়বদা খরদং কান্নগদ্রা খন্দুনা লাইরিক ওইনা ইদুনা ফোঙদোকচবনি। মসিনা সমাজদা নুপীগী ফিভম ফগৎহন্নবদা মতেং খরদি ওইগনি হায়না থাজবা থমলি। পুথোকলিবা লাইরিক অসি অনিরক শুবা খুৎনমনি। ময়াম্না লাইরিক অসি দরকার লৈ তাকপীরকপদগী নৌনা অমুক নমদুনা পুথোকচরি।

অইবী

# অইবীগী ব্রাহৈ খরদং

(অনৌবা ইদিসনগী মতাংদা)

সমাজদা নুপীগী ফিভম ফগৎহন্নবা নুপীশিংগী শক্তি য়াকায়হনবা তঙাইফদবনি। মসিদা মতেং ওইননবা খৃ: ১৯৯৭ দা "নুপীগী য়াকায়রোল হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমা ফোংজখি। খৃ: ২০০১ দা লাইরিক অসিগী অনীশুবা খুৎনম পুথোকখ্রে। হৌজিক অহুমশুবা খুৎনম পুথোকলো খরনা তাকপিরকখি। মসিদগী খঙবদি লাইরিক অসিনা নুপীশিংবু য়াকায়হম্বদা খরদং কান্নবা ফংলে হায়বসিনি। হোৎনজবগী মহয় য়াল্লে খঞ্জে।

চহী ১০ মুকসিদা সমাজদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। সরকারনসু নুপীগীদমক কান্নবা থৌরাং কয়া লৌখৎলকলে। নুপীগী ফিভমসু খর ফগৎলকলে। নুপীগী অধিকারদা শীংনবা কয়াবু মায়োক্লনবা, মখোয়দা অচুম্বা বিচার ফংহন্নবা, মখোয়না খুদোংথিবা, অৱাবা থেংনবদা ব্রাকৎফম ওইবা "মণিপুর ৱুইমেন কমিশন" লিখৎতুনা থবক তৌবা হৌখ্রে। মতাং অসিদা "নুপীগী য়াকায়রোল" লাইরিক অসিদা নুপীশিংনা খঙবদা কান্নগদবা ব্রাফম খর হাপচিনবা, ব্রাফম খর হোংদোক হোংজিন তৌবগী তঙাইফদবদু লাক্লে। অদুনা অহুমশুবা খুনম অসিগীদমক নৌনা অমুক হাপতোক হাপচিন, শেমদোক শেমজিন তৌরগা অনৌবা ইদিসনদা নুপীগী য়াকায়রোলসি অমুক হন্না পুথোকচরি।

মণিপুর ৱুইমেন কমিশননা লাইরিক অসি ফোংবদা শেলগী মতেং খর পীবিরকপগীদমক থাগৎচরি।

অইবী

# য়াওরিবশিং

# নুপীগী শক্তিবু য়াকায়হনবা

নুপীগী শক্তিবু য়াকায়হন্নবগীদমক নুপী মরীনা চহি ১২ চুপ্না লেপ্তুনা খোঙনা খৃঃ ১৯৬৭ কী ওক্তোবরগী ২৫ দগী হৌদুনা ভারত, নেপাল অমসুং শ্রীলঙ্কাগী খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎতুনা পাউজেল শন্দোকলুবদু শিংথাবা য়াবা থৌরম অমনি। মদু হৌখিবা মফমদি নুপীগী শক্তিগী চাংয়েংফমনি হায়না আচার্য্য বীনোবা ভাবেনা লিংখৎখিবা ব্রহ্মবিদ্যা মন্দিরদগীনি। নুপী মরীদুদি হেমা ভারালী, নিরমল বেদ, লক্ষ্মী ফুকন, দেবী রিজাৱানীনি। মখোয়না মাইল ৩০,০০০ হেন্না খোঙনা চৎতুনা অহিংসা, শান্তি অমসুং নুপীগী শক্তিগী পাউজেল পীরমই। চহি ১২ গী খোঙচৎ মপুং ফাবগী থৌরম অমা ৱার্ধাগী পৌনর আশ্রমদা খৃঃ ১৯৭৯ গী ডিসেম্বরগী ৩০দগী ১৯৮০ গী জানুৱারী ১ ফাওবদা পাঙথোকখি। মদু পৃথিবী পুম্বগী নুপীগী সনমেলননি। মদুগী হিরমনা "উইমেন্স পিলগ্রীমেজ টু স্পীরিচুয়েল ফ্রীদম"। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক ২০দগী নুপী ১০০ রোমনা মদুদা শরুক য়াবা লাকখি। ভারতকী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটতগী নুপী ১৫০০ রোম হেনবনা সভা অদুদা শরুক য়ারগা পূম্নমকনা শান্তিগী, মরুপ মপাং ওইবগী নুপীগী শক্তি হেনগৎহনবগী পাউজেল পুদুনা হন্নখি।

নুপীগী শক্তি হেনগৎহনবগী মতাংদা অয়াম্বনা সমাজগী অমসুং শেন্থুমগী মতাংদা নুপীবু হেন্না নিংতমহন্নবা অকনবা শাফু পীনৈ। অদুবু লোক যাত্রা অমসুং কনফরেন্স অদুগী পান্দমদি নুপীগী নুংগী অধ্যাত্মিক শক্তি হেনগৎনবা, চাওখৎনবনি। মদুতনা সমাজদা অওনবা অমসুং শান্তি পুরক্কনি হায়বগী ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইবনি। নুপীশিংনা মশাগী অধ্যাত্মিক শক্তি অসি

হেনগৎহল্লবদি ধর্ম্মগী, জাতিগী, কাঙলুপকী, লোলগী রাজনিতিগী ঙমখৈগী ৱাংমদা য়ৌবা ঙমগনি। মশাগী অশোনবা কয়াবু নমথদুনা ইমুংদা, লৈকাইদা, খুঙ্গংদা অমসুং মফম অতৈদা শান্তিগী ঈরীক খিকপা ঙমগনি। সমাজবু অদুম্বা মায়কৈদা পুরকপা ওইথোক্কনি হায়বা অশোমদনি বীনোবাজীনা স্ত্রী জাগৃতিগী ইনোৎ হাপ্পীরম্বা।

বীনোবা ভাবেগী মাংদা মহাত্মা গান্ধীজীনা ভারতকী নুপীশিংগী শক্তি ফুদোক্লবগীদমক লমজিং মৈরা চুখৎপীরম্বনি। পর্দাগী মরুমদা লৈহল্লমবা নুপীশিং কৌথোক্লুনা, অহিংসা নীতিগী থৌরবা খুৎলায় শীজিন্নহন্দুনা আন্দোলন্দা থৌদাং লৌহনখিবনি।

হৌজিক্কী মতমদা মীওই কয়ানা, সংস্থান কয়ানা প্রোগ্রাম কয়া লৌখৎতুনা নুপীবু সমাজদা থাক ৱাংনা থম্নবা হোৎনরে। নুপীগী য়াইফবা পুরক্লবগীদমক সংবীধাননা অধিকার কয়া পীরে, খুদোংচাবা কয়া পীরে, আইন কয়া অমসু শেমদুনা লৈখ্রে। অদুনা মরম ওইদুনা নুপী খরদি মতিক মঙাল ফুদোকতুনা সমাজদা খুদোল তম্বা হৌরে। অদুম ওইনমক নুপী অয়াম্বগী ওইনদি মথৌনা, মরিংজেল ফুদোকচবা ঙমদনা লৈরী। সমাজদা ঙসি নুপী অয়াম্বদি মীয়ামগী নুংঙাইহন্নবা, পেলহন্নবা পোৎশক ওইদুনা হিংলি। নুপীগী হকচাংবু মওং চাদনা পোষ্টরদা, সিনেমাদা লাইরিকতা উখোকলি। জ্ঞান তাদবদগী নুপীশিংনসু মশাবু লৈতেং য়াম্না তৌদুনা নুপাদা মীহৌবা পোকহল্লি। মতাং অসিদা টোলস্টোয়না হায়রম্বদু নিংশিংবা য়াই - "সমাজদা নুপীশিংদি নুপাগী নমথ শাসন মখাদা লৈবনা পঙথদুনা লৈরে। মখোয়গী অহিংসাগী শক্তিবু য়াকায়বা ঙল্লবদি মখোয়বু অশোনবী, অবলা কৌরিবসি য়ানিংলোই"। মহাক্না হায়রম্বসি ঙসিসু চুমলি। ঙসি সমাজদা নুপাশিংনা নুপীগী মমা ওইবগী শক্তিদু লান্না নমদুনা শীজিন্নে; মদুগী খুদোংচাবা লৌবী। অদুগা অমুকসু ইজ্জৎ মাঙলবনি হায়দুনা মখোয়দুবু সমাজনা ইম্থোকই। অসুম্না নুপীদি অশোনবীনি, নুপাগী মখা পোনবনি হায়না নমদুনা মীয়ামদা থাজহল্লি।

মসি কোকহন্নবা পাম্বৈদি নুপীশিংগী অধ্যাত্মিকী, অহিংসাগী শক্তি য়াকায়হনবনি হায়বসি য়াম্না চুম্বা ৱানি। মরমদি শক্তিগী হৌরকফমদি নুপা নত্রগা নুপীগী হকচাংদা লৈতে। আত্মানা হৌরকফমনি। আত্মাদি নুপা নুপী খায়দে। মী অদুনা মহাক অসি আত্মানি হায়না খন্দুনা থবক চথরবদি শক্তিদু থোরক্কনি অমসুং নুপা নুপীগী খেন্নবদু মাঙখিনি হায়না অখণ্ড অহৈনা মত পীরি।

নুপীশিংনা মখোয়বু লাইরেম্বীগুম পুজা তৌবীবসু পামদে। য়ুমদগী হেন্দোক্তনা নমশিন্দুনা থম্বীবসু পামদে। মখোয়না পামই মী অমা ওইনা হিংবগী লেমজবদু। অসিগীদমক নুপীশিংনা হোৎনবা তারি। মশাগী মগুন শক্তি ফুদোকপা তঙাইফদবা ওইরি। মসিগীদমক খ্বাইদগী মরুওইবা পাম্বৈদি অচুম্বা মখলগী শিক্ষা ফংহনবদুনি। মশানা মশাবু মশক খঙজবা ঙম্বা, নুংগী শক্তি হেনগৎহনবা অচুম্বা, ফজবা, অফবা হায়বা ভেল্যুজ খঙবা ঙম্বা শিক্ষাদুনি।

মশাগী শক্তিবু য়াকায়রবা নুপীশিংনা পুন্না অমতা ওইবা অকনবা শক্তি ওইহনবা তাই। মখোয়না নুংশিনবা, থাজনবা, মতেং পাংনবগী শক্তিদুনা সমাজবু অফবা মওংদা অওনবা অমসুং শান্তি পুরক্কনি। অসিগীদমক নিংহন্নবা লৈতনা নুপীশিংনা মাংলোমদা চংশিনবা তাই। ❑

# মণিপুরী সমাজদা নুপীগী ফিভম

মণিপুরী সমাজদা নুপীগী থাক করিনো হায়বসি তোয়না হংনরিবা ৱাফম্নি। মসিগী মরমদি মণিপুরী সমাজগী চাওখৎপগী থাক লেপ্লদা নুপীগী থাক অদুনা লেপ্লবগীদমক্তনি। মীওই খরনদি মণিপুরী সমাজদা নুপীগী থাক ৱাংনা লৈ হায় অদুগা খরনদি থাক হন্থনা লৈ হায়না মত পী।

সমাজদা নুপীগী থাক হায়বসিদি ৱাংই নত্রগা নেমই হায়না ওন্নবা অককনবা পাদম লৈবা নত্তে। ইড়ুকেসনিষ্ট আলটেকরগী মত মতুংইন্নদি সমাজদা নুপীগী থাক হায়বসি সমাজ অদুনা নুপীবু লোয়নরিবা মওং, আইননা নুপীশিংদা পীরিবা অধিকার, সমাজনা মখোয়দা পীরিবা খুদোংচাবশিং, মখোয়গী লমচৎ অমসুং মখোয়না পাঙথোকপা থবক অদুনা লেপকদবনি হায়। সোসিওলোজিষ্ট সেরী ওটনরনা হায়বদি নুপীগী থাক লেপ্লদা পোৎচং অহুম চঙই হায়। পোৎচংশিং অদুদি (১) জাতি অদুগী সংস্কৃতিনা, নুপীবু অমসুং নুপীগী মপোৎ-মচৈ অদুগা মখোয়না মরী লৈনবা পোৎশিংদা হন্থনা য়েংবা য়েংদবা মীৎয়েং, (২) ধর্ম্মগী অমসুং সমাজগী থবক থৌরমদা নুপীশিংনা শরুক য়াবা নত্রগা য়াদবা অসিনি।

অখণ্ড অহৈশিং অসিনা পীরিবা পাদম অসিনা মণিপুর সমাজদা নুপীগী ওইরিবা থাক অদু লেপ্পা তাই। মণিপুরগী সমাজদা নুপীশিংনা মমাংঙৈদগী হৌনা পর্দা শীজিন্নদে। সমাজগী হরাও কুম্মৈ উৎসব মেলাদা নুপীশিংনা য়াওবদা অথিংবা লৈতে। ধর্ম্মগী থবক থৌরম কয়াদা নুপীশিংনা শিললাংদুনা পাঙথোকই। উমং লাই হরাওবা, য়ুমগী লাই খুরুম্বদা নুপী মাইবীশিংনা ইরাৎ

থৌনী তৌই। য়াওশংগী কুম্মৈ, রাস লিলা, জগোই-ঈশৈ নোংমাইদা নুপীশিংনা শরুক য়াই। মণিপুরী সমাজ হায়বসিদা ট্রাইবেল অমসুং মৈতৈ পাঙল য়াওরিবনি। কাঙলুপ অসিগী নুপীশিংসু সমাজগী অমসুং ধর্ম্মগী থবক থৌরমদা শরুক য়াবদা অথিংবা লৈতে।

শিক্ষা ফংবগী মতাংদা নৈনদুনা য়েংবদা খঙবা ঙমই মদুদি মমাংঙৈদা মণিপুরগী মশাগী ওইবা শিক্ষা পথাপ লৈজরমই। মতমদুদা নুপীশিংনা ফংনরম্বা শিক্ষাগী মওংদি নুপী মচাশিংনা ময়ুমদা মমা মবেলদগী ফিশা লোনশা, লোনবা খোৎপা, ইমুংগী থবক ইনখাং, থোং-থাকপা, চৎনলোল ব্যবহার অমসুং ধর্ম্মগী নিতী নিয়ম তম্বা অসিনা মরু ওইবনি। অনীশুবা লাঞ্জাও (১৯৪১-১৯৪৫) গী মতুংদা ইংরাজী-শিক্ষা তম্বগী ইহৌ লাক্লবদা মণিপুরী নুপীমচাশিংনা ইংরাজী শিক্ষা তম্বা হৌনরকখি; মশিংদি য়ামখিদে। ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা তুংদা সংবীধাননা নুপা নুপী অনীমক্তা মান্নবা শিক্ষা ফংবগী অধিকার পী। মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মণিপুরদা নুপী লাইরিক হৈবগী চাং অসি হেনগৎলকখি। খৃঃ ১৯৫১ দা মণিপুরদা নুপী লাইরিক হৈবগী চাং অসি ২.৭৫ নি। মতুংদা নুপী লাইরিক হৈবগী চাং অসি অসুম হেনগৎলকখি। অদুনা খৃঃ ১৯৬১ দা ১৮.৮৭, ১৯৭১ দা ২২.৮৭, ১৯৮১ দা ৩৪.৬১ অদুগা ১৯৯১ দা ৪৭.৬০% ২০০১ দা ৬০.৫০% য়ৌরকখি। অদুম্মদি ওইরবদা নুপানা য়ৌবা থাক অদুদি য়ৌবা নত্তে।

থবক শুনোমদুনা শেন্থুম থোকপগী মতাংদসু মণিপুরগী নুপীশিংনা চাউনা শরুক য়াই। মণিপুরগী কৈথেলদি নুপীগী কৈথেলনি। মসিদা মৈতৈ, চীংমী, মৈতৈ পাঙল নুপীশিংনা ললোল ইতিক তৌই। নুপীনা ফিশা লোনশা তৌদুনা, লৌউ শিংউবদা য়াওদুনা লৈবাক্কী আয় হেগৎহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই। লাইরিক হৈরবা নুপীশিংনা অফিসকী থবক তৌদুনা তলব চারে। খৃঃ ১৯৯১ গী মীকোক থীবদগী খঙবদি মণিপুরগী নুপী মশিং ৬৯৯,৯৪৭ নি মসিগী ৬১% না লৌউ-শিংউবদা, ১২% না খুলংদা, ১২% না

শিংচনবদা, ঙা ফাবনচিংবদা ৪%, ললোল ইতিকতা ৩২%, টেকনিকেল অমসুং প্রোফেসনেলগা মরী লৈবা থবক্তা ৭.৪%, পোৎচৈ পুথোক পুশিন, হোন্দোক হোনজিনগী থবক্তা ৬৬% নি। মসিদগী খঙবদি অৱাংবা থাক্কী লাইরিক হৈদুনা টেকনিকেল অমসুং প্রোফেসনেলগী থবক তৌবা নুপী মশিং য়ামদ্রি। খুৎশুমন খরদং পীরগা থবক তৌহনবা নুপীশিংনা হেন্না য়ামলি। খুৎশুমনগী মতাংদসু নুপীনা নুপাদগী তানা ফংলি। রাজনীতিগী মায়কৈদা নুপীশিংগী থাক হন্থরি। মসিগী মমাংদা ৱারেপ লৌবগী শক্তি লৈবা বিধান সভাগী মীরেপ মীখলদা নুপী অমতা কাখিদ্রি। খৃঃ ১৯৯০ দা নুপী অমা, অদুগা ১৯৯১ গী বাই ইলেকসন্দা নুপী অমা ভোট কাবদু মাগী নুপাবু হাৎখিবদা নুংশিদুনা ভোট ফংহনবনি হায়নৈ। খৃঃ ১৯৯৮ দা আউটর মণিপুর পারলিয়ামেন্টতা নুপী অমা ভোট কাদুনা হাউস অফ দি পীপলগী অহানবা নুপী মেম্বর অমা ওইখি। হৌজিক্তা সিট ৬০ লৈবা মণিপুরগী বিধান সভাদা নুপী অমতং লৈরি। রাজনীতিগী লমদা মণিপুরগী নুপীনা চৎকদবা লম্বী শাংনা ৱাংলি। খৃঃ ১৯৯৫ গী পঞ্চায়েৎ মীখলদা নুপীগী সিট ৩০ থাকতুনা রাজনীতিগী লমদা মণিপুরগী নুপীশিং শোয়দনা শরুক য়াবা ঙম্নবা খুদোংবা অমদি পীরে। ঙসিসু (২০০৯) বিধান সভাদা নুপী এম এল এ অমতমক য়াওরি। ৱারেপ লৌবদা নুপী ইয়াও য়াওদ্রিবসিনা মখোয়গী থাক নেম্না লৈরি হায়বগী প্রমান অমনি।

মণিপুরদা নুপীনা সমাজগী থবক থৌরমদা শরুক য়াদুনসু, শেন্থুম থোকপগী মতাংদা নুপীনা নিংথিনা থৌদাং লৌদুনসু মদুগী চপচাবা মওংদা নুপীশিংনা সমাজদা ইকাইখুম্নবা ফংবদি নত্তে। নুপীগী ফনেক নুপানা পায়বা মাংই হায়বা মৈতৈগী চৎনবী অসি নুপীগী মপোৎপু হন্থনা য়েংবনি। সোসিওলোজিষ্টশিংগী মত মতুংইল্লগদি মসিনা সমাজদা নুপীগী থাক ৱাংই হায়বা য়ারোই। মণিপুরী সমাজদা চৎনরিবা নুপানা নুপী লোনবা, মশানা য়াম্নরে হায়দুনা চেল্লগা লৌন লৈনবা য়াবা, অদুগা ইরাই লাঈনা খাইনবা

য়াবা লুহোংবগী অচেৎপা নিয়ম থমদবা অসিনচিংবা চৎনবীশিং অসিনা মণিপুরী সমাজদা নুপীগী থাক হন্থহনবগী মরম ওইরি।

মতাং অসিদা নুপীশিংনা খঙ্জিনবদা কান্নগদবা ৱাফম অমা লৈরে মদুদি নুপী অমনা মাগী নুপানা মহাকপু হুন্দোকপিরমলে মাবুসু হন্না য়েংবীদ্রে হায়না মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ৱুইমেনদা ৱাকৎ থাগৎলকখি। কমিশননা থিজিল্লবা মতুংদা নুপী অদু লুহোংদনা লৌবা ওইরমখি। কমিশননা নুপা অদুবু কৌদুনা হংবদা নুপীদু মাগী নুপী নত্তে, অঙাংদু মাগী মচা নত্তে হায়খি। লুহোংবগী প্রমান শাক্ষি পুথোকপা ঙমদবনা নুপী অদুনা মশাগী হক ফংবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা অতৈ কয়াসু লৈরি লমদম অসিদা।

মতমগা চুনদ্রবা চৎনবীশিং মুত্থৎতুনা, শিক্ষা নিংথিনা ফংহনবীদুনা এৱারনেস পীদুনা শক্তি হাপকৎপীরবদি মণিপুরগী সমাজদা নুপীগী ফিভম হেন্না ফগৎলক্কনি। ❑

# সমাজদা নুপীশিংনা থেংনরিবা খুদোংথিবশিং

নুপী শেমলমদাইদা ব্রহ্মানা মনায়শিংদা হংই হায় - "পাপ কয়া য়াম্লবগে, নুপী অমা শেম্বা ওক্লদবা ?" মসি ইবেনবোক্না লিবীরম্বা ৱারীনি। ইমা ইন্দোলশিংনসু হায়নৈ - "নুপী ওইনা পোকপদি পাপনি"। অসুম্না লীনরমলিবা ঙাংনরমলিবসি নুপীশিংনা মখোয়গী পুন্সিদা থেংনরকপা অৱাবা খুদোংথিবা থৌদোকশিং অদুদগীনি হায়বসি হৌজিক্তা ভাব তারক্লি।

হৌজিক চাওখৎলে হায়নরবা মতম অসিদসু ইবেনধৌ, ইনে ইন্দোলশিংনা সমাজদা মখোয়না থেংনরকপা ফিভমশিং অদুদগী ইফ ফগৎতনা লৈরি। নীংতম্বা লৈবাক্কী নাগরিক ওইরবনি হায়দুনা নুপীনা নুমিদাংদা অরুবা থবক অমগীদমক মদোম চৎলুবা য়াবা নৎত্রি। ঙসিসু সমাজদা নুপীশিংবু তাথি-তাওইনা, মীচং-মীখায় নাইনা তৌবীবদগী মখোয়না অৱাবা, খুদোংথিবা কয়া নংলি। বিজ্ঞান চাওখৎলে হায়না ময়াম্না দি হরাওনরি। অদুবু বৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোকপদগী নুপীগী মপুক্তা লৈবা অঙাংবু নুপারা নুপীরা হায়বসি খঙবা ঙমলে। নুপী ওইরবদি হাৎলু নুপা ওইরবদি থম্মু অসিনি, ঙসি সমাজসিদা চত্থরক্লিবা।

সরভে রিপোর্ট অমগী মতুংইন্না বোম্বেদা পাঙথোকপা এবোরসন ৮০০০ গী মনুংদা নুপীমচাগী মশিং ৭৯৯৯ ওইরমই হায়। পুক্নুংদা লৈবা অঙাং হাৎপগী থবক অসি দিল্লী, কোলকাতা নচিংবা সহরদা য়াম্না

পাঙথোকই। পুকনুংদা লৈরিঙৈদা হাৎতোকহৌদ্রগা, পোক্লবা তুংদা পীকলিঙৈদা নুপীমচা হাৎতোকপা মীওই কাঙলুপ ভারততা লৈরি।

অব্রাং ভারতকী রাজপুট অমসুং জাট কাঙলুপকী মীওইশিংগী মরক্তসু নিলখোংবা তৌশিন্নরগা মীখঙহন্দনা অঙাং নুপীমচা হাৎতোকপা চৎনৈ। রাজাস্থানদা জয়পুরদগী কিলোমিটর ৯০ চৎলগা লৈবা চকসা হায়বা খুঙ্গংদুদনা নুপী পোকপদা পামদ্রবদি নুংশাস্বর থিংহন্দুনা হাৎলগা ফুমজিল্লি। সালেম ডিষ্ট্রিক্টকী কলার হায়বা কাঙলুপ অদুগীদি নুপীমচা হাৎলগা ইরাৎ থৌনিরবদি মচানুপা পোকই হায়না থাজনরী।

হিংহৌরবা নুপীমচা অয়াম্বগী মরাইবকসু পংফ ফবা নত্তে। লায়রবা মমা মপানা মচানুপীবু অতোপ্পগী য়ুমদা থবক ইনখাং নোমহন্দুনা শেল তালহল্লি। খৃঃ ১৯৮১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না ভারততা নুপীমচা লাক্ষ ৫৪.৮৬ লেমনা শেল তানবদা শীজিন্নৈ হায়রি। শেন্থুমগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবনা হৌজিক্তি থবক শুবা নুপীমচা মশিং অসিদগী য়াম্না হেনখ্রে। নুপীমচাশিংবু অতোপ্পগী য়ুমদা থবক শীজিন্নহল্লগা শেল তালহনবদা খুদোংথিবা কয়া থোকই। অসুম্না থবক তৌজবা নুপীমচাশিংবু য়ুম্থু নুপাশিংনা মীনুংশি য়াওদনা খুদোংচাবা লৌবীবা ইজ্জৎ মাংহনবীবা কয়ানি।

চাওরক্লদুনা ময়ুম পাল্লবদসু অউনপোৎ পীদবগী নুপীশিংবু নুপাময়ুমগী মীশিংনা ওৎ-নৈবীবা, হাৎতোকপীবা য়াওরি। নোংমা কাংদনা নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবগী থৌদোক ব্রাথোক মশীং লাকঙমদনা থোক্লি। করি অমুক হায়গনি অব্রাফমদা তারবা, পুলিস কষ্টদিদা বন্দি ওইরবা নুপীদা ফাওবা নমদুনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবগী থৌদোক সমাজ অসিদা তোয়না থোক্লি। অসুম্না সতীত্ব মাঙহনবীরবা নুপীশিংদুবু সমাজনা অমুক ইস্থোকপী। বি, বি, সি, না চহী খরগী মমাংদা ব্রাহং পরেং অমা নুপীশিংদা থাদুনা মখোয়গী মত লৌখি। মদুদগী খঙবদি নুপী ১০ খুদিংগী অমমমদি মপা, মবুং, মখুরা,

ওজা নৎত্রগা কাউন্সিল্লরনা মখোয়বু খুঙম শাঙম তৌবগী নুংঙাইতবা চৈথেং ফংই। ইউ, এস, কী ইউনিভরসিটিদা থিজিনবদসু নুপী ৮ খুদিংগী অমমমদি খুঙম শাঙম তৌবীবগী রিপোর্ট ফংই। মসি ভারততনা অমুক হেল্লি। ফেমিলি প্লানীং এসোসিয়েসন অফ ইণ্ডিয়ানা থিজিনবদনা চামগী মনুংদা নুপী ৫৮ দি মাগী মরীমতানা নমহাদুনা লান্না শীজিন্নে হায়বগী রিপোর্ট লৈ। তাঞ্জাবু ফংলবদি পীক্লিবা নুপীমচা, পুংকক চাউরবা, মৌ-নহাশিংবু নুপাশিংনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবীবা অসি ঙসিগী চাওখৎলবা সমাজ অসিদা তোয়না থোক্লি।

অসিগুম্বা নুংঙাইতবা চৈথেং অসি ফংলবী নুপীদুগী মশাগী ইকাইখুম্নবা লেমজবদু মাঙহনবীখ্রবনি। অদুগা সমাজনদি মখোয়বু ওক্তবীনি হায়না খনবী। সমাজ অসিদা নুপানা মাগী নুপী ফুবসু চৎনরী। অহল লম্মন্না নুপী মচাশিংদা তাকপী তম্বীবদা য়াওরি মপুরোইবদি লাইনি, পুজা তৌগদবনি। অদুনা নুপাদুনা য়ু থকচিল্লুরগা মশম ফোইরবসু, ফুরবসু নুপীদি খাঙজিন্দুনা লৈবা তাই। অসিনি মীনা শেম্বা চৎনবীনা নুপীশিংবু ব্রাহল্লিবা।

আইনগী মতুংইন্না লুহোংবগী চহিসি ১৮ ওইগদবনি হায়দুনসু লায়রবা মমা মপাশিংনা মচানুপীবু চহি নৌনা লুহোংথোকপী। ইকুই কুইদনা চহি ১২ তা ঙায়রিরিবী অমিনা কৌবী অমবু চহি ৫০ মুকশুরবা আরবকী নুপা অমদা মমল লৌদুনা পীরম্বদগী এয়ার হোসটেস অমনা কনবীখিবগী থৌদোক থোকখিবদু নিংশীংবা য়াই।

নুপীমচাশিংবু দেবদাসী ওইহনবা হায়বসিসু ওক্তবী ওইহন্দুনা থবক তৌহনবনি। হৌজিকসু কারনাটকী ধারৱারদা সৌনদতী হায়বা খুঙ্গং অদুদা লৈবা "মালেম্মা মন্দির" দা নুপীমচাশিংবু মমা মপানা পুরক্তুনা দেবদাসী ওইহন্নবা কখোক্লরি। পীক্লিবা নুপীমচাশিংবু ওক্তবী ওইহল্লবদা মখোয়গী হকচাংদা, পুক্লিংদা ওৎপী নৈবিবা অদুগী অৱাবা নুংঙাইতবা চৈথেং ফংলিবদু ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙম্লরোইদবনি।

ইকুই কুইদনা রাজাস্থান্দা রুপ কনব্রর কৌবী নুপী অমা নমদুনা সতী ওইহনখি। অশিবা মপুরোইবগী সংস্কার তৌবগী অচাকপা মৈথক্কুদা অহিংবা নুপীদু হাপচিন্দুনা মৈ থাদোকপদু সভ্য জগৎ অসিগী মী লিশিং কয়ানা লেপ্তুনা কুম্মৈ ওইনা য়েংনখিবনি। সমাজদা নুপী লক্লবা, ওৎপী-নৈবীবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপা থেংনরি। ঙসিগী সমাজদা নুংঙাই য়াইফবা নুপী অমা অনী নত্তনা অয়াম্বদি মওং অমদা নত্ত্রে অমদা অৱাবা খুদোংথিবা নংলি।

মী খরনদি হায় - "মণিপুরদদি নুপীশিং অসি য়াম্না নীংতমই। মখোয়দি সমাজগী হরাওকুম্মৈদা য়াওবদা অথিংবা লৈতে। কৈথেলদা কাদুনা ললোন ইতিক তৌবদা য়াওই। মখোয়গীদি সমাজদা অৱাবা খুদোংথিবা লৈফম থোক্তে।" অদুবু খর কুপ্না য়েংশিল্লবদি মণিপুরগী নুপীশিংসু সমাজদা অৱাবা খুদোংথিবা য়াম্না থেংনরি হায়বা খঙগনি। মণিপুরগী নুপীশিংগী শেন্থুমগী ফিভম য়াম্না ফত্তে। কৈথেলদা ললোল ইতিক তৌজরিবীশিংগী ফিভম অসিসু য়াম্না নিংবা কয়ানিংঙাইনি। অপীকপা মচা অমা নমদা পোরগা নুংশা মরক্তা পেরুক খর, থরোয় খর, মনামশিং খর য়োনবা নুপী য়াম্না য়াওরি। মচাশিং পীজদবদি য়াদবনা অচোপ অরেম থিদনা নুপী কায়না কালাবাজার তৌরি, য়ু য়োনবা য়াওরি। নুপীদুনা তাল্লকপা শেলদু পীয়ু য়াদে হায়দুনা মৱানা ফুবসু কয়া অমনি। মণিপুরদা লুহোংবগী অচেৎপা নিয়ম লৈতবা মরমনা নুপাশিংনা ফারগা লৌবসু য়াওই, খায়ননিংলগা খায়নৈ। নুপীলোনবগী চৎনবী অসিনা নুপীশিংগী মমল য়াম্না হন্থহল্লি। নুপীবু নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবীবা হায়বসিসু মণিপুরদা তোয়না থোক্লে। চনু রোজগী, নীলম পঞ্চভয়াগী, তম্ফাস্নাগী নিংঙমদবা ৱারী ময়াম্না ঙসি নিংশীলি। মসি খুদম খর পনবগী ৱাদনি। নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবীবগী থৌদোক অসিদি মণিপুরদা নোংমা নোংমগী মশিং হেনগৎলক্লি। মসিগী খুদম্মু লুনিংলা এলিজাবেথ কী, মনোরোমাগী কেশ পনবা য়াই। পিক্লিবী নুপীমচা ক্লাস ফোরদা তমলিবী লুনিংলা এলিজাবেথপু মানা তম্লিবা স্কুলদগী ফাদুনা পুরগা কুইনা লোৎতুনা থমখি অদুগা অশিবা

হকচাং ওইনা ফংখি। থোকচোম চনু মনোরোমাবু ফাদুনা পুথ্রগা ইজ্জৎ মাংহনবীরগা হাৎসু হাৎতোকপিখি। অসিদা নত্তে, অতৈসু য়াম্না লৈরি। লমদম অসিদা ইনসরজেনসিগী সমস্যা লৈ। আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট ১৯৫৮ চলাইরি। আর্ম কনফ্লিক্টতা নুপীশিংনা অৱাবা খুদোংচাদবা, ইজ্জৎ মাংবা, নৌনা লুখ্রা ওইহৌবা কয়া মণিপুরদা নুপীশিংনা থেংনরি।

নুপীশিংনা থেংনরিবা অৱাবা খুদোংথিবশিং অসি অকক্লবা সমাজ অমগী ৱা নত্তে। মখোয়দা করি থোক্লগদগে হায়বগী অকিবা অমা নুপীশিংনা মতম চুপ্পদা লোয়নদুনা লৈ। সমাজগী অরানবা নিতী নিয়ম, নুপীদা মীচং মীখায় নাইনা য়েংবা, মখোয়দগী খুদোংচাবা নমদুনা লৌবীবশিং অসি লৈহন্দ্রবদি নুপীশিংনা মতিক মঙাল হেন্না ফুদোকচদুনা লৈবাক্কী সেবা হেন্না নিংথিনা তৌবা ঙমগনি। ❑

# মনিপুরদা উইমেন্স লিবরেসন

উইমেন্স লিবরেসন, নুপীগী নীংতম্বা, নুপাগা নুপীগা অধিকার মান্নবা অসিগুম্বা  ৱাহৈশিংসি তাবদা মণিপুরদা মী খরদি মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকপা য়াওই। অসুম্না হায়বা য়াওই মদুদি মণিপুরদা উইমেন্স লিবরেসন তাল্লুবগী দরকার লৈতে। মণিপুরগী নুপীদি পর্দা শীজিন্নদে। সমাজগী থবক থৌরম, উৎসব মেলা, ললোল ইতিক তৌবদা নুপীশিংনা থায়নদগী হৌনা শরুক য়াদুনা লাক্লি। মখোয়দা অথিংবা করিশু লৈতে। অসিদগী হেনবা করম্বা নীংতম্বনো নুপীশিংনা পাম্লিবা। ভারতপুম্বগী ওইনা য়েংলগসু লৈবাক্কী নীংতম্বা ফংলবা মতুংদগী সংবিধাননা নুপা অমসুং নুপীদা মান্নবা অধিকার পীরবনি। অসিমক্তদা নুপীগী নীংতম্বা হায়না লাওনরিবসি করিগীনো হায়বনচিংবা মত কয়া পীনরি।

উইমেন্স লিবরেসন হায়বসি পৃথিবীগী নুপীপুম্বগী ইহৌনি। মনিং থুংদবা নুপী খরগী খোল্লাও নত্তে। ইহৌ অসিনা তাল্লিবা পান্দমদি নুপীশিংনা মশাগী মগুন, মথৌনা ফুদোক্কুনা ইজ্জৎকা লোয়নবা পুন্সি মরেল অমা ফংবা অসিনি। মরমদি নুপীশিংনা সমাজসিদা মতম কুইনগী মমাংদগী মশাগী মতিক মঙাল, অধ্যাত্মিক্কী গুনশিং ফোংদোকচবগী খুদোংচাবা ফংদনা লাক্লি।

সমাজদা নুপানা মকোক থোংনা লৈ। নুপাশিংনা মখোয়গী নুপীশিংবু মপোৎ মরলগুম খঞে। নুপী হায়বসি থম্মোয় পানবা, মশাগী অপাম পামদা লৈবা মখোয়গা মান্নবনি হায়না লৌদে। নুপীনা অসি তৌগদবনি, অদু তৌরোইদবনি হায়বা চৎনবী আইন নুপাশিংনা শেমই। মখোয়না খারিবা

পল অদুগী ৱাংমদা নুপীনা থবক তৌবা ঙমহন্দে। লুহোংদুনা লৌরবা নুপীদু ফূবা, মহাক লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপী অমা অমুক লুহোংদুনা লৌবা মণিপুরদা হৌজিকসু চৎনরি। নুপীনা মীখা পোনবগী পুক্সি মরেল পাল্লক্তবদগী মরুওইনা নুপীগী ইহৌ অসি হৌরকপনি।

উইমেন্স লিবরেসনগী ৱাখল মীয়ামদা ইহান হান্না পোকহনখিবসি মেরী ৱোলোষ্টোন ক্রাফটননী। মহাক্না খৃঃ ১৭৯২ দা 'এ ভিন্দিকেসন অফ দি রাইতস অফ ৱুমেন' হায়বা লাইরিক্তু ইবদগী নুপীগী নীংতম্বগী ৱাখলসি শন্দোরকখি। ইহৌ অসিদা আমেরিকাগী নুপীগী সংস্থান কয়ানা দাবী কয়া তানবা হৌরকখি। অদুদগী পৃথীবী শিন্থুংনা শন্দোরকখি।

তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তা উইমেন্স লিবরেসনগী তোঙানবা পান্দম লৈ। হৌজিক মচোয় মচোয় তাখ্রবা হান্না অপূনবা রাসিয়া কৌনরম্বা লৈবাক্তা অমসুং আমেরিকাদা উইমেন্স লিবরেসননা তাল্লিবা পান্দমদি নুপীনা থবক শু নোম্বদা য়ৈখায়বা পীদবা, হকচাং ফনা লৈবা, মশাগী ময়ুম মকৈ লৈজবা, নুপীগী শেন্থুমগী ফিভম ফগৎহনবা অসোমদা ওইনা চৎখে। নুপীশিংনা তাল্লি - অঙাং শেন্নবীবগী খুদোংচাবা ফংবা, পেন্সন ফংবা, নুপাগা খুৎশুমন মান্ননা ফংবা, রাজনীতিগী লমদা শরুক য়াবা, মেটরনিটি লিভ ফংবা অসিনচিংবা। মতৌ করম্না নুপীশিংনা শেল থোক্কগদে অমসুং মীপাল তাংদনা হিংবা য়াগদগে হায়বনচিংবসি উইমেন্স লিবরেসনগী পান্দমগী মনুং চনবনি। মসিগীদমক আইন শেম্বা, আইন্না পীরিবদু ফংনবা হোৎনগীদমক নুপীগী সংস্থান কয়া শেমদুনা থবক লৌখৎলি।

ভারততা উইমেন্স লিবরেসনগী অশেংবা ইহৌদি ভারতকী নীংতম আন্দোলনগা লোয়ননা হৌরকপনি হায়বা য়াই। নীংতম আন্দোলন্দা নুপীশিংনা গান্ধীজীগী লুচিং মখাদা অচুম্বা নীতি অমসুং মান্নবা পুরকপগী মতাংদা মশাগী অধিকার শীজিন্নবগী অহানবা পারা তমখিবনি হায়বা য়াই।

ভারতকী ওইনা উইমেন্স লিবরেসনগী পান্দমদি - সমাজগী ফত্তবা চৎনবী, খুদম ওইনা সতী মৈথাবা, অউনপোৎ পীদবগী নুপীবু ওৎপী নৈবীবা, চহি নৌনা লুহোংবা, লুখ্রাবীশিংবু তোম্থনা য়েংবীবা অসিনচিংবা মুখৎপা অসিনি। অদুগা লোয়নবা সংবীধাননা পীরবা অধিকারশিংদু তশেংনা নুপীশিংনা ফংবা ঙমহনবগী ৱাফমশিংনি।

মণিপুরদদি নুপীগী লিবরেসন হায়রগা নুপীনা সিনেমা, য়েংবা, নুপানা চাক থোংবা, অঙাং লৌবা হায়বনচিংবা নুপাগা নুপীগা মুক্নবগী, থৌদাং ওম্থোক্নবগী ৱাফম অসি ওইররোই অয়াম্বনা লৌনৈ। উইমেন্স লিবরেসনগী অর্থ মুন্না খণ্ডবদগী নুপীশিংনসু নুপাগী মতৌ তম্বা, ইনাৎকী ফিজেৎ চাকচা থাদোক্কুনা মীগী মতৌ তম্বা, নুপাগা মুক্নবা কয়া য়াওদবা নত্তে। মসি ইহৌ অসিগী পান্দম নত্তে।

নুপাগা নুপীগা বাইওলোজিকেল্লি খেন্নে। মমা অমা ওইবা হায়বসি নুপীতগী ওইবা গুননি। অদুনা নুপীগী মশাদা থোৎপা মেংবা, নৌজবা য়াওরি। নুপানা পাঙ্গলদা নুপীদগী হেল্লি হায়বদি চুমই। অদুম ওইনমক নুপাগীসু নুপীগীসু আত্মাদি চপ মান্নবনি। নুপীদি নুপী অদুম ওইগনি, নুপানা নুপা অদুম ওইগনি। উইমেন্স লিবরেসন হায়রগা নুপাগা নুপীগা কনবা চাংদম্নবা, নুপীনা নুপাগী মতৌ তম্বা অদু নত্তে।

লৈশেমঙৈদগী হৌনা পৃথীবী অসিদা নুপাগা নুপীগা লৈমিন্নরক্লিবনি। অদুবু মান্নবা থাক্তদি লৈমিন্নবা নত্তে। জগৎ শেম্বদা নুপীগী শক্তি য়াওদনা ওইথোক্তবনি হায়দুনসু সমাজদা নুপানা অথোইবা ওইনা খন্নে। নুপাশিংনা মখোয়দা নুপীদগী হেনবনি খঞ্জে। নুপীশিংনা মখোয়বু তোম্থনা য়েংবীরে হায়না ফাওজে। ঐনা হেল্লি, মানা হেল্লি হায়বা ৱাখল অসি কোক্ত্রিমখৈদি মীওইবা সমাজ অসি কাঙলুপ অনী থোক্লা লৈবদুগী সমস্যা অসি কোকহনবা ঙম্লোইদৌরি। মীপুম খুদিংনা সাধনা তৌদুনা মশাগী পুক্লিং ৱাখলবু অৱাংবা

থাক্তা পুখৎপা ঙন্নবদি মী অমগা অমগগী মরক্তা লৈরিবা মপান্থোংগী খেন্নবদু মাঙখিবনি হায়বসি অখঙ অহৈশিংনা হায়রি।

মণিপুরগী সমাজদসু নুপাগা নুপীগা মান্নবা থাক্তুদি লৈতে। ইমুংগী মকোক ওইরিবা নুপাদুনা লৌবা ৱারেপ অদু নুপীশিংনা ইনবতনি। নুপীশিংনদি তৌবা য়াদে হায়বা নুপাশিংনা লেপ্পা নিয়ম য়াম্না মণিপুর সমাজদা লৈ। মৈতৈগী সমাজদা লুহোংলবা নুপা নুপীবু মপুমনায় হায়না কৌনরিবসিনা তাক্লিবদি নুপানা মপুনি নুপীনা মনায়নি। নুপা নুপীদু মান্নবা থাক্তা লোয়নদে হায়বা তাই।

মণিপুরদা উইমেন্স লিবরেসনগী পান্দমদি অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসি মীয়ামদা ভাব তাহন্দুনা হোংদোকহনবা, নুপীশিংদা মশাগী অধিকার অমসুং দায়িত্ব খঙহনবা, সমাজনা নুপীদা হন্থনা য়েংবা, নুপীবু তুহৎপীবা, নুপীদা অশেপ্পা ৱাখল থম্বনচিংবা কোকহনবা অসিনা মরুনি। মপুংফানা নুপীনা নীংতম্বা ফংনবগীদমক মীপাল তাংদনা মশাগী শেন্থোক লৈজনা হিংবা তঙাইফদে। মসিগীদমক নুপীশিংনা লাইরিক লাইশু হৈদুনা জ্ঞান তাবা তঙাইফদবনি। হায়রিবশিংসি মণিপুরদা নুপী অয়াম্বনা ফংবা ঙমদনা লৈরি। মসিগীদমক ইহৌ অসি চত্থবা তারি।

নুপীগী লিবরেসনগী খোঙজং অসিমক্তি নুপীশিংতনা হোৎনরগা, মহে য়ানবা লপ্লোই। মখোয়না তাল্লিবা পান্দম অদু ফংনবা হোৎনবদা নুপাশিংগী মতেং দরকার লৈ। নুপাগা নুপীগা মান্ননা লাইরিক হৈরগা, জ্ঞান তান্নরবা, শেন্থোক মান্ননা পুরকপা ইমুংদু নুংঙাইবা ওইবা শোয়দবনি। নুংঙাইবা ইমুং ময়াম পুনশিল্লগা নুংঙাইবা অফবা সমাজ ওইরিবনি। মরম অদুনা লৈবাক্কী চাওখৎনবগীদমক মীপুম খুদিংনা উইমেন্স লিবরেসনগী ইহৌ অসি শৌগৎফম থোকই। ❑

# নুপীগী অধিকার অমসুং খুদোংচাবশিং

গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী প্রজানা অধিকার অমসুং খুদোংচাবা কয়া ফংবা য়াই। মদু নিংথৌ-পানবা নৎত্রগা মিলিটরি সাসন তৌবা লৈবাক্কী প্রজানদি ফংবা নত্তে। গনতন্ত্র চৎলবা লৈবাক্কী প্রজা অমা ওইনা নুপীশিংনা অধিকার অমসুং খুদোংচাবশিং নুপাগা মান্ননা ফংবা য়াই। মখোয়না ফংবা য়াবা অধিকার খুদোংচাবশিংদু খণ্ডদ্রবদি করম্না মদুগী কান্নবা ফংবা ঙমগনি। মসিগী মতাংদা নুপীশিংনা খঙজিনবদা কান্নগদবা খর খনগত্তুনা য়েংসি।

সংবীধানগী আরটিকল ১৪ গী মতুংইন্না নুপা অমসুং নুপীদা আইন্না মান্নবা পীরি। নুপাবু শৌগৎপা, নুপীবু হন্থনা তৌবা আইন্না য়াদে।

আরটিকল ১৫ না হায়রিবনা কনাগুম্বা মীওই অমত্তবু জাৎ অতোনবনি, নুপীনি হায়না অচান মীরাই তৌবা, তাথি তাওইনা তৌবা য়ারোই। নুপীগী য়াইফনবগীদমক অখন্নবা থৌরাং লৌখৎপদসু অপনবা পীবা য়ারোই।

আরটিকল ১৬ তা হায়রি - সরকারগী থবক তৌবদা নুপা নুপী খায়দনা চপ মান্নবা খুদোংচাবা পীগদবনি।

আরটিকল ২৩ গী মতুংইন্না মী অমবু মশানা য়াদনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবা, নমদুনা থবক শুহনবা থিংবা য়াই অমসুং মরাল লৈবা মীবু দণ্ডি পীগদবনি অসিনি। মসিগী আরটিকল অসি নুপীশিংগীদমক্তংদি থোইদোক্লা মরুওই মরমদি সমাজদা ঙসি নুপী কয়া মশানা য়াদনা ইজ্জৎ

মাঙহনবীরি। পীক্লিবা নুপীমচাবু নমদুনা ওক্তবী ওইহনবা, মমল লৌদুনা য়োম্থোক্লগা মীনায় ওইহনবা য়াম্না য়াওরি। সংবীধাননা পীরিবা অধিকার অসি শীজিন্নদুনা নুপীশিংনা মশাবু ঙাকথোকচবা অমসুং মরাল লৈবশিংবু দণ্ডি পীবা য়াই।

আরটিকল ৩৯ গী মতুংইন্না নুপাগা নুপীগদা মান্নবা থবক্কী মান্নবা তলব অমসুং খুৎশুমন ফংহনগদবনি। মতিক মপা চাদনা পীক্লিবা অঙাংবু নমদুনা পৈশা তালহনবা, মপাঙ্গল মথৌনা শুমদত্তুনা থবক শীজিন্নবা, লমচৎ শাজৎ মাঙহনবীবা য়ারোই।

আরটিকল ৪২ না নুপীশিংদা থবক শুনোম্বদগী খুদোংচাবা, মেটরনিটি লিভগী খুদোংচাবা পী। থবক তৌবী নুপীশিংনা মচা পোক্লবা মতুংদা অঙাং অদুবু মতম খর য়েংশিনবা ঙম্নবা মশা খরা ফগৎহনবগী মতম ফংনবা মেটরনিটি লিভ ফংবা হায়বসি নুপীশিংতগী ওইবা অধিকারনি।

আরটিকল নম্বর ৩২৫, ৩২৬ কী মতুংইন্না নুপীনা ভোট থাদবা অমসুং ভোট লেপ্পা য়াবগী অধিকার ফংই। মতম অমদদি নুপীনা ভোট লেপ্পদি লাইরদুনা ভোট থাদবা ফাওবা য়ারম্বা নত্তে। মসিগী মরমদি নুপীনা মাগী নুপানা লৌবা মত অদুতমক লৌবা তারম্বননি।

সংবীধাননা পীরবা অধিকার অসিগী মথক্তা আইন কয়া অমনা নুপীশিংদা খুদোংচাবা পীরি। ভারতনা নীংতম্বা ফংদ্রিঙৈ মমাংদগী লৈরকপা আইন খরদি - খৃঃ ১৭৯৫ গী রিগুলেসন নম্বর XXI অমসুং খৃঃ ১৮০৪ গী রিগুলেসন নম্বর III পনবা য়াই। মসিনা অঙাং ওইরিঙৈদা নুপীমচাবু হাৎতোকপীবা ভারততা চৎনরম্বদু থিংখি। হিংলিবা নুপীবু অশিবা মপুরোইবগা লোয়ননা মৈ থাদোকপীবা “সতী মৈ থাবা” হায়না খঙনবা চৎনবীসিবু খৃঃ ১৮২৯ গী বেঙ্গল সতী রিগুলেসন XVII না থিংখি। হিন্দু সমাজদা মতম কুইনদগী চৎনরকপা নুপা নুপীবু অঙাং ওইনা লুহোংবীরগা

মরাইবক থীবদগী চহী নৌনা লুখ্রাবী ওইরবী নুপীশিংবু অমুক হন্না লুহোংবা য়াহনবগী আইননা হিন্দু রি মেরিয়েজ এক্ট ১৮৫৬ (৮৫ গী নম্বর ১৫) অসিনি।

মহৌশাদগী হিন্দু সমাজদা নুপাবুনা লাইগুম, নুপীনা মখা পোনবগুম চৎনরকই। অদুনা লুহোংলবা মতুংদা নুপাদুনা নুপীবু থিনা তৌরবসু, ফুচৈ তৌরবসু, হন্না য়েংবীদ্রবসু নুপীদুনা খাঙদুনা অদুম লৈবা তারকই। খাঙবা ঙমদদুনা নুপীদুনা খায়নরগে খল্লবদি ইণ্ডিয়ান ডাইভোর্স এক্ট ১৮৬৯ গী মতুংইন্না নুপীনা অকক্লবা মরম পীদুনা দরখাস্ত থারগা খায়নবা য়াই। মেরিদ উইমেন্স প্রোপরটি এক্ট ১৮৭৪ গী মতুংইন্না লুহোংলবী নুপীনা মশানা শুনোমদুনা তাঞ্জবা পৈশাদু মরন্নাই ওইজবা য়াবগী খুদোংচাবা পী।

ডি লিগেল প্রাক্টিসনর্স (উইমেন) এমেন্দমেন্ট এক্ট ১৯২৩ গী আর্টিকল ২৩ না নুপীনা উকিল ওইনা থবক তৌবা য়াহল্লি। ইণ্ডিয়ান সকসেসন এক্ট ১৯২৫ গী আর্টিকল ৩৯ গী মতুংইন্না নুপীনা মাগী নুপানা শিথ্রগা নুপাদুগী মরল মথুম ফংবা য়াই। ডি চাইল্ড মেরিয়েজ রেসট্রেন্ট ১৯২৯ গী আর্টিকল ১৯ গী মতুংইন্না নুপীগী লুহোংবগী চহি ১৫ দা অদুগা নুপাগীনা ১৮ দা লেপখি।

**ভারতনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা শেম্বা নুপীশিংদা কান্নবা পীবা আইন খর ঃ-**

স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্ট ১৯৫৪ গী আর্টিকল ৪৩ গী মতুংইন্না নুপীগী লুহোংবগী চহি ১৮ দা অদুগা নুপাগীনা ২১ দা ওইহনখি। হিন্দু মেরিয়েসজ এক্ট ১৯৫৫ গী আর্টিকল ২৫ গী মতুংইন্না নুপা অমগা নুপী অমগা লুহোংদুনা লৌন লৈনবগী হৌনবী অমা চৎনবা হৌদোকখি। হিন্দু সকসেসন এক্ট ১৯৫৬ কী মতুংইন্না নুপীনা মমা মপাগী অমসুং লুখ্রা ওইরগা মাগী নুপাগী লম্বুমগী শরুক খর ফংবা য়াবগী অধিকার পী।

হিন্দু এদোপসন অমসুং মেন্টেনেন্স এক্ট ১৯৫৬ গী সেক্সন ৮ গী মতুংইন্না হিন্দু নুপী অমনা নুপামচা নৎত্রগা নুপীমচাবু মচা ওইনা য়োকপা য়াবগী অধিকার পী।

সমাজদা মীওই কাংলুপ অমনা নুপীমচাশিং মমল লৌদুনা য়োন্থোক্লগা ওক্তবী খলহল্লি। অসুম্না নুপীদা ওৎ নৈববু সপ্রেসন অফ ইম্মোরেল ট্রাফিক ইন উইমেনস এণ্ড গার্লস এক্ট ১৯৫৬ না থিংবা য়াই।

কনাগুম্বা নুপা অমনা নুপামচা নৎত্রগা নুপীমচাবু মচা ওইনা য়োক্কে হায়রবদি হিন্দু মাইনোরিটি এণ্ড গার্ডিয়ানসিপ এক্ট ১৯৫৬ কী মতুংইন্না মাগী নুপীগী অয়াবা লৌবা তাই।

ডাওরি প্রোহিবিসন এক্ট ১৯৬১ গী সেক্সন ৩ অমদুং ৪ গী মতুংইন্না অউনপোৎ লৌবা অমসুং পীবা মীবু থা তরুক জেল পীবা নৎত্রগা লুপা লিশিং মঙা জরি তৌবা য়াই।

মেদিকেল তারমিনেসন অফ প্রেগনেন্সি এক্ত ১৯৭১ গী মতুংইন্না অঙাং হন্না হন্না পোকপদগী মশা ফৎচিল্লক্রবা নুপীশিংদা পুক্নুংগী অঙাং য়ৈথবগী অধিকার পী।

কোদ অফ ক্রিমিনেল প্রোসিদিওর ১৯৭৩ গী মতুংইন্না নুপীগী মশাদা মরাল লৈরে হায়বগী থি হুম্বা তৌবদা অমসুং মশাদু ডাক্টর য়েংহনবদা নুপীনা তৌহনগদবনি হায়রি। লেবর লেজিসলেসন হায়বসি থবক শুনোম্বগা মরি লৈনবা আইননি। আইন অসিগী তোঙান তোঙানবা শরুক অতে লৈ। মদুনা থবক শুনোমদুনা শেল তাঞ্জরিবী নুপীশিংদা খুদোংচাবা কয়া পীরি। মদুদি (ক) এমপ্লোইমেন্ট ষ্টেট ইনসুরেন্স এক্ট ১৯৪৮ না ফেক্টরিদা থবক শুবীশিংদা নারকপগী, মেটরনিটিগী, অশোক অপন থোকপগীদা লায়েংবগী খুদোংচাবা পী। (খ) ফেক্টরি এক্ট ১৯৪৮, মাইনস এক্ট ১৯৫২ অমসুং প্লান্টেসন লেবর

এক্ট ১৯৫১ - আইনশিং অসিনা ফেক্টরিদা, খনিদা, উ-ৱা থাবগী থবক্তা নুপীশিংবু নুমিদাং পুং ৭ তগীনা অয়ুক্কী পুং ৬ ফাওবগী মতমদা থবক শুহনবা থিংই। নুপীনা থবক শুবদা খুদোংচানবগীদমক মখোয়না খুদোংচাবা থবক অমসুং মতম লেপ্পা, মখোয়না থবক তৌরিঙৈদা পীক্লিবা মচাশিংবু থম্মনবা কৃচনচিংবা সরকারনা অমসুং সংস্থানশিংনা লিংখৎকদবনি হায়বনচিংবা আইন অসিদা য়াওরি। (গ) মেটরনিটি বিনিফিট এক্ট ১৯৬১ না কারখানাদা, খনিদা, প্লান্টেসন্দা থবক তৌবীশিংদা মেটরনিটি লিভকী খুদোংচাবা পী। ছুটি মনুংদুদা নুপীদুনা থবক শুবা লাক্তবা নুমিৎশিংদুগী খুৎশুমন ফংবা য়াহল্লি। (ঘ) কন্ট্রেক্ট লেবর (রিগুলেসন এক্ট এবোলিসন) এক্ট ১৯৭০ অসিনা থবক শুরিবী নুপীশিংগী খুৎশুমন পীবা, মখোয়গী থবক শুফম নিংথীনা শেম্বীবা, থবক শুরিঙৈদা মচা য়েংশিনবীনবা কৃচনচিংবগী খুদোংচাবা পীনবা আইননি। (ঙ) পেমেন্ট অফ গ্রেচুইটী এক্ট ১৯৭২ না ফার্মদা, ফেক্টেরিদা, প্লান্টেসনদা, রেলৱেদা, কম্পনীদা, দুকান্দা থবক শুবীশিংদা গ্রেচুইটী ফংবগী খুদোংচাবা পী।

**নৌনা শেমলকপা নুপীশিংনা খণ্ডজিনবদা য়াম্না কান্নগদবা আইন খরদি –**

দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স এক্ট ২০০৫, ইনদিসেন্ট রিপ্রেজেনটেসন অফ ৱুইমেন ইন মেদিয়া (প্রোহিবিসন) এক্ট ২০০৬ অসিনি। আইনশিং অসিবু খর মুন্না খণ্ডজিন্নবা লাইরিক অসিদা নৈনরি। সেক্সুয়েল হেরাসমেন্ট এট ৱার্ক প্লেস হায়বসিগী মতাংদসু সুপ্রীম কোর্টনা রাই তাখ্রে। নুপীশিংনা থবক শুফম নোমফমদা মখোয়বু ইজ্জৎ শোকপা থবক তৌরকপদা মরাল লৈবা নুপাদু দণ্ডি পীবা য়ারে। অদুবু মসি পারলিয়ামেন্টনা আইন অমা ওইনদি লৌখৎত্রি। অদুবু থবক চত্থবদি হৌখ্রে। নেসনেল কমিশন ফোর ৱুইমেননা অমদি মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ৱুইমেননা মসিগী মতাংদা থিজিন হুমজিন তৌবা হৌখ্রে। মরাল লৈবশিং দণ্ডি পীননবা সরকারনা থবক লৌখৎপিনবা রিকমেণ্ড তৌখ্রে।

হৌজিক নুপীশিংনা অধিকার অমসুং খুদোংচাবশিং অসি শীজিন্নদুনা মখোয়গী ফিভম ফগৎহনবা য়ারে। অৱাবদি নুপী অয়াম্বনা মখোয়দা পীরবা অধিকার অমসুং খুদোংচাবশিংদু ফমবা ঙমদ্রি। নুপীশিংনা লাইরিক লাইশু হৈতবা অমসুং সমাজদা মরা তাদুনা লৈখ্রবা মতমগা চানদ্রবা চৎনবী কয়ানা নুপীশিংনা মদু ফংবদা অপনবা পীদুনা লৈরি। মরম অসিদগী ঙসিসু নুপীগী অধিকার অমসুং খুদোংচাবশিংদু চেদতা ইদুনা লৈবগী ৱাওইরি। ❑

# নুপী অমসুং অন্ধবিশ্বাস

"ঐখোয় ইনেনা হায়রিবা - মনিংগী হৈবোং মখোঙদা অথেংবা অহিংদা ৱাঙ্গোল শৱায়বী পাই হায়য়ে" অসুম্না মেমতোননা মমান্নবশিংদা তময়ি।

মমান্নবগী মরক্তা অমনা অমুক লীরকই "ঐখোয় ইন্দোমচানা হায়রিবা মখোয়না নুংদাং লৌখোংদা ঈল চীংলিঙৈদা লানমৈ থানবীনা তান্নরকপদগী চেল্লকই"।

অসুম্না ৱারী লিনৈ, ময়াম্না থাজনৈ। অদুবু অসিগুম্বা ৱারীসিনা অঙাংশিংবু শেরান্নবা ৱাখল পোকহন্দবা নত্তে। অসিগুম্বা যুম্বফম য়াওদবা, বৈজ্ঞানিক ওইদবা ৱাফমশিং অসিদা থাজবদুনি অন্ধবিশ্বাস হায়রিবসি।

বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা মী য়াম্না লৈরি। মসিদা থাজবসি নুপীশিংনা খর হেল্লিসু হায়নৈ। হৌদোং ওক্লরগা মঙ্গোল ওইদে, নুমিদাংদা মকু খোংলগা মী শি, কোলেরানা নারগা বেউল কৌবা লাই ওক্লদুনা তৌরিবনি অসিনচিংবা থাজনবী কয়া লৈরি। অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা অদুনা অঙাংশিংবু অরানবা মায়কৈদা লমজিংখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। অঙাংনা মতমঅয়াম্বদা মমাগা লোয়নদুনা লৈ। অদুনা মমাগী ৱাখল, লমচৎ ব্যবহারদু মচাদা থাংথৈ হায়বসি রিসার্চ তৌদুনা প্রমান তৌরে। অতিয়াদা সেটলাইট পাইবা উরগা হিংচাবী পাইরে, তম্নলাইনি হায়বা তারবা, অমম্বদা ক্রোক ক্রাক লাউবা তাবদা ভুৎ লাক্লে, হেলোই লাক্লে হায়না থোঙ লোনবা তারবদি অঙাংশিংগী মথৌনা মরিংজেল মাঙহনবা শোয়দবনি।

অঙাংদি খঙনিংগল্লি। অকোয়বদা লৈরিবা পোৎচৈ, থোক্লিবা থৌদোক উরু তারুরগা খঙনিংদুনা অঙাংনা অহল লম্মন্দা, মমাদা ব্রাহং কয়া হংই। মমানা হংলিবদুগী অচুম্বা পাউখুম খঙদদুনা শেরান্ননা হায়জিল্লবদি অঙাংগী ব্রাখলদু লান্না চৎখিবা তাবনি।

মীওইবনা অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা হৌরকপসি লৈকু লৈরাইদা লৈরিঙৈ সভ্যতাগী মঙাল ব্রাৎলিঙৈদগীনি। মতমদুদা মীওইবনা মহৌশাগী থৌদোকশিং খুদম ওইনা মৈহৈচীং পোকখায়দুনা অশাবা লৈঙোই, লৈথি থোরকপা, থব্রানমিচাক মথী তাবা, য়ুহারাবা, নোং খাকপা, ঈশিং চাউবা অসিনচিংবা অসিদা অকি তুজুংবা য়াম্না পোকই। মদুগী মরম মুন্না খঙদবা অমসুং মদুবু মায়োক্লনবা পাম্বে লৈতবদগী অয়াম্বা অন্ধবিশ্বাস পোকখি।

অন্ধবিশ্বাস কোকহনবগী পাম্বেদি লাইরিক লাইশু হৈদুনা অচুম্বা জ্ঞান ফংবা অসিনি। ময়াম্না কিনরিবা লানমৈ থানবী হায়বসি নাপী শিংনাং ফুমথিনচিংবা পুমথরকপদগী থোরকপা ফোর্সফোরস গ্যাসকা নুংশিৎতা য়াওবা অতোপ্পা গ্যাস খরগা তিন্নবদগী মৈবুল ওইনা উবনি হায়বসি হৌজিক্তি খঙবা ঙম্লে।

অন্ধবিশ্বাস কোকহনবদা লাইরিক হৈরবী জ্ঞান তারবী নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবা ঙমগনি। নুপীশিংনা অপীকপা অঙাং লোয়নবদা মখোয়গী অশোয়বা কয়া চুমথোকপগী তাঞ্জা ফংগনি। অঙাংশিংনা খঙনিংদুনা হংবা ব্রাহং কয়া বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা শুগায়না তাকপীবা অসিমক অন্ধবিশ্বাস কোকহন্নবগী অফবা পাম্বে অমনি। অপীকপা অঙাংতা নত্তনা অহল ওইরবশিংবুসু অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা কোকহনবা তাবনি। অহলশিংবু মখোয়না হান্না থাজখিবা অদুদগী হোংদোকহনবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। তাইবং মীনা থাদা খোংদারুরে হায়বসি থাজদবা অহল য়াম্না হৌজিকসু লৈরি।

অন্ধবিশ্বাস কোকহনবদা নুপীনা থৌদাং লৌবা ঙম্নবা অহানবদা মখোয়দা লৈরিবা অন্ধবিশ্বাসশিং কোকহন্নবা হান্না হোৎনবীখিবা তাবনি। মহৌশানা নুপীদি য়ুমদতা অয়াম্বা লৈবনিনা মী অতৈগা তিন্ন-তোৎনবা ৱাৎলি। অদুনা মখোয়গী পুক্লিং, ৱাখল পাকথোকপা ঙমগনদে। মাংই শেংই, শোক্ল-পন্নবা য়াদে হায়বনচিংবা অপীকপা ৱাখল চেনবনা অয়াম্বনি। অরানবা ওইরবসু মদুদা থাজদুনা লৈখ্রবদি হোংদোকউ য়াগন্দে। মরম অদুনা নুপীশিংবু পাক্তক্লা শিক্ষা ফংহন্দুনা পোৎকী অচুম্বা মশক খঙহনবা তঙাইফদে। মীয়ামবু অমসুং নুপীশিংবু অন্ধবিশ্বাসতগী অচুম্বা মায়কৈদা পুরক্লবা মেদিয়াগী মতেং লৌবসু দরকাররনি। ❑

# সমাজদা অওনবা পুরক্লবা নুপী লাইরিক হৈহনবা

নুপীবু লাইরিক হৈহনবা হায়বসি মীওইবা সমাজবু মাংলোমদা খুমাং চাওশিনহনবগী য়াম্না ফবা পাম্বে অমনি। নুপীশিংনা লাইরিক লাইশু হৈরবদি মশা মরোমদোম লেপচবা ঙমগনি লোয়ননা ইমুং মনুংদা অমসুং সমাজদা অওনবা পুরকপসু ওইথোক্কনি। মখোয়না অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা লৈরম্বা কয়া কোক্তুনা চাওখৎ খোঙথাংদা শরুক য়াবা ঙমগনি।

নুপীনা লাইরিক লাইশু হৈত্রগনা মীগী মীপাল তাংদুনা লৈবা শোয়দবনি। ইমুংগী অমসুং সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংদা খুরৌ চেন্দুনা লৈগনি। লৈবাক্কী মীশিংগী তংখায় অমদি নুপীনি। নুপা মখৈতং লাইরিক লাইশু হৈরগা নুপীশিংদি হৈতবা তারগদি চাওখৎ খোঙথাং থিম্ববা তাবনি। হায়নবা লৈ নুপানা লাইরিক হৈবদি মশা মরোমদোমগীনি অদুগা নুপীনা হৈরবদি ইমুং হুপ্না হৈহনবনি। অসুম্না হায়বগী মরমদি নুপীশিংনা জ্ঞান তাদুনা মশাবু অপংবা অমসুং লান্না থাজরম্বা কয়াদগী নাম্থোকচদুনা অকোয়বগী ফিভমবু লাক্শিন্দুনা মচা মশুগী, ইমুংগী য়াইফ নুংঙাইবা পুরকপা ঙমই।

নুপীদা লাইরিক লাইশু হৈহনবগী মতাংদা এদুকেশন কমিশন ১৯৬৬ কী রিপোর্টতা অসুম্না হায়রি "মীওইবগী শক্তিবু অয়ৌবী থাক্তা ফোংদোক্লবা, ইমুংগী য়াইফবা পুরক্লবা, নৌরিবা অঙাংগী লমচৎ শেম্নবা, নুপীবু লাইরিক লাইশু হৈহনবসি নুপাদগী হেন্না মরু ওই"। অদুনা নুপীদা লাইরিক লাইশু হৈহনবা শেল থাদবসি তুংগী মীরোলগীদমক শেল তুংশিনবনি লৌবা য়াই।

ভারতকী সংবীধাননা নুপী অমসুং নুপাদা মান্নবা লাইরিক হৈহনবগী খুদেংচাবা অধিকার পীরি। ফ্রি এণ্ড কমপলসরী এদুকেশন চহী ১৪ ফাওবগী মীপুম তিংনা ফংহন্নবা সংবীধানগী আরটিকল ৪৫ না পীরি। লোয়ননা স্কুলদা কাদুনা লাইরিক তমহৌদ্রবা, চহী ৱাইশিল্লবা মীশিংবুসু ননফোর্মেল এদুকেশন, এদল্ট এদুকেশনগী প্রোগ্রাম কয়া লৌখৎতুনা মীপুমতিংনা লাইরিক হৈহনবগী থৌরাং কয়া অমসু লৈরি। সর্ব্ব শিক্ষা অভিয়ান হায়বা মীপুম তিংনা লাইরিক হৈহনবা থৌরাংসু লৌখৎলে। পুম্নমক অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা নুপী পুম্বা লাইরিক লাইশু হৈবা মশিং য়ামদ্রি। নুপাগীগা য়েংনবদসু নুপীশিংনা মশিং হন্থনা লৈরি। হায়রিবা ৱাফম অসি ভারতকী মফম খুদিংমক্তা ওইরিবনি।

ভারত পুম্বগী ওইনা য়েংবদা নুপীনা লাইরিক হৈবগী চাং অসি খৃ: ২০০১ দা ৫৩.৭০% নি। মদু খৃ: ১৯৯১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্নদি ৩৯.৩% দং ওইরম্বনি। মসিনা তাকপদি ১৫% দি হেনগৎলে নুপীনা লাইরিক হৈবসি। মণিপুরগী ওইনা য়েংবদসু খৃ: ১৯৯১ গী মীকোক থিবদা ৪৭.৬০% নি অদুগা ২০০১গীনা ৬০.৫০%। অদুবু নুপা লাইরিক হৈবগী চাংদি ১৯৯১ দা ৬৪.১% অমসুং ২০০১ দা ৭৫.৮% নি ভারত পুম্বগী ওইনা। মণিপুরগী ওইনা নুপাগী ১৯৯১ দা ৭১.৬৩% ২০০১ গী ৮০.৩০% নি

হৌখিবা চহী ১০ অসিদা নুপী লাইরিক হৈবগী চাং হেনগৎলবসু নুপাগা নুপীগগী চাংদি অদুম খেন্নবা লৈরি। ষ্টেটশিংগী ওইনসু খেন্নবা লৈ। খুঙ্গংগী লমদা নুপীনা সহরগী লমগী নুপীগী লাইরিক হৈবগী চাং হন্থনা লৈ। খ্বাইদগী হেন্না নুপী লাইরিক হৈবগী চাং অসি কেরেলানি ৮৮% নি। মিজোরামনা কেরেলাগী হেক মথংদা লৈ; বিহারনা ইশোৎ শোন্থরি। নুপী লাইরিক হৈবগী চাং অসিনা সমাজদা নুপীগী শক্তি হেনগৎহনবগী খুদম অমনি তাক্লি।

নুপীনা নুপাদগী লাইরিক লাইশুগী লমদা শোখরিবসিগী মরম থিজিনবদগী খঙবদি নুপীমচাশিংবু তাথি তাওইনা তৌবীবা, মখোয়গী হক মৎপিবা, নুপীমচাবু লাইরিক তম্বা স্কুলদা থাবিদনা য়ুমগী থবক শুহনবা, অঙাং লৌহন্দুনা লৈহনবা, নৌনা লুহোংবীবা, মমা মপা ওইবশিংনা পূক্লিং থৌগৎপিদগা শৌগৎপিদবা কয়া অসিননি। অহৌবদা নুপীমচাশিং স্কুলদা মীং চল্লগসু মতুং তাবদা তম্বা তোকহৌবা নুপীমচা মশিং য়ামই। নুপীমচা চামা ক্লাস ৱানদা মীং চনবদা ক্লাস ফাইভ য়ৌবদা নুপীমচা ৩০ দমক ঙাইহৌই। সেকেণ্ডরীগী থাক্তা নুপামচা ৩৫ মীং চনবদা নুপীমচা মশিংসি ১৭ তমকনি হায়বসি থিজিনবগী রেকোর্দতগী খঙই।

হৌজিক্কী মতমদা মায়কৈ খুদিংদগী লাওনরি - নুপাগা নুপীগা হিরম খুদিংদা মান্ননা চৎমিন্নগনি, মান্ননা লাইরিক হৈহন্দুনা সমাজদা অওনবা চাওখৎপা পুরক্কদবনি। হায়রিবসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা থবক কয়া অমা লৌখৎপগী তঙাইফদবা লৈরি। নুপাগা নুপীগা লাইরিক তম্বগী, হৈবগী চাং খেন্নবা লৈরিবসি কোক্লনবা নুপীশিংগী ওইবা লাইরিক তম্নবগী খুদোংচাবা খরগা হেন্না লৌখৎপা তঙাইফদবা ওইরি। খুদম ওইনা হায়রবদা স্কুল লৈতবা খুঙ্গং কয়া লৈরি। স্কুল লৈবা মফমদু তানা নুপীমচাশিংনা খোঙনা শাংনা লবুক লমহাং ফাওদুনা চৎপা তাই। মসিদা নুপীমচাশিংবু লাইরবনা মরম ওইদুনা পিকলিবা অঙাংশিংবু শেল তানবদা শিজিন্নৈ। মখোয়বু স্কুলদা থাবিবা ঙমদে।

মমা মপানা লাইরিক হৈতবনা মখোয়মক্না লাইরিক তম্বগী কান্নবা মুন্না খঙদে। অদুনসু অঙাংশিংবু স্কুলদা থাদুনা লাইরিক তমহন্দবগী মরম অমা ওইরি।

স্কুলদা দরকার ওইবা পোৎচৈ ৱাৎপা, হৈশিংবা ওজা লৈতবা, পরিক্ষাগী নিয়ম লানবা কয়ানা খুঙ্গংগী নুপীমচা অয়াম্বনা লাইরিক তম্বা তোকপগী অচৌবা মরম ওই।

সরকারনসু হিরম অশোমদা পূক্নিং থিংজিনবীদুনা স্কুলগী ইনফ্রাষ্টকচর শেমগৎপিবা য়াম্না দরকার ওই। সরকারদতা তাইনবা চুমলোই। মায়কৈ কয়াদগী ভলুনটরী ওরগেনাইজেসনশিংনসু, শেন্থুম পাইবা পুকচেল চাওবা মীওই কয়ানসু নুপীগী এদুকেশনগীদমক অঙম্বা মওংদা মতেং পাংবীফম থোকই।

অঙাংশিংগী মহৈমশিং তম্বগী মায়কৈদা থাদরিবা শেনফম ৪০% অসি য়ামনদে। লালগী খুজু খুলাই, লম্বী থোঙ শেম্বদনা হেন্না থাদরিবসি খর হস্থরগা মী শেম্বদা হেন্না পৈশা থাদবসি চুমগনি। সমাজবু অফবা মওংদা অওনবা পুরক্লবগীদমক্তা।

নুপীমচা লাইরিক হৈহনবদা খ্বাইদগী অপনবা পীরিবা অমদি মীশিংনা নুপীদা তোম্থনা য়েংবীরিবা, মতমগা চুনদ্রবা চৎনবী কয়া অসিননি। মসিনা নমথবীদুনা নুপীমচাশিংনা মশাগী মগুন, হৈশিংবা কয়াবু মীমাংদা থোক্নুনা উথোকপা ঙমহনদে। অসিগুম্বা নুপীদা অখুবা ৱাখল, মীয়েং হোংদোক্নুনা মীয়াম হুপ্না নুপীবু লাইরিক হৈহনবসি তঙাইফদবনি। মদুতদা সমাজ অসিনা মাংলোমদা খুমাং চাওশিনবা ঙমগনি, সমাজদা শান্তি পুরকপা ঙমগনি।

মতাং অসিদা ঐখোয়না নীংশিংবা য়াই খৃ: ১৯৯৫ গী সেপটেম্বরদা বৈজিংদা ফমখিবা মরীশুবা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা মীফম অদুদা তাখিবা ৱারেপশিং অদু। ৱারেপশিং অদুদি (১) নুপীদা অশেপ্পা মীৎয়েং থমদনবা নুপা অমসুং নুপীদা মীচং মীখায় নাইদবা এদুকেশন পীবা (২) নুপীমচাশিংবু কাউনসেলিং পীদুনা, একাদেমীক অমসুং টেকনিকেল এদুকেশন পিদুনা

মখোয়গী পুক্সিগী শিনফম পাকথোক চাওথোকহনবা (৩) হৌজিক্কী মতমদা থোকলিবা থৌদোক ব্রাথোক্কী ঈ-পাউ অমসুং ভোকেসনেল ট্রেনীংগী, সাইন্সকী টেকনোলোজিগী কনটিনুইং এদুকেশন নুপীশিংদা ফংহনবা (৪) মেনেজরিয়েল, এগ্রিকলচরেল একসটেনসন অমসুং মারকেটিংগী মায়কৈদা অহেনবা ট্রেনীং পীদুনা শেম্বোক লৈহন্নবগী খুদোংচাবা পীবা, অমসুং মশানা মশাগী ব্রারেপ লৌজবা ঙমহন্নগীদমক পিকলিঙৈদগী শেমগৎপীবা (৫) খুঙ্গংগী নুপীশিংনা শা-যণ য়োকপা, লৌউ শিংউবগী থবক বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পায়খৎচবা ঙম্নবা মখোয়দা শেম্ছং য়াম্না পীবীবা অসিনি।

বৈজিংগী নুপীগী মীফমদা লৌখিবা ব্রারেপশিং অসি থবক ওইনা পাংথোকলবদি নুপীগী শক্তি হেনগৎপদা অচৌবা খুমাং চাওশিনবা ওইগনি। অমসুং সমাজদা অওনবা পুরক্কনি। মসিগীদমক পূম্নমক্না খুৎশম্নমনা হোৎনমিন্নরসি। ❑

## টেক্স বুক অমসুং মেদিয়াদা নুপীগী লুজদবা শক্তম উথোকপা থিংবা

টেক্সবুকনা অঙাংগী পুক্লিং ৱাখল, লমচৎ শেমগৎপদা য়াম্না চাউবা থৌদাং লৌই। লাইরিক্তা য়াওরিবা ৱারী, পাউতাক, কবিতা, ঈশৈনচিংবদু অঙাংশিংনা চিনফা পুই। লাইরিক্তা হায়রিবদু অচুম্বনি হায়না মখোয়না থাজে। অদুগী মতুংইন্না মপুন্সিদা থবক থৌরম পায়খৎলি। হৌজিক মতমগী করিকুলম, সিলেবস য়াম্না পাক চাউরে। অদুনা মহৈরোইশিংনা টেক্সবুক নত্তনা অতৈ লাইরিক পানবা মতমসু লৈত্রে। পানবগী মতম ফংলবসু মমা মপাগী শেন্থুমগী ফিভম ফত্তবনা লাইরিক অতৈ লৈদুনা পাবসু অয়াম্বা ঙম্মদে। মরম অদুনা টেক্সবুকতনা মহৈরোইগী ৱাখল, লমচৎ শেমগৎপদা হেন্না মরুওইবা থৌদাং লৌরী হায়বসি হায়মনবা ওইরোই। মরম অদুনা টেক্সবুক ইবা মতমদা অঙাংগী পুক্লিং ৱাখলবু অরানবা মায়কৈদা লমজিংখিদনবা য়াম্না চেকশিনফম থোকই।

লাইবক থিরীবদি, অঙাংনা তম্নবা টেক্সবুকশিংদা হোংলক্লিবা সমাজগা চুন্নবা নুপীগী ফজবা শক্তম উৎপীদে। সমাজদা নুপাগা নুপীগা থৌদাং মান্নরগদবনি হায়রগসু টেক্সবুকশিংদদি থায়নদগী লৈরক্লবা নুপানা হেনবা, নুপীনা হন্থবা হায়বা শক্তম অদুতমক উৎলি।

টেক্সবুক্কী ৱাদসু নত্ত্রি। ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদসু নুপী হায়বসিদি মবুকচেল লেপ্তবা, থাজবা য়াদবা, ৱাখল থেনবা, ফত্তবা পুম্নমক্কী হৌফম্নি

হায়না খণ্ডহল্লি। মহৈরোইশিংদা নুপা নুপী খুদোংচাবা মান্ননা ফংহনবগী, নুপীগী অনৌবা থৌদাং মখোয়গী অচুম্বা নিংথীবা শক্তম ফাওহন্নবগী চপচানা শুগায়না ইবা লাইরিকসু লৈত্রি। স্কুলগী মহৈরোইশিংনা তম্নবা টেক্সবুক অমসুং সপ্লিমেন্টরী বুকশিংদসু নুপীগী হন্থবা থাক, তোন্থবা শক্তমদু উত্তুনা লৈরি। ৱাফমসিগী অচুম্বদু স্কুলগী টেক্সবুক অমা অনীদং ফাক্তুনা য়েংবদা ইরাঙ্গী লাইনা খণ্ডবা ঙমগনি। নুপীনা অঙাং পোহনবা, ৱাই শিংহনবা উগনি, নুপামচানা শগোল তোংবা, ফুটবোল শান্নবা, লাই য়েকপা থেংনগনি। নিউ এডুকেশন পোলিসি ১৯৮৬ না হায়রিবদি এডুকেশনগী মতেংনা নুপীগী থাক ৱাংখৎহনগদবনি অসিনি। অদুম্নদি ওইরগা হৌজিকসু লাইরিক অয়াম্বদা নুপাগী অহেনবা মগুন, মকোক থংবগী শক্তম অদুতা মরাংকায়না য়াওরি। অদুগা নুপীদি পাঙদবীনি, শোনজবনি, লৈগুম্বনি, তাংজবীনি হায়বা অসোমদা থাগত্তুনা কবিতা ইরি। নুপীনা লান্দা খুৎলায় পায়দুনা চৎপা, চীং কারিবা, ৱেট লিফটিং তৌরিবা, টেনীস শন্নবনচিংবদা নুপীগী মথৌনা মরিংজেল উৎপগী মরমদদি থাগত্তুনা পংই ইন্নদ্রি।

টেক্সবুকতা য়াওরিবা ৱারী অয়াম্বা নুপাগী ৱারী, অকল অথৌগী অফবা মগুন চেনবগিনী। নুপীগা মরী লৈনবা ৱারী অমা অনীদং য়াওরগনা পোক্তবী মমাগী ফত্তবা, লাইখুৎশাংবীগী, হেলোইগী ৱারীগুম্বা ওইগল্লি। নুপীগী ফজবা শক্তম, মথৌনা মগুন শৈথানবগী লাইরিকতি ইফং ফংদে। নুপাবু ৱংখৎহল্লগা নুপীবু শক্তম ফজদনা টেক্সবুকতা ইরিবসি ওজানসু, অপাবা অতৈনসু থোইনা থৌশারুবা তৌনদে। অদুবু মসিনা সমাজদা নুপীগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবদা অকায়বা পী। অদুনা খৃঃ ১৯৮৪ দগী হৌনা এন, সি, ই, আর, টি, গী নুপীগী ইউনিটনা সাইন্স, লেঙ্গোইজ, অঙ্ক, সোসিয়েল সাইন্সনচিংবা তম্বীবদা মসিগী ৱাখল্লোন করম্না য়াওহনবা য়াগদগে হায়না সেমিনার, কনফরেন্সনচিংবা কয়া তৌখ্রে। অমসুং টেক্সবুকশিংদা য়াওরিবা নুপীগী ফজদবা শক্তম উৎপা, নুপাগা নুপীগা খেন্নবা উহল্লিবা

মচাকশিং লৌথোকহন্নবা তৌবদি হৌখ্রে। সরকারনা ব্বারেপশিংদু থবক ওইনা পাঙথোকপীরক্লবা থাঙ্গৎখিবা ব্বাফম খরদি - টেক্সবুকতা নুপীগী মগুণ থাগত্তুনা ইবা নত্রগা লাইওইনা য়েক্তুনা তাকপা, নুপাগা নুপীগা অমনা অমগী মতেং পাংনবা, মনা পীবদা, খুৎশুমন পীবদা মান্নহনবা, টেক্সবুক ইবদা নুপী অইবী য়াওহনবা, অসিনচিংবা অসিনি। টেক্সবুকতা নুপীগী শক্তম ফংগৎহন্নবগীদমক থাঙ্গৎখিবা ব্বাফমশিংদু থবক ওইনা পায়খৎলকপা খৌরাংনা ঙায়নরি।

লাইরিক্তদা নত্তনা পামফ্লেৎতা, স্লাইদ ফীলম, রাইটিং, দ্রোইং, পেন্টিং ওতোগ্রাফনচিংবদা নুপীগী ফিগর শক্তম্বু লুজদনা উৎপসি নুপীগী ঈজৎ শোকপা থবক্লি। অদুবু চেফোং অমদি অতৈ প্রিন্ট মেদিয়া, ইলেকত্রোনিক মেদিয়াদা অসিগুম্বা অসি নোংমা-নোংমগী হেনগৎলক্লি। মরম অসিদগী ভারত সরকারনা অসিগুম্বসি থিংনবগীদমক এক্ট অমা পাস তৌখরে। এক্ট অদুদি Indecent Representation of Women in Media (Prohibition) Act, 1986 হায়বসিনি। অদুগা এক্ট অসিবু চৎনহনখিবনা ১৯৮৭ দনি।

এক্ট অসিনা নুপীগী শক্তমবু মওং চাদনা উৎপা, এদভরটাইজ তৌবা, লাইরিক, চে ফোংবা থিংই। অসিগুম্বা লাইরিক, পামফ্লেৎ নচিংবা পোষ্টতা থাদোক-থাজিন তৌবা, লৈবা য়োনবা য়াদে, মীয়ামদা য়েনথোকপা য়াদে থিংই। হায়রিবা থবকশিং অসি কনাগুম্বা অমনা চৎথরবদি, চৎথরিবা মী অদুবু অহকপা দন্দি পীগনি হায়বা এক্ট অসিদা য়াওরি। অদুবু এক্ট অসি নীংথিনা চৎনহনবদি ঙমদ্রি। মরম অদুনা এক্ট অসিবু শেমদোক শেমজিন তৌরগা চৎনহনদুনা নুপীদা ইকাই খুম্নবা উৎনবা, মশাগী হক ফংহন্নবা মণিপুর ষ্টেট কমিসন ফোর ব্বুইমেননা অখণ্ড-অহে কয়াগা লোয়ননা খন্নৈনবা প্রোগ্রাম শিনখ্রে। খনৈরবা অদুগী মতুংদা মখাগী ব্বারেপ খরসি লৌখি, ব্বারেপশিং অদুদি -

১) Indecent representation of Women in Media (Phohibition) Act 1986 অসিবু ফজনা চৎনহনবা ঙম্নবা এদভাইজরী কমিটি অমা শেম্বা দরকার ওই ৱারেপ্পখি।

২) এদভাইজরী কমিটি অদুদা মেদিয়াগী মীওই, এদভরটাজশিংগী মীওই, নুপীগী গ্রুপশিং, আইনবু চৎনহন্নবা লৈরিবা এজেন্টশিংগী মীওইশিং য়াওহনগদবনি।

৩। অসিগা লোয়ননা ফিলম, ইন্টরনেট অমদি হৌজিক মতমগী কম্যুনিকেসনগী মীওইশিংসু য়াওহনগদবনি।

এক্ট অসি ফজনা চৎনহন্দুনা নুপীশিংবু সমাজদা লেমজনা হিংহনবা খুঙ্গংগী নুপীশিংবু লাইরিক-লাইশু ফজনা হৈহনদুনা মখোয়বু অধিকারগী আইনগী লমদা ভাব তাহনবা তঙাইফদবা অমনি। অদুম্না তৌরবদি মখোয়বু মেদিয়াদা লান্না শিজিন্নবা ঙমলোই। লাইরিক্তা অমদি অতৈ মেদিয়াদা নুপাগা নুপীগা অধিকার চপ মান্নৈ হায়বদু ময়েক শেংনা উহন্নবা হোৎনগদবনি। নুপীশিংনা অসিগুম্বা থবক্তা, লুজদবা মওংদা এদভরটাইজ তৌবদা, ফিলমদা য়াওশিল্লবদি মখোয়বু ফাইন তৌবা অমদি দন্দি পীবা য়াই।

মেদিয়াদা, এদভরটাইমেন্টতা, নুপা নুপী, জাৎবিজাৎ, লোল, পুক্লিং হকচাংগী ওইবা ফিভমবু তোম্থবা, করেম কাইনবা মওংদা উৎলোইদবনি। এদভরটাইজ তৌবা মতমদা নুপা নুপীগী নকশিন্নবা শক্তম, ফি থোংদবা শক্তম উৎলোইদবনি। য়ারিবমখৈ নুপাগা নুপীগা মান্নবা মীৎয়েংদা উহন্নবা প্রোগ্রামদা, কেমপেন্দা শীনগদবনি। অসিগী মওংদা নুপীগী কমিশনশিংনা এনজিওশিংগা খুৎশম্নদুনা স্কুল, কোলেজদা এৱারনেস ক্লাস শীনগদবনি। নুপীশিংবু মশানা য়াদনা নমদুনা ফজদবা মওংদা উৎথোকপিরবদি মতিক চাবা ক্ষেতি পুরোন পীগদবনি। য়ারিবমখৈ এক্ট অসি শীজিন্নদুনা নুপীশিংবু লুজদবা মওংদা মেদিয়াদা অমদি লাইরিকনচিংবদা উৎপা

থিংগদবনি। মতিক চাবা শেল থাদদুনা মেদিয়াগী প্রদুসরশিংনা মদু য়েংশিন্নবগীদমক্তা সেলফ-রিগুলেসন মিসনরী অমা শেমগদবনি। এজেনসি অসিনা পল্লিসরশিংনা নিয়ম নাইনা চত্রবরা হায়বদু চেক তৌনবসু এক্ত অসিদা য়াওহনফম থোকই য়ান্নখি।

হান্নদি এক্ত অসিগী মতুংইন্না মরাল লৈরবা মীওইশিংবু চহী ২ জেল পীবা, লুপা লিশিং অনী ফাইন তৌবা হায়রম্বনি। মসিদগী হেনগৎহন্দুনা দন্দি পীবগী মতমসি চহী ৫ ফাওবা শাংদোকপা লুপা লিশিং ১০দগী লাখ মঙা ফাওবা পীহনগদবনি।

খন্ননৈনবদগী থোরক্লিবা ব্রাফমশিং অসি হাপচিন্দুনা এক্ত অসি শেমদোকপিনবা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্বুইমেননা সরকারদা রিকমেন্দ তৌখ্রে।

ব্রাফমশিং অসি নুপীশিংনা খঙজিনবদা অফবা ওইগনি। ❑

# নুপীমচাশিংদা পোপুলেসন এডুকেশন পীবা

পোপুলেসন এডুকেশন হায়বদি মীশীং হেনগৎপদগী থোরকপা সমস্যাবু নহারোলদা খঙহনবগা লোয়ননা মখোয়না তুংদা মশানা অপীকপা ইমুং লিংবগী ৱারেপ লৌজনবা পীবা এডুকেশনদুনি। মসিদি অনৌবা ৱাখল পরীং অমদা য়ুম্ফম ওইরগা শেন্বা শিক্ষাগী শরুক অমনি। মসিগীদমক স্কুল, কলেজগী করিকুলমদা পোপুলেসন এডুকেশন হাপচিনবা হৌখ্রবনি। মসিদা তাকপী তম্বীগদৌরিবনা খুন্দা লৈতাবা শেন্থুমগী ফিভম, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংদুনি।

লৈবাক্কী মীশীং হন্থহনবগীদমক মীশিংবু য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং লৌখৎহন্দুনা অপীকপা ইমুং লিংহন্নবা সরকারনা খৃঃ ১৯৫২ দগী পোলিসি লৌখৎলি। পোপুলেসন এডুকেশন হায়বসিদি য়াইফ য়ুম্বান থৌরাংদুগা খেন্নে।

নুপীমচাশিংদা পোপুলেসন এডুকেশন পীবগী তঙাইফদবা লাক্লিবগী মরমদি লৈবাক্কী মীশিংগী চামগী মনুংদা ৪২ হেন্না চহি ২৬ গী নহাশিংনি। চহি খুদিংগী ওইনা নুপীমচা ৭০০,০০০ হেনবনা হায়রিবা চহি মতাং অসি য়ৌরকই। আইন্না নুপীগী লুহোংবগী চহি ১৮ দা ৱাংখৎহনখিদুনসু খুঙ্গংগী লমদা লৈবা লাইরিক লাইশু মপুংফানা তমহৌদ্রবা নুপীমচাশিং অয়াম্বা চহি ১৮ য়ৌদনা লুহোংবা ঙাক্তনি। হায়রিবা চহি মতাং অসি অঙাং পোকনবা চহিনি। য়াম্না থুনা মমা ওইগদৌরবা নুপীমচাশিংদুদা পোপুলেসন এডুকেশন পীবগী কান্নবা য়াম্না লৈ। এডুকেশন অসিগী মতেংনা মখোয়না অপীকপা

ইমুং লিংবগী ৱারেপ লৌজবা ঙমগনি। লৈবাক্না থেংনরিবা মীশিং হেনগৎপগী সমস্যাবু মায়োক্নবা ঙম্নবা অমসুং তুংগী অফবা মতিকচাবা নাগরিক অমমম ওইনা শেমগৎনবা নুপীমচাশিংদা পোপুলেসন এড়ুকেশন পীবা দরকার ওই।

মীশীং হেনগৎপদগী থোরক্লিবা সমস্যা অসিদি নিউক্লিয়ার লাল থেংনবনা খর লাঙ্গৈনা থোক্কনি হায়না অখণ্ড অহৈনা মত পীনরিবনি। মসিগী মতাংদা ইংলিস স্কোলর রোর্বট মালথ্যসনা হায়রম্বদু নিংশীংবা য়াই। মহাক্কী মমাংদা তরাতরেৎ অমসুং তরানিপালশুবা শতাব্দীদদি লৈবাক্কী ওইনা অপুনবা শেম্থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা অমসুং মিলিটরী শক্তি হেনগৎহন্নবা লৈবাক্কী মীশীং হেনগৎপসি অয়াম্নবনা পাম্নরমই। মমাংঙৈদা রোমানশিংনসু মখোয়গী লৈবাকপু পাকথোক চাওথোকহন্নিংবদগী মীশীং হেনগৎহনবা পাম্নরমই। মসিগী মায়োক্তা মালথ্যাসনা “এসেজ ওন দি প্রিন্সিপল অফ পোপুলেসন” হায়বা লাইরিক্তু ইখি। মহাক্না হায়বদি পৃথীবীদা মীগী মশীং অসি জ্যোমেত্রিক প্রোগেসন্দা হায়বদি ২ দগী ৪, ৪ দগী ৮, ৮ দগী ১৬ অদুম্না হেনগৎলি অদুগা চীঞ্জাক্কী পোথোক্না এরিথমেটিক প্রোগেসন হায়বদি ১দগী ২, ২ দগী ৩ মথং মথং অসুম্না হেনগৎলি। অসুম তৌদুনা মীশীং অমসুং চীঞ্জাক হেগৎপদা খুৎমান্নদবনা, মীশীং হেনগৎপদা অথিংবা খর থমগদবনি অসিনি। মানা হায়রম্বা ৱাফম অদু চুম্মী হায়বগী প্রমানবু ভারতনা নীংতম্বা ফংলকপদগী চথরক্লিবা চহি ৫ গী যোজনা অসিগী পান্দম ফংবা ঙমদবা অসিনি। চীঞ্জাক পুথোকপগী মতাংদা মীরৈবাক্কী মতেং নিদনা মরোমদোম লেপচগে হায়বা পান্দমগা লোয়ননা চংশিল্লক্লিবা চহি ৬০ হেনখরে। যোজনাগী মখাদা চীঞ্জাক্কী পোথোক ফন হেনগৎতুনসু হেনগৎলক্লিবা মীশীংনা য়ামনখিবনা কোন্নবদি মঙমদ্রে। ঙসি ভারত অসি মীশীং য়াম্বদা মাংজিন থাবা লৈবাক অমা ওইরে। অদুগী মথক্তা নোংমা নোংমগী ঈশিং ঈচাওগুম্না মী মশীং অসুম অসুম হেগৎলকপা লেপত্রি।

অখণ্ড অহৈশিংনা পাবগী মতুংইন্না ভারততা সেকেণ্ড ১.৫ খুদিংগী অঙাং অমমম পোকই। পৃথিবীগী লৈমায়গী লম চামদা ২.৫ দং লৈজবা ভারতনা পৃথিবীগী মী মশীংগী চামদা ১৫ য়োক থাক্লি। পৃথিবী অসিদা হেনগৎলক্লিবা মীশীংগী চাং অসিদা অসুম হেগৎলবদি চহি ৮০০ লোমগী তুংদদি লৈমায় অসিদা মী অমগী খোঙথাফম স্কয়ার ফুট অমদগী হেন্না ফংলরোই হায়রি।

হৌজিক হৌজিকমকসু মীশীং য়ামখৎলকপদগী মীশিংনা মনিংথুংনা চান্নবা চীঞ্জাক ফংবা ঙমদ্রে। নিংথিনা চাবা ফংদবদগী ভারততা অঙাং মিলিয়ন ৩৭ হেন্না মখল মখাগী লায়নানা নারি। মখোয়গী মরক্তা চামদা ৫০ দি শোয়দনা শীরগনি হায়না ইউঃ নিঃ সেফঃ কী রিপোর্ট অমনা হায়রি।

মীপুম খুদিংমক লাইরিক হৈহনবগীদমক সরকারনা ফ্রি এণ্ড কম্পলসরী এডুকেশন, নন ফোরমেল এডুকেশন, এদল্ট এডুকেশন পীনবা কন্না হোৎনরি। অদুবু থিজিনবগী রিপোর্ট অমনদি কুনমাথোয়শুবা সতাব্দীদদি ভারতসি লাইরিক হৈতবা মী মশীং খ্বাইদগী হেন্না লৈবা লৈবাক ওইগনি হায়রি। মী য়ামখৎলকপগা লোয়ননা থবক ফংদবগী সমস্যাসু হেগৎলকই। লাইরিক হৈরগা থবক ফংদবা মী ক্রোর কয়া লৈরী অমসুং পীক্লবা লৈবাক মণিপুরদা খৃঃ ১৯৯৬ কী অহৌবদা এমপ্লোইমেন্ট এক্সচেঞ্জগী রেজিষ্টারদা মীং চন্দুনা লৈবা মী মশীং ২৬৮৮৬০ ওইখি। লাইরিক হৈজদবা খুঙ্গংগী মীসু লৌউ শিংউবদা লোয়না থবক ফংবসুনত্তে। মখোয়না থবক থিনবগীদমক সহরদা লাকই। থবক লৈতবনিনা চাকনিফিনিবা ওইরকই। সহরদা মী য়াম্না থোমজিল্লক্লবনিনা মীনা কৃক কৃক ইন্নরে। লম্বী, উখোং ব্রাখোং, রেলতালি মনাক মীগী মী ঙাক্তাঙাইরে। অদুনা খৎন চৈনবা, হুরান চিন্থি, ওক্তবা থবক তৌবা মশীং য়াম্না হেনগৎলি। সমাজদা মী অমগা অমগগী মরক্তা লৈনবা ব্যবহার, ফজবা ৱাঙাং লৈত্রে, লোয়ননা অকোয়গবী ফিভমসু য়াম্না মোৎশিলহল্লে।

ভারততা চহি খুদিংগী মী কোটি ১৩ হেনগৎলি। মসিগীদমক চহি খুদিংগী লৈবাক অসিদা চীঞ্জাক কুইন্টল ১২,৫৪৫,০০০; শেৎনবা ফি মিটর ১৮৮,৭৭৪,০০০; লৈনবা য়ুম ২,৫০৯,০০; স্কুল ১,২৬,৫০০; ওজা ৩৭২,৫০০ থবক কোটি ৪ রো৺ সরকারনা পীবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা তারকই। মসি ওইথোকপা য়াবা নত্তে।

মী খরনদি মত পীবা য়াওই মদুদি ঐখোয়গী লৈবাক্কী মী মশীং হন্থহনবগী দরকার লৈতে। গনতন্ত্র চৎপা লৈবাকনিনা মীশীং য়াম্বগী কান্নবা লৈ, ভোট থাদবগী মতাংদা। মীগী শক্তি য়াওদনা চাওখৎপা পুরকপা য়াবা নত্তে। মণিপুরগী মতাংদসু মীশীং য়ামদ্রি, অদুনা মীশীং য়ামহনদবগী দরকার লৈতে হায়নৈ। অদুবু অৱাবদি, মণিপুরগী মীশিংগী শেন্থুমগী ফিভম য়াম্না ফত্তে। মীশীংগী শুফম নোমফম লৈতে। মীশিংগী পার কেপিতা ইনকমসু খ্বাইদগী পীকই। পার কেপিতা ইনকম পীকপা হায়বদি মীশিং অদুগী চাবা থকপা মরাং কায়দবা, য়ুমলৈ কৈরৈগী ফিভম ফত্রবা হায়বনি। শেৎপদা, চাবদা মনিং থুংদবা, লৈফম লৈতদুনা লম্বীদা, উখোংদা, রেলতালিদা য়ারেকপা মী মশীং য়াম্বনদি কান্নরোই। নিংথীনা শেম্বীবা ঙমদ্রবা, মগুন য়াওদ্রবা, মপাঙ্গল শোল্লবা, লায়না চেল্লবা মীদুনা সমাজগী চাওখৎ থৌরমদা খুদোল তম্বা ঙমফম থোক্তে।

মতৌ অসুম্না মীশীং হেনগৎলকপদগী ওইহল্লক্কিবা অমসুং ওইহল্লক্কদৌরিবা খুদোংথিবশিং অসি লাইরিক তম্লিঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈদগী খঙজিনবা তাবনি। ঙসিগী নুপামচা, নুপীমচাশিংনা হয়েং য়ুম্বানবা পুন্সিদা চঙলবা মতমদা অঙাং মশীং য়ামহন্দনা অপীকপা ইমুং লিংগে হায়না ৱারেপ লৌজবা তঙাই ফরক্কবনি। মসিনি পোপুলেসন এডুকেশনগী পান্দম। মশাগী, ইমুংগী লৈবাক্কী য়াইফবা পুরক্কবগীদমক নুপীশিংনা পোপুলেসন এডুকেশনগী জ্ঞান ফংবা তঙাইফদবা ওইরে। ❑

# নুপীগী লুহোংবগী চহি

"নুপীদু চেল্লুরগা চহি শুদদুনা লুহোংবদু তোক্লেয়ে। পুলিসও, লৈকায়গী চৌকীদার নমবোর ও অমুক তোইবা লোইহৌরে। অদুক চাউরবা নুপীদুবু লুহোংবগী চহি শুদে হায়না মমা মপানা দরখাস্ত থাই হায়নে। ঐখোয়দি চহি ১২ তা ঙাইহিবিঙৈদা নখোয়গী মামদা লুহোংলকপনে, লুহোংলকপা" ! মরী মরী হেক শম্লনা ইন্দোল নুমিৎলৈমানা পেদোং পেদোং ঙাঙদুনা লাকই।

নুমিৎলৈমানা হায়রিবদুগী অচুম্বা লৈ। মরমদি অঙনবা মতমদদি নুপীমচাশিংবু চহি নৌনা লুহোংবা চৎনরমই। হৌজিক্তি নুপীমচাগী চহি ১৮ অদুগা নুপাগী চহিনা ২১ শুদনা লুহোংলবদি আইনগী মতুংইন্না দণ্ডি ফংগনি হায়বা লৈরে।

লুহোংবগী চহিগী মতাংদা বুদ্ধয়ানা ধর্ম্ম সুত্রগী মতুংইন্নদি নুপীমচাশিংনা মীওই শুদ্রিঙৈ, অদুগা নুপামচাশিংনা ব্রহ্মচার্য্য থুগায়দ্রিঙৈদা লুহোংবীগদবনি অসুম্না হায়। মনু সংহিতাদনা নুপীগী লুহোংবসি চহি ১২ গী মমাংদা ওইগদবনি হায়। নুপীমচাদুনা মীওই শুদ্রিঙৈদা লুহোংবীদ্রবদি মমা মপাদু পাপ পুই হায়না থাজনদুনা নুপীমচাবু চহি নৌনা লুহোংবা চৎনরকই।

ভারতকী মফম খরদদি নুপামচা নুপীমচাবু য়াম্না চহি নৌনা লুহোংবা চৎনৈ। অঙাং ওইরিবা বর কন্যা অদুনা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্লিঙৈদা মখোয়গী মমা মপা অহল লম্মনগী তম্পাক্তা তুমদুনা লৈবসু কয়া অমনি।

অঙাংশিং অদুদি লুহোংবদুগী অর্থ খঙবা নত্তে। নুমিত্তুদা মখোয়বু মফিমরোল ফজনা শেৎপীবা, লুনা চান্না তৌবীবদুদা শান্নবা ওইনা হরাওজে। অঙাংবু য়াম্না পীক্লিবৈঙেদা অসিগুম্বা মওংদা লুহোংবগী চৎনবীসি বিহার, মধ্যপ্রদেশ, রাজাস্থাননচিংবদা লৈ। মণিপুরদা নুপীমচানা মীওই শুদ্রিবৈঙেদা লুহোংবদি চৎনরমই অদুগা য়াম্না অঙাং ওইনা লুহোংবীবদি চৎনদে।

হিন্দু ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদদি লুহোংবগী য়াম্না ৱাংবা আদর্শ থল্লমই। লুহোংবনা নুপা নুপী অনীবু তৎন থানবা য়াদবা মরীনা পুনশিনবনি, আত্মা অনীবু অমত্তা ওইনা তিন্নহনবনি হায়। অদুননি নুপীবু সহধর্ম্মিনী হায়দুনা ধর্ম্মগী থবক থৌরমদা নুপাদুগা ইরোই লোয়নরিবা।

মতমগী মতুংইন্না মীওইগী থাজনবা, চৎনবী আদর্শ হোংলকই। ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইরগা তৌহৈ, তৌহৈদে, হায়না চানরম্বদু চুনৈ চুন্নদে, কান্নৈ কান্নদে হায়বা মীৎয়েং অসোমদা চৎথনরকই। চহি নৌনা লুহোংবসি মী অদুগী অমসুং সমাজগী ওইনা কান্নদে হায়দুনা লুহোংবগী চহি ৱাংখৎনবা ৱারেপ লৌরকখিবনি।

চহি নৌনা লুহোংবগী কান্নদবা য়াম্না লৈ। মশাগী মপুঙ মরৈ ফাদ্রিবৈঙেদা লুহোংদুনা পোকপা অঙাংদু মবুদ্ধি মরৌশিং ৱাৎলি হায়না অখঙ অহৈনা প্রমান তৌদুনা খঙহল্লে। মশাগী অনিংবা, অপাম্বা, ৱারেপ য়াওদনা মমা মপা অহল লম্মননা শীনবীদুনা লুহোংবীরগা হয়েং মপুঙ মরৈ ফানা চাউরক্লবা মতমদা নুপা নুপী অনীদু মত খেন্নরকপা থোক্তুনা য়ুম্বানবদা কায়নিংঙাই মচাক ওইগল্লি। করিগুম্বদনা নুপাদু ঙস্তানা শিদোকখিবদগী নুপা ময়ুমদা অমুক্তসু চৎলুদ্রিবী নুপীমচাদু লুখ্রাবী ওইরবনি হায়দুনা সমাজনা তোম্থনা য়েংবী। চহি নৌনা লুহোংবগী কান্নদবা অমনা অঙাং মশীং য়াম্না পোকপা অসিনি। অঙাং য়াম্না পোকপা নুপীগী মশা ফত্তে হায়বসিসু ময়াম্না খঙনরবা ৱাফমনি।

অঙাংবু নৌনা লুহোংবীবগী চৎনবীসি ফত্রে হায়দুনা সমাজ শেমগৎপগী লময়ানবশিং-রাজা রামমোহন রোয়, পণ্ডিত ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনচিংবনা মুথৎনবা অঙনবা মতমদা হোৎনবীরমই। অদুদগীদি খৃঃ ১৮৬০ দা ইণ্ডিয়ান পেনাল কোদনা চহি ১০ শুদ্রিবা নুপীমচা লুহোংবা থিংখি। মথং মথং শেমদোক্লুনা খৃঃ ১৯১৯ দা সারদা এক্ট পাস তৌদুনা অঙাং ওইনা লুহোংবসি আইন্না থিংখি। খৃঃ ১৯৫৫ দা হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট শেমদুনা নুপীগী লুহোংবগী চহিসি ১৫ দা ৱাংখৎহনখি। এক্ট অসি নৌনা অমুক শেমদোক্লুনা খৃঃ ১৯৭৮ দা নুপীগী লুহোংবগী চহীনা ১৮ অদুগা নুপাগীনা ২১ দা হেনগৎহনখিবনি।

আইন শেমদুনা নুপীগী লুহোংবগী চহিসি ১৮ দা লেপখ্রবসু চহি শুদনা লুহোংবসি অদুমক চৎনরী। মসিগী মরমদি খুঙ্গংগী লমদা নুপীমচা অয়াম্বা লাইরিক তমদে। খরনা মিং চন্দুনা তম্বা হৌরুরবসু মপুঙ ফাদনা তোক্লকপনা অয়াম্বনি। স্কুল তম্বা তোক্লবা নুপীমচাশিংনা তংতাবা থবক অমা তৌদুনা লৈবসু নত্তবনিনা চাউরগা লুহোংদনা লৈবদু মীনা নোক্লবী। চাউরক্লবা নুপীমচাশিংবু খুঙম শাঙম তৌবীখিদ্রা হায়না মখোয়বু শেন্নবগী অৱাবদু কোক্লবা মমা মপানসু নুপীমচাবু চহি ১৮ শুদনা লুহোংবীবনা অয়াম্বনি।

লুহোংবগী আইন অসিবু মায় পাক্লা চৎহলনবগীদমক নুপীমচাশিংবু অৱাংবা থাক ফাওবা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংহনবীগদবনি। তম্বা তোকহৌরবা নুপীমচাশিংগী শুফম নোমফম, ফার্ম, ফেক্তরীনচিংবসু লিংখৎত্তুনা মখোয়বু শিন্থা পীবা তাবনি। লৈশাবীনা ময়ুম পান্দনা লৈবদা নোক্লবীবা করেম কথায় তৌবিদবা ফৈ। নুপীশিংনসু মশাবু হেন্না মতিক চানবা, মীপাল তাংদনা মদোম লেপচবা ঙম্লবা হান্না হোৎনরগা লুহোংবনা অফবা ওইগনি। ❑

# লুহোংবদা নুপীগী অঙনপোৎ পীবা

"লক্ষমী কৌবী লুহোংবা কুইদ্রিবী নুপী অমা অঙনপোৎ পীদবগী নুপামযুমগী কাংবুনা মশাদা কেরোসিন হৈজিন্দুনা মৈ থাদোকপীরে"। মসি খবরগী পাউনি।

"মখা লৈকাইগী নুংশিতোম্বীদো মাগী অঙনপোৎতু নুপামযুমগী মীনা শীজিন্নরুবদগী খৎনদুনা মপামদা হল্লকয়েয়ে"। মসিনা ইন্দোল চাউবীনা তল্লবা পাউনি।

অসিগুম্বা অঙনপোৎকা মরী লৈনবা পাউ কয়া ঐখোয়না তোয়না তারি। অঙনপোৎকী মতাংদা কোর্টতা কেশ কয়া অমসু চথরি।

অঙনপোৎ পীবা হায়বদি মচানুপী লুহোংবদা মমা মপানা খুদোলপোৎ ওইনা পোৎচৈ লম্ভুমগী শরুক খর মচানুপীদুদা পীখিবদুনি। মসিদি মমাংঙৈদগী চৎনরকপনি। মমাংঙৈগী মতমদা নুপী লুহোংবদা অঙনপোৎ পীনরমই। মরমদি নুপীদুনা নৌনা অতোপ্পা ইমুং অমদা লৈরুবদা মাগী দরকার লৈবা পোৎচৈশিংদু মীঙোন্দগী হায়জরুদনা মরন্নাইগী পোৎ শীজিন্ননবনি। মদুনা মশাগী লেমজবা অমসুং ইজ্জৎ হেনগৎহল্লি হায়না লৌনবদগীনি। মরম অমনা মচানুপীনা মমা মপাগী লম্ভুমগী সত্ত্ব ফংবা য়াহল্লমদবা অসিনি। অদুনা মচানুপীদু লুহোংবদা অঙনপোৎ হায়না কৌদুনা মমা মপাগী লম্ভুমগী শরুক খরা পীবনি। অঙনপোৎ ওইনা পীনরম্বা পোৎচৈদি নুপীদুগী শেৎন চানবা ফিরোল, হিপ্পবা ফমুং কাংথোল, শীজিন্ননবা কোললিক ফিশা লোনশাগী পোৎচৈ খর অসিনি।

মতমগী মতুংইন্না অঙৌনপোৎ পীবগী মওং হোংলকখি। লুহোংবা মতমদা নুপীনা মপামদগী পুরকপা লস্তুম, পোৎচৈঅদু নুপাময়ুমগী কাংবুনা হেন্না পাম্লরকখি, মরমদি ৱাদনা লস্তুম ফংদুনা নুংঙাইনিংবদগীনি। দষা তারিবনা নুপীদুনি। নুপীদুগী মমামপাদুনি। নুপাময়ুমগী কাংবুনা নুপীগী মমামপাদগী অঙৌনপোৎ ওইনা শেল অসুক, পোৎচৈ, গাড়ী অতৈ মালচাং অসুক পীদবা য়াদে হায়বা চৎনরকই। মচানুপীদুনা নুপাময়ুমদা নিংথিনা লৈজখিনবা অমসুং নুপাদুনা, মনেমমকুনা লুনা চান্না তৌবীনবা হায়দুনা নুপাময়ুমনা হায়রকপা পোৎশিংদু নুপী ময়ুমনা পীনরকই। অদুদগীদি অঙৌনপোৎ পীদ্রবদি মখল মখলগী থবক চত্থবা হৌই। করি অমুক হায়রুনি - অঙৌনপোৎ শুনা পীদে হায়দুনা লুহোংফালদা ফল্লবা বড়দু হৌগৎতুনা চৎখিবা য়াওই। মদুম তৌরকপদা নুপীদুগী অমসুং মাগী মমামপাগী ইজ্জৎতু মাংহল্লে হায়দুনা কপ্পা, লাউবা, হায়জবা থোকই, ৱাশক কয়া লৌনৈ।

লুহোংলবা মতুংদা অকক্লবা মতম অমদা অঙৌনপোৎ পীগনি হায়না ৱাশকপদু পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি নুপীদুবু ওৎপী নৈবীবা, ফু চৈবীবা তৌই। কেরোসিন হৈজিন্দুনা মৈ থাদুনা হাৎলগা ষ্টোভ পোকখাইবদা শিবনি, মতোমতা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজবনি অসিনচিংবা হায়জিনবগী পাউ খবরদগী তোয়না তারিবসিনি।

অদুনা মচানুপী য়াম্না পোক্লবদি মখোয়বু লুহোংবীনবা হোৎনবদা মমামপাদু য়াম্না ৱাবা নংই। অদুনা নুপী পোকপা পাম্লদে। অঙৌনপোৎ পীবা ঙল্লোই হায়বদগী মমা মপানা মচানুপীবু পীক্লিঙৈদা গঙ্গা তুরেন্দা থাদদুনা হাৎপগী চৎনবী বেঙ্গলদা লৈরম্বগী ৱারী ঐখোয়না থেংনরি।

মণিপুরদা পীনরিবা অঙৌনপোৎকী মতাংদসু মীৎয়েং অমতং থম্বা য়াই। ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরবসু মনিপুরগীদি হিরম কয়াদা মশাগী তোপ তোপ্পা শক্তম, চৎনবী লৈ। মসি অঙৌনপোৎকী মতাংদসুনি।মামাংঙৈদগী

হৌনা মণিপুরদসু মচানুপী লুহোংবদা মমা মপানা অঙৌনপোৎ, খুদোলপোৎ পীবা চৎনরকই। অঙৌনপোৎ পীবদা অসি, অদু য়াওদবা য়াদে হায়বা লৈরমদে। মচানুপীদুগী শীজিন্ননবা মমামপানা ঙমজবা পোৎচৈ খর, ফিরোল, কোললিক, ফমুং কাংথোল, তওৎ তমং, তরেং ফি শাবগী য়োংখম, তেমনচিংবা পীনরমই। অচৌ অশাংগী ইমুংগী, লৈমসিজগী মচামশুশিং লুহোংবগী মতাংদা "ক্বাগোক হানবা" হায়বা খঙনদুনা নুপাময়ুমনা নুপীময়ুমদা শেল পীবদি চৎনরমই।

মমাংঙৈদা পীনরম্বা অঙৌনপোৎ পোৎচৈ অদুদগী হৌজিক্তি য়াম্না হেন্না পোৎচৈ পীবা মণিপুরদা চৎনরে। ময়ায় ওইবা ইমুং অমগী নুপী অমা লুহোংবদা হৌজিক উন্নরিবা পোৎচৈ শিংদি কোললিক, ফি, ফমুং কাংথোলগী মথক্তা উপু আলমিরা মক্তদা ষ্টিলগী, উগী লোয়ননা অকে অমৌগী পোৎচৈ, সো বোক্স, রিফ্রিজেরেটর, ৱাশিং মেছিন, টেলিভিজন, রেদিও, ফেন, কার নত্রগা স্কুটর নত্রগা মোপেদ, গ্যাস সিলিন্দর, অসিনচিংবা মশিং থাবা ঙম্বা নত্রে। মশাগী শীজিন্ননবা সনাগী লিক, খুজি, নায়ানবীসু তঙাই ফদনা য়াওরিবনি। করিগুম্বা আইতেম অমা ৱাৎপদা লুহোংলিবী কন্যাদুনা নিংঙাই তৌবসু য়াওই। নুপীগী মমামপাদুনা পোৎচৈশিংদু মশীং শুনা লাঙবা ঙমদদুনা শাগৈ নাতৈ, মরীমতা, মরুপমপাংদা চত্তুনা নহাক্না ৱাল ক্লোক পাংলকউ, অদোমনা ফিল্টর পাংবীয়ু, অদোম্না দাইনিং সেট, অসুম্না অঙৌনপোৎ খোমজিনবা চৎনরে।

অঙৌনপোৎ চাউনা পীরগা করি তৌবগে ? মসিনা নুপীগী মমা মপাদা অৱাবা পোৎলুম পী। মচানুপী য়াম্না পোকপা মমা মপাদুদি অমুক্কা হেন্না ৱাবা নংই। অমরোমদা নুপাগা নুপীগা মান্নবা থাক্তা পুরক্কদবনি হায়বা উইমেন্স লিবরেসনগী পান্দম থমদুনা মদু ফংনবা কাঙবু খরনা হোৎনরি। অঙৌনপোৎ পীবসিনা নুপাগা নুপীগগী থাক খেন্নহনবতা নত্তনা নুপীগা নুপীগগী মরক্তসু খেন্নহল্লে। অঙৌনপোৎ য়াম্না উল্লকপা নুপী অমগা উল্লক্তবা অমগা ইমুং

অমত্তদা মৌ ওইনা লৈমিন্নবদা, অঙনপোৎ চাউনা উল্লকপী অদুনা উল্লক্তবীদুবু হস্থনা য়েংই মাবু, ইকাইবা, তোনবা ৱাখল পোকহল্লি।

অঙনপোৎ পীবা অসিনা নুপীগী ইজ্জৎ শোকহল্লি, মখোয়গী নীংতম্বা মাঙহল্লি হায়দুনা অতৈ লমদা অঙনপোৎ পীবা লৌবা থিংনবা আইন শেমখ্রে। ডাউরি থিংনবা এক্ট ১৯৬১ গী সেক্সন ৩ অমসুং ৪ গী মতুংইন্না অঙনপোৎ পীবা মীশিংবু দণ্ডি পীদুনা ৱারক্লবা খোঙথাং লৌখৎখ্রে। অদুগা মণিপুরদনা অঙনপোৎ পীবসি নোংমা নোংমগী অহেনবা তান্নরকগুম তৌরি। আইনগী মীৎয়েংদগীদি মণিপুরদা চৎনরিবা অঙনপোৎ পীবগী মওং অসিদি অঙনপোৎ কৌবা নত্তে। মসিদি স্ত্রীধন হায়না খঙনবদুনি। নুপাময়ুম্না পীয়ু হায়দুনা পীবা নত্তে। নুপীদুগী মশাগী মরল ওইনা পুবনি। মসিদি আইননা য়াই।

হৌজিক খন্নগদৌরিবা ৱাফমদি স্ত্রীধন নুপীগী মপোৎ মরল ওইনা পীরবসু পোৎ মখল য়াম্না পীবা তারবনিনা মমা মপা ওইবগীদি অৱাবা ওইহল্লে অসিনি। পৈশা ওইনা পীবা নত্তবনিনা পোৎচৈশিং অদু লৈবদা শেল য়াম্না চঙই। পোৎকী মমলদি নোংমা নোংমগী হেনগৎল্লি। করিগুম্বদা লৈনিংলিবা পোৎ অদু লৈবা ফংদবসু য়াওই। ইনাক খুনবা মমা মপাগীদি মচানুপী লুহোংবদা অঙনপোৎ য়াম্না পীবা ঙমই। য়াম্না পীবদুদা লেমজবসু ফংই। অদুবু লায়রবা মমামপা, মচানুপী লুহোংবদা অঙনপোৎ য়াম্না পীবা ঙমদবশিং অদুদদি ইকাইবা পীদোনবা পোকহল্লি। ইকাইখাংদগী মীগা মান্নবা হোৎনবদা শেল পুই, পোৎচৈ বন্ধান থমই। মতমচানা শেল শিংবা ঙমদবদগী খৎনদুনা শান্তি লৈতবা হায়বদু ওই। অসুম্না ৱানা অঙনপোৎ লাংদুনা লুহোংখ্রবা নুপীদুনা নুপাময়ুমদা লৈখ্রবা মতমদা মীঙোন্দগী লৌরকপা অঙনপোৎকী পোপাং হন্নবা হোৎনবদা ইমুং মহি লাঙবা য়াম্না থোকহল্লি।

ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা মণিপুরদা অঙনপোৎ পীবগী মওং অসি থুনমক হোংদোকপা দরকার ওইরে। মসিগীদমক মণিপুরগী ওইনা আইন

শেন্বা তঙাইফদবা ওইরে। আইন অদুনা অউনপোৎ পীবদা পীগদবা পোৎ মশীং চাং লেপকদবনি। অঙম্বনি, ইনাকখুনবনি হায়দুনা অকক্লবা চাং অদুদগী হেন্না পীরবদি আইনগী মতুংইন্না দণ্ডি পীগদবনি। অউনপোৎ লৌনিংবগী অমসুং য়াম্না পুনিংবগী অপাম্বসি থাদো বা লাইরিক লাইশু হৈদুনা ব্রাখলগী লমদা অহোংবা পুরকপা তাবনি। সমাজ শেমগনি হায়না চোংথোরক্লিবা নহাশিংনসু মখোয়না লুহোংবদা অউনপোৎ লৌরোই হায়না ব্রাশকপা তাবনি। নুপীশিংনা নীংতম্বা পুন্সি লেন্নবা সমাজদা খুদোল তম্বা ঙম্নবা, মাঙতাক্লবগী মশক ওইরবা অউনপোৎকী চৎনবীসিগী মায়োক্তা নুপীশিংনা ময়ুম পান্দ্রবসু অকায়বা লৈতে হায়না গান্ধীজীনা হায়রম্বদু নিংশীংবা য়াই। মণিপুরদদি মৈতৈ সমাজদা নুপীনা ময়ুম পান্দনা শিখ্রবদি তেকশিন হঞ্জিল্লি তৌহৈদে হয়েং শিরগা চুক শাগনি হায়না থাজহন্দুনা নুপী কয়া অমদি চহি য়ামশীল্লক্লবদা অউনপোৎ য়াম্না লাংশিন্দুনা নুপী লৈরবা নুপাদা ফাওবা লুহোংনবা য়াওরি। শিক্ষা ফংদুনা নুপীশিংনা জ্ঞান তারবদি অসিগুম্বা অন্ধাবিশ্বাসতগী নাম্থোকপা ঙমগনি। অউনপোৎকী ফত্ত্রবা চৎনবীসি মুথৎপা ঙমগনি। ❑

# অঙাং য়ামহন্দনবনা নুপীগী য়াইফবনি

ইম্ফালদগী কিলোমিটর খরতা হাইথরগা লৈবনি খুঙ্গংদু। য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং লোয়শঙনা শীন্দুনা খুঙ্গংদা লৈবী নুপীগী ফিভম ফগৎহনবগী মতাংদা থিজিনবা চৎপদনি থেংনরকপদু। মাঙ্গোলদুদা ফমদুনা নুপীদুনা মচা অপীকপদু খোম পীথক্কুনা লৈরমই। মচা খরনা মনাক্কুদা মফি মরোল নিংথি নুংঙাইনা শেত্তনা লৈরমই। হংলুই – অঙাংসিবু কয়া শুবনো ?

– তরা শুবনি !

– অশুক য়াম্বা অঙাংশিং অসি য়োকপা থাকপদা ৱাদ্রা ? হৌজিক মতমগী অঙাং মশীং য়ামহন্দনবগী থৌরাংদু লৌখৎপীবা য়াদ্রা ?

– অঙাং পোক্তনবা তৌবদু হকচাং য়াম্না ফত্তে হায়নৈ। নুপীদুনা থুনা পাউখুম পীরকই।

মহাক্কী মশাদুদি ময়াং কংখিবনা মচাদুনা খোমলাং চিংলিবদুবু থোক্লিদ্রা খঙদে। মহাক্কু লায়রবনা মচাশিংদুবু পীজনবা হোৎনবদা চরা কয়া হেল্লিসু হায়। করিগীনো মানা য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং লৌখৎলগা মশা ফৎলোই কিরিবদু। মাগী মশা অদুদি য়েংবদা য়াম্না ৱারে।

অতোপ্পা নুপী অমদা হংলুই – ইচা কয়া পোকপগে ?

– নিপালনি, অনীদি শিখ্রে।

নুপীদুনা খুন্নকপা পাউখুমদুদা মচা শিগ্নিবদুগী থোইনা নুংঙাইতবা মওং য়াওদে। খর শিখিবদু ফনদুম ব্রাই শংলে হায়বগী মতানি। মদু ওইফম থোকপনি মচা ময়াম য়োকপগী অৱা চৈথেং ফংলবা মমা মপানা।

- অঙাং মশীং য়ামহন্দনবা থৌরাং লৌখৎপদি করি তৌবগে ?

- এঃ মদুবু কনানা তৌজে হায়গে ? থৌরাংদু লৌখৎপদি মহা পাপনি হায়নৈ।

মদুগী অচুম্বা লৈ মরমদি য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাংগী মখাদা অঙাং য়ামহন্দবা হায়বসি খুঙ্গংগী লাইরিক লাইশু হৈতবা নুপীশিংবু মুন্না খঙহনবা ঙমদ্রিবননি।

মচা তরেৎ লৈরবা নুপী অমদা য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং লৌখত্তুনা অঙাং পোক্তনবা তৌবা য়াদ্র হংবদা খুন্নকই - "ঐখোয়গী নুপানা য়াদে"।

নুপীদুনা হায়রিবদুদা করি অরানবা লৈ ?

নুপানা মকোকথংনা লৈবা সমাজ অসিদা নুপাশিংগী অয়াবা য়াওদনা নুপীশিংতনা অঙাং য়ামহন্দবগী ৱারেপ লৌবা ঙম্বা নত্তে।

অদুবু অঙাং য়াম্না পোকপদা খ্বাইদগী অৱাবা নংলিবসি নুপীনি। অঙাং য়াম্না পোকপা মমাদুগী মশা ফবা হৌনদে হায়বসি অয়াম্বনা খঙনরবা ৱাফমনি। হন্না হন্না অঙাং পোকপদা নুপীদুগী ঈ, শরু শয়াং পুম্নমক মচাদুনা লোইনা শীজিন্নখি হায়বদা লাল্লোই। অদুনা মমাদু শোন্দম নাদমই। মচা ময়ামগী সেবাদা মহাক্তি নুংঙাইবা পোত্থাবা ইফং ফংবা নত্তে। মচাশিংদুসু নিংথিনা পীজ পীথক তৌবদা ৱানা থোকই। মখোয়বু নিংথীনা লাইরিক লাইশু হৈহন্দুনা মতিকচাবা নাগরিক ওইনা শেম্বীবা ঙমদে।

অঙাং মশীং য়াম্বা হায়বসিদি অপাম্বা য়াম্বা মশানা তাবনি। মরমদি সংসারসিদা মী অনীফাওবা মান্নবা নত্তে। খেন্নবা অঙাং ময়াম অদুবু পেন্নবা হোৎনবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। ইমুংদুদা সমস্যা য়াম্না লৈবা মরম্না মমা মপাদু তোয়না খৎন চৈনবা থোকই। অঙাংশীংদুসু চাউরক্লগা হায়ন-তন্নবা য়াদবা য়াম্না য়াওরকই।

অঙাং অমা পোকপদা কপই। করি হায়রিবনো ? তোঙান তোঙানবা মত পীনৈ। তশেংবদি অসুম্না অর্থ হনবা য়াই। চান্নবা পীয়ু, শেৎনবা পীয়ু, মীনুংশি পামই, ঙাকপী শেনবীবা পামই অসিনি। লুরিবদি অঙাং অমা পোক্লকপদা মাগী চান্নবা চীঞ্জাক, শেৎন ইন্নবা ফিরোল, লৈনবা য়ুম পুদুনা লাকপা নত্তে। অদুবু অঙাংদুগী মমা মপানদি অঙাংদুগী তঙাইফদনা চঙবা পোৎচংশিংদু পীবা তাই।

অঙাং হায়বসি মমা মপাগী লননি, জাতিগীসুনি। ঙসিগী পীক্লিবা অঙাংবু নিংথীনা শেম্বীরগা মখোয়না তুংদা অমুক জাতিবু শেমগৎপা ঙমগদৌরিবনি। ঐখোয়না লবুক্তুগী মহৈমরোং নিংথীনা লোকপা ঙম্নবগীদমক পাম্বীদা হার হাপ্পীবা, ঈশিং নুংশা মঙাল ফংহনবীবা, তিলকাং, শা-ষণনদগী ঙাকথোকপীবা তঙাইফদবা অদুগুম্না অঙাংবুসু মশা ফহন্নবা, অফবা চীঞ্জাক পীজবা, মশাগী মগুন ফুদোক্লবা মহৈমশিং নিংথীনা তম্বীবা, মীনুংশি ফংহনবীবা তঙাইফদবনি। ইমুংদুদা মমা মপাদুগী অঙাং মশীং য়ামদ্রবদি মখোয়বু মনিং থুংনা শেম্বীবা ঙমই। অঙাং য়াম্লবদি শেন্থুমগী ফিভম ফত্ত্রবা লৈবাক অসিদা মমা মপানা মচাশিংবু নিংথীনা শেম্বীবা য়াম্না লুরবনি।

মতাং অসিদনি নুপীশিংদা অঙাং য়ামহনদনবগী তঙাইফদবা লাক্লিবসি। অব্রাবদি মসিগী কান্নবসি নুপী অয়াম্বনা ভাব তাদ্রি। মসিগী মরমদি লৈবাক অসিগী নুপী অয়াম্বা লাইরিক লাইশু হৈতবনা মরম ওইদুনা জ্ঞান তাদে, অন্ধবিশ্বাসতা থাজদুনা লৈ। অঙাং মশীং য়ামহন্দবগী, নাউরোল

চাউহনবগী পাম্বৈ শীজিন্নবফাওবা পাপনি থাজরি। অঙাংদি ঈশ্বরনা তম্বীরকপা খুদোলনি হায়না লৌশিনজদুনা নুপীশিংনা মশাবুদি নরকতা তাহনজরে।

হৌজিক্তি নুপীশিংনা সমাজগী চাওখৎ থৌরমদা খুদোল তমদবা য়াদবগী মতাংদু লাক্লবনি। মসিগীদমক নুপী পুম্নমক মশা ফবা, জ্ঞান তাবা, মগুন লৈবা মীওই ওইবা তাবনি। মচা ময়ামগী হোৎনবদা নিংথী নুংঙাইনা চাবা ফংদ্রবা, পোশ্বাবা ফংদ্রবা মশা শোল্লবা, বুদ্ধি লৌশিং থোক্রবা নুপীশিংনদি লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরমদা করম্বা খুদোল তম্বা ঙমফম থোক্কদগে হায়বসি নুপীশিংনা খন্থদুনা অঙাং মশীং য়ামহন্দবা তঙাইফদ্রবনি। ❑

# ফিজেৎ ফিজোলগী মতাংদা মণিপুরগী নুপী

নুপীগী ফিজেৎ ফিজোলনা মণিপুরগী সংস্কৃতিবু মীরমদা শক তাকই। পুয়া পুদিনদগী মণিপুরদা অঙম অথৌ, মীচম প্রজা, নুপা নুপীনা মমাংঙৈদা শেৎন-ইন্নরম্বা ফিজেৎ ফিজোলগী মরমদা খঙবা ঙমই। ইং কুমজা ৩৩ শুবা পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতম অদুদা নুপীশিংনা শেৎনরম্বা ফিজোলসি থবাক্তা অমা, খ্বাংদা অমা অমসুং কোক্তা অসিনি। অতোপ্পা ফি অমনা লেংবান্দগী খাওন ওল্লগা তুংলোমদা কিদুনা ইন্নরমই। নুপীশিংনা অসুম্না ফি শেৎপসি চীংগী অমসুং তমগী চৎনবী ওইরমই।

তমদা লৈবা নুপীমচাশিংদি খ্বাংদা ফনেক শেৎলগা ফুরিৎ লিৎলি অদুগা ফিদি ইনদে। মখোয়না চাউরক্তুনা মপুঙ ফারকপা মতমদা ফনেক্তু থবাক্তা চিংখৎতুনা শেৎলগা ফি ইল্লি। মশম শাই ককপা চৎনৈ। ময়ুম পাল্লবা মতুংদা মশম তুংলোমদা খোমগৎতুনা শম্বুল পুল্লি। মকুবোক, মতৈগী মমাংদা মকোক খুমই। চীংগী নুপীমচাদি পীক্লিঙৈদা থবাক্তা ফনেক চিংখৎতুনা শেৎলি।

মণিপুরগী সংস্কৃতিদদি মফম মতমগী মতুংইন্না মীশিংনা ফিজোল হোংবা চৎনৈ। লুহোং খোংদোংবা চৎপদা, হরাও কুম্মৈদা নুপীশিংনা ফনেক মপাল নাইবা, ইন্নফি অপাবা, লিককোল য়াম্না শিবা চৎনৈ। লাইখুরুম্বা, অশি অনাগী থৌরমগী চৎপদনা উরৈরোম শংবা ফনেক অমসুং ইনফি অঙৌবা ইন্নে। অঙম অথৌনা মাগী মাগী ফমথোনগী মতুংইন্না, য়েক সলাইগী তোঙান তোঙানবা ফিজেৎ ফিজোল শীজিন্নে।

নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা মহারানীনা শেৎপা ইনবা ফিজোলদি থারোন কুমশং ফনেক হায়না খঙনবা কুমজিংবী খোইজাওবী লোনবী ফনেক শেৎলগা কনাক হায়না খঙনবা কব্রংনা শাবা খ্বাংলাক লাকই। ফুরীৎ শাইজোনবা লিৎলি, কব্রংগী খাওন ওল্লি। নাকলদা অমমম, তুংলোমদা অমা পূন্না শমজি অহুম থোক্লা পুল্লি।

সমাজগী মীশিংনা শেৎন ইন্নবা ফিজেৎ ফিজোল শেম্বা, শাবা, লৈতেংগী পোৎ পুথোকপদা মণিপুরদা নুপীশিংনা চাউনা খুদোল তমই। নিংথৌ, মহারানী, অঙম অথৌনা শেৎন ইন্নবা ফিজোল লৈতেংগী ওইবা ডিজাইনশিং নুপীশিংতনা লোন খোৎতুনা পুথোকপা ঙাক্তনি। অঙম অথৌনা শীজিন্নবা নিংখম, অঙোমনা শীজিন্নবা শমজিন, মহারানীগী লুহোং ফিজিন, লুহোং-ফিবান, মীচম নুপীশিংগী লুহোংফিবান, কোঙ্গোল থিনবা ফুরিৎ, জগোয় রাসকী পোলোয়দা কোঙ্গোল থিন্দুনা ফজহল্লিবা, লাইগী লুহুপ, চুরানচিংবা শেমলি শারিবা পূম্নমক নুপীশিংতনা তৌবনি। নুপীশিংনা য়েৎতুমনা লোন্দুনা পুথোকলিবা নিংথিরবা ফিজোল লৈতেংগী পোৎলমশিং অসি খুৎ শা হৈবগী য়াম্না ব্রাংবা থাক্কী পোথোকনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৫৯-৬১, ১৭৬৩-১৭৯৮) মতমদগী হৌনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা লৈরিবা ফিরিবী পোৎফম অসি নুপীশিংনা য়েতুম্না লোনবা, নপশিন তাইশিন্দুনা পুথোকপা পোৎলমশিং - মোনমায়, নাওখুম তম্ফাথিনবা শেঙ্গাও, লাইগী চুরা, লৈপরেংনচিংবা য়োনফমনি।

মণিপুরগী ফিরিবা হায়বা কলা অসি অতৈ লমদনা এপ্লিক ব্রার্ক হায়না খঙনৈ। মণিপুরী নুপীশিংনা পুথোকপা এপ্লিক ব্রার্কশিংদি খোইলোনবা, থম্বাল চেপলৈ, ফানতুপ ময়েক, পাখংবা, ফৈরোই, ক্কাকলৈ, ফিজিনচিংবা অসিনি।

*পোৎশকশিং অসিগী মরমদা খরদং নৈনবা য়াই*

| | | |
|---|---|---|
| খোই লোনবা | - | ফনেক ফিবান্দা, নিংখম শমজিন্দা খোইলোল্লি। নিংখম শমজিন হায়বসি মুক্লা শান্নবদা মুক্লারোইশিংনা, হি তান্নবদা হি তোংবশিংনা, লাই হরাওবগী জগোয় শাবা নুপাশিংনা শীজিন্নবনি। ফনেক ফিবান্দা খোই লোনবসি নিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবানা (৯৬৯-৯৮৪) পানবা মতমদা হৌদোকপনি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙবা ওমই। |
| থম্বাল চেপলৈ | - | নিংথৌগী খদাংচেৎতা থম্বাল লৈগী মওং লৌদুনা লোনবা ডিজাইননি। |
| ফানতুপ ময়েক | - | অঙম অথৌনা খ্বাংদা য়েৎপা নিংখমদা ফিরাল মওং মান্না লোনবা ডিজাইননি। |
| পাখংবা ময়েক | - | নিংথৌনা শেৎপা নিংখমদা লোনবা খোই ময়েক্তগী খর হোংদোক্লগা শেম্বা ময়েকনি। |
| ফৈরোই | - | শমজিনগী খদাংয়েৎতা য়াম্থরকপা মরী অদুনি। |
| ক্কাকলৈ | - | উরৈ ক্কাকলৈগী মওং লৌদুনা অঙম অথৌশিংনা শীজিন্নবা শমজিনগী ফিবালদা লোনবা ময়েকনি। |
| ফিজিন | - | ফিজিন মখল য়ামই। লৈবাকচাবা পালাগী খ্বাংচেৎ ফিজিন্দা য়েনশিন অফাংবা লৈরোং লিদুনা লৈতেংই। অঙাংবা ফিগী মথক্তা অঙৌবা য়েনশিন অফাংবা মান্না কক্লগা |

যেতুম্না লিবনি (তাইবনি)। সেবক পালাগী খ্বাংচেৎ ফিজিন্দনা য়েনশিন অফাংবদু মথক মখা ওনশিন্নদুনা থম্লগা ময়ায়দা খোংনাং অমা লোল্লি।

**হরাও ফিজিন** - মসিনা মীচম লৈশাবীশিংনা লাই হরাওবা জগোয় শাবদা ইনবা ইনফিগী লিবনি।

**পানাও শিংনাও ময়েক** - মসি মীচম লৈশাবীগী লুহোংবদা ইন্নবা ইনফিগী ফিবান্দা শীজিন্নে।

**ঙমহাই মমিৎ** - ঙমহাই ঙাগী শক্তম লৌদুনা পুথোকপা ডিজাইননি। মসি মোনমায় তুবদা শীজিন্নে।

**ঈশিং মপী** - মসি ঈশিং মপী হায়বা তীলমচা জীবদুগী শক্তম লৌদুনা মোনমায়দা শীজিন্নে।

**কোঙ্গোল থিনবা** - ধাতুনা শেম্লগা কোঙ্গোল মান্ননা মোনমায় অমসুং জগোয় বাসকী পোলোয়দা থিনবনি।

এপ্লিক ৱার্ক অসি নোররে, সুইদেন, হোল্যাণ্ড, বৃটেননচিংবা লমদা লৌউ শিংউবা মী কাংলুপনা শীজিন্নে। ভারতকী লম - গুজরাট, ওরিষানচিংবা মফমদা খুৎশা হৈবা মী খরনা এপ্লিক ৱার্কশিং পুথোকই। মখোয়না ফক্লাংদা থেৎনবা লৈতেং ফি, টেবল ফিদা, খাউনচিংবদা মখল মখাগী ডিজাইনদা পুথোকই। মখোয়গীগা মণিপুরগীগা খেন্নবা হায়ববু, খুৎশা হৈবশিংদু খোংউপ শাবা, ষণশেনবা, লৌউবা কাংলুপ মীশিং ওইনা তৌই অদুগা মখোয়না পুথোকপা ডিজাইন্দু ইপৌ পৌবা শগোল, শামু, উটনচিংবা ওইনা তৌই। মদু শেমশাবদা মতম য়াম্না চঙদে।

মণিপুরগীদি পোৎলমশিং অদু পুথোকলিবশিংদু নুপী ঙাকনি। মখোয়না পুথোকলিবা পোৎলমশিংনা লাইগী, লৈমনিংথৌ অঙম অথৌনা শীজিন্নবা পোৎচৈশিং ঙাকনি। মসিদা শিঙ্ককী লংনা অমেংবা মচু শীজিন্নদুনা য়াম্না খুৎ চঙনা, মতম চঙনা শেমদুনা পুথোকপনি।

মমাংঙৈদা মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা এপ্লিক ব্রার্ক (লিবগী) থবক তৌবসি কোনুংদা লোয়শং লিংদুনা চত্থরমই। মসিগী থবক তৌরিবা নুপীশিংবু য়াম্না ইকাইখুম্নরমই।

নুপীশিংনা শাবা ইয়োংফি, মরুওইনা মোমপাক ফিদা, টেবল ফিদা, মোইরাংফি, লমথাং খুৎহৎ হৎপা ইন্নফি, শামতুনা শাবা ইন্নফি, চীংমীগী ফি মখল মখলশিং অসি মপালগী লমদা য়াম্না পামনৈ।


নিংখম শমজিন


খোই লোনবা ফনেক

মতমগী মতুংইন্না অকে অমৌগী ফিজেৎ চাকচাগী লমদা অহোংবা য়াম্না লাকই। লিবা-এপ্লিক ব্রার্কশিং শীজিন্নবসু হন্থরে। নুপীনা ফনেক ইনফি শেৎপগী মহুত্তা সারী, সালব্রার, মেদি, মেক্সিনচিংবা য়াম্না পাম্না শীজিন্নরকপা অসিনা নুপীশিংনা মণিপুরগী সংস্কৃতিবু ফিজেৎ ফিজোলদা মশক অদু হন্থরকপগী মরম অমা ওইহল্লে।

সমাজদা অহোংবা লাকপা হায়বসিদি হৌনশানি। অদুবু ফিজেৎ ফিজোলগী মতাংদা হোংলকলিবা অসিদদি নুপীশিংনা পেন্থোকতুনা লৈবা

চুমদে। নাৎকী শক্তম ঙাকপদা নুপীশিংনা ফিজেৎকী মতেংনা লৌরিবা থৌদাং কাওফম থোকতে। মণিপুরগী ইয়োংফিগী অনৌবা দিজাইন পুথোক্কুনা মীরমগী মীশিংদা হেন্না পামহন্নবা অমসুং শেম্থোক হেন্না লৈননবা নুপীশিংনা কন্না হোৎনবা চুমগনি। ❑



নুপীশিংনা শেমদুনা পুথোকপা জগোয় রাসকী পোৎলোই

# মণিপুরদা থবক শু নোমলিবীশিংগী সমস্যা

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী থোং নম্বোম্বী মনাক্তনি। নুংশা মরক্তুদা নুপীদুনা, মানা তিল্লকপা মনামশীংদু য়োম্থোক্লবা কন্না হোৎনরি। মনাক্তুদা ফি মচেৎ অমদা থা অহুমমুক্তা ঙাইরিবা মচাদু হিপহন্দুনা থল্লি। লিকলি মচা অমদা চা হাপ্লগা খোমচুপ মচিন পানশিল্লগা মচিন্দা হেক হেক চুপহল্লি। সেমিনারশিংদদি ব্লারেপ লৌখিবনি থবক শুনোমলিবীশিংগী মচাশিংবু নিংথিনা ঙাকশেনবীনবা কৈথেল মনাক্তা অঙাং থম্ফম শাবীগনি হায়দুনা। অদুবু কৈদৌখ্রবনো ঙসি ফাওবা হান্নদগী হোংবা উদে।

*************

মোইরাংদগী ইম্ফালদা থৌরকপা বস অদু মীনা পীক থন্না হায়গৎলকই। খর চৎলে মী অনী কারক, খর চৎলে অহুম কারক তৌদুনা গাড়ী মনুংদু কৃক কৃক ইন্নরে। নম্বোল কৈথেল য়ৌরকপদুদা মীখর কুমথহৌগদবোই খল্লুবনি অদুগদি কোঙৌগী ঙারুবাক খরনে, থাংজিংগী পোলাং খরনে পুখৎলক্তুনা ইমাইবেল খর বসতুদা কাখৎলকই। ময়ামদুনা লাউজৈ - কদায়দগীনো মফম লৈত্রে কারকফম। ইমাশিংদুনা করিশু থৌশাবীদে। মীরক অদুদা লিৎশিৎলক্লগা লাউরকই। "ঙসিদরাও ? নুতিগী চৎলিবু লৈহৌবা য়াব্রাও ? ঙাশিংসি পৎলোইদ্রাও ? দাইভোর অসি খুফানে খংলব্রাও ? " হায়না হায়না মী মরক্তুদা পোৎচৈশিং অদুগা চংশিনলকখি। ইমাশিংদুবু তশেংনা থাগৎতবা ঙমদে। মখোয়ননি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ঙা, মনামশীং, হৈরা পুরক্তুনা মীয়ামদা ফংহল্লিবসি।

*******************************

নোং মরক্তুদা মী খরনা লম্বী থোল্লিবদু রোদ মোহোরীদুদা কন্না পান্নরি। অঙম্বগী হুকুম্নরা, নহারোলগী অপাম্বনরা খঙদে শেল্লিবা লম্বীদু থুনা লোইদবা য়াদে হায়। কাংকৃক অদু ননশিনগদবগী রোদ রোল্লরদু স্তার্ট মুখতনা ঙংদুনা থাপলপ লৈ। মদুদা য়াওরিবা নুপীশিংদুনা থৌনাফবী মিংথোল ফংলবী মৈতৈ লৈমা ঙাকনি। নোং চোৎলি চেৎলিবদুদা কোকশেৎ অমমমগা মঞ্জুনবা ফিজোলগা লৈবাক হোনবা য়াও, ঈশিং হোনবা য়াও কন্না হোৎনরি। লম্বী শেম্বা পান্নরিবা বাবুদুনা মরোল খোইরী খোইরী তৌনা লাইন চাইগ-চাদেগা, থুইগ-থুদেগা লাউরি। নুপীশিংদুনা নুপাশিংদুগা থাক মান্ননা শুমিন্নদুনসু খুৎশুমন্দি মখোয়না নুপাদগী তানা ফংঙি। অদুবু খঙদে, নোংমা নোংমগী হাজিরা শুবগী মশীং নুপীশিংগী মরক্তা হেনগৎলক্লি। বন্দ তোয়না তৌরগা হাজিরা শুবা ফংদদুনা চারা হেনবনা কোঙগাইনি।

*******************************

কৈথেলগী শঙ মনুংদা নোং থুপলিঙৈদুদনি পোৎয়োনবী অদুনা ঐঙোন্দা "লুপা তরাদং থংবীরম্মুবা"। হংলুবদা খঙলে মহাজনদগী লুপা চনি পুবদু নুমিৎ খুদিংগী লুপা তরা তরা থা অমা চংনা শিংগদবনি। নুমিৎতু নোং তাবদুনা মশাগী পোৎফম লৈজদবদুনে মপা মপা ওইদুনা মানা তিক্লকপা পোৎতু মহুৎ মাঙনা য়োম্বোকপা তাখি। মহাজনগী পীগদবা শেনফম লুপা তরাদুনী অহলদুনা হায়রীবদু। "ইন্দোন ! য়ুমগী চেং ইনশাংগীনা কমদৌবা?" ঐনা হংই। "ইবেম্মা কৈথেল মনুংদা চা বোরা য়োনবসি ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রে। ইবেচাদগী চা বোরা চারে। য়ুমগী অঙাংশিংগীনা য়াম খর লৈহৌরে। য়োনবদগী লেমহৌবা দশকুস খরগা য়াওরি।

নুপীশিংনা ললোল ইতিক তৌবদা খুদোংচাবা ফংহন্নবা শেন্দোয় য়াংদনা শেম্মুং পীনবা থৌরাংদু অহনদুনদি খঙবা নত্তে।

*********************************

অফিসর অদুনা নোংমা ঐগোন্দা হায় - নখোয়নদি আ অধিকার মান্নবা, আ দায়িত্ব হায়রি। অদুবু নুপীদা শিন্নবা অফিসকী থবক্তা নখোয়গী ইফিসিএন্সি লৈতে, অদুনা ঐগী ডিপার্টমেন্টতা নুপী খনবা পামদে। অসিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌবী নুপী কয়া উরুবদগী খঙলকপদি মখোয়গী সমস্যা য়াম্না লৈ হায়বসিনি। য়ুমগী থবক - চাক থোংবা, ফিশুবা, অঙাংবু পীজ পীথক তৌদুনা স্কুলদা থাবা অসি তৌরম্নবা হোৎনবদা অফিস কাবদা থেংই। অসিগুম্বা থবকশিং অসি তৌবদা য়ুমগী মীনসু মতেং পাংবীদে। অচিনবা থবক লৈদুনা অফিসতগী খর থেংন হল্লক্লবসু লমচৎ চুমদেগা হায়দুনা নুপানা ঙাঙই। য়ুমগী অমসুং অফিসকী থবক অনী পুবদা অৱাবা য়াম্না নংই।

মথক্তা থমখিবা ৱাফমশিং অসি মণিপুরদা নুপীশিংনা থেংনবা সমস্যাশিং খরগা মরী লৈনবা ৱাৰীনি। মণিপুরগী নুপীশিংদি শুনোম্বা য়াম্না কল্লি। লৌউ শিংউবগী মায়কৈদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌই - লৌ লিংবা, লৌ খাওবদা নুপীগী মশীং য়াম্না য়াওরি। ললোন ইতিক্কী থবক - মনা মশীং, ঙা-চাক য়োনবা নুপী ঙাকনি। ঙা ফাবদসু নুপীনা নুপাশিংদগী মশীং হেন্না থবক শুই। মণিপুরবু মপালগী লমদা শক তাকলিবা ইয়োংফি অসিসু নুপীগী খুদোল ঙাকনি। লাইবক থীরিবদি, ফি শাবীশিংনা মতম চুপ্পদা লং মরাং কায়না ফংবা ঙমদে। মখোয়না শাদুনা পুথোকপা পোথোক্কী মগুন হেনগৎহন্নবা ট্রেনিং ফংবা, মশানা মশাবু থবক পীজবা, শেন্দোং ফংবা য়াম্না ৱানা থোক্লি।

অমরোমদা অমুক নুপীনা লাইরিক হৈদুনা তলব চাবা থবক তৌবা হৌরকপসি পংকুই কুইদ্রি। মণিপুরদা নুপীনা ইহান হান্না মেত্রিক পাস তৌবসি ১৯৩৭ তনি। চহি অসিগী মতুংদগীদি মণিপুরগী নুপী খরনা অফিসতা

তলবচাবা থবক তৌবা হৌরকপসি। অসুম্না নুপীশিংনা মওং অমদা নত্তে অমদা শু নোমদুনা থবক তৌদুনা ইমুংগী অমসুং লৈবাক্কী শেন্থুমগী ফিভম ফহনবদা থৌদাং লৌরিবনি।

নুপীগী খুদোং চাদবশিংসি কোকহনবীরবদি, মণিপুরদা নুপীশিংনা হেন্না নিংথীনা শুনোমদুনা লৈবাক্কী শেন্থুমগী ফিভম ফগৎহনবদা হেন্না চাউনা খুদোল তন্বা শোয়দবনি। ❑



চেক্কী থবক শুরিবী মণিপুরগী নুপী

# ইমুং মনুং মরাচেৎনা থম্নবা নুপীশিংনা চেকশিনগদবা

ইমুং অমা হায়বসি নুপা-নুপী অনী লুহোংদুনা লৈপুন ওইখিবদগী শেম্বা হৌই। মখোয়গী মচা ধার লৈরগা তৎন-থানা য়াদবা লীপুন অমমুক মখোয়গী মরক্তা লৈরকই। ইমুং অমগী থৌদাংদি মচামশু য়োকপা থাকপা, মখোয়বু মহৈমশিং তমহনবা, শেন্থুমগী, সমাজগী, ধর্ম্মগী, হরাও-তয়ামগী, পোথাবগী শীন্দোকপা অসিনচিংবা অসিনি। মসি য়াম্না মরুওইবনি মরমদি, অঙাংনা ইহান হান্না লোল ঙাঙবগী, সমাজ তিন্নবগী, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মতাংদা ইমুংদগী তম্বা হৌই। ইমুংদা লৈমিন্নরিবা মীশিংগী মরক্তা য়াম্না নুংশিনবগী মরী থম্বা ঙন্নবদি ইমুং অদু মরা চেৎপা ইমুং ওই। ইমুং হায়বসিদা পূন্না চামিন্নবা ইমুং, তোঙান চাবা ইমুং হায়বা লৈরী।

পূন্না চামিন্নবা ইমুংদদি নুপা-নুপী অমসুং মখোয়গী মচা অদুতা নত্তনা নুপাদুগী মমা মপা, মচিন মনাও লোয়ননা পূন্না লৈমিন্নে, চাকখুম পুল্লি। অসিগুম্বা ইমুং কায়হন্দবা, মরা চেৎনা থম্বা হায়বসি অরাঙ্বা নত্তে। অসিদা নুপীশিংগী থৌদাং য়াম্না চাউই। নুপীশিংনা থৌদাংদু পাঙথোকপা ঙম্নবা মতৌ করম্না অমসুং করি মরমদগী ইমুং কায়হনবগী মরম ওইবগে হায়বদু খঙজিনবা তঙাইফদে।

ইমুং কায়বগী অচৌবা মরম অমদি নুপা-নুপীদু খায়নদুনা নত্ত্রগা করিগুম্বা মরম অমদগী তোঙান তোঙান লৈনবা অসিনি। ইমুংগী থৌদাং

পুরিবা মী অমা ব্রাৎপদগী ইমুংগী মীশিংগী মরক্তা লৈনরম্বা মরী, পুনরম্বা থবক থৌদাংদা অকায়বা লাকই। মসিনা অঙাংশিংদা খ্বাইদগী হেন্না অমাঙবা থোকহল্লি। মমা মপা অনীমক শিখিবদগী ইমুংদু কায়রবদি অঙাংনা অতোপ্পা মীশিংদগী মমাগী মীনুংশি ফংবদা ব্রানা থোকই। অঙাংগীদমক্তি মমাগা মান্নবা মীওই অমা লৈতে হায়বা য়াই। মপা য়াওদনা য়োকপা মচাদুনা মপাগী মথৌনা মরিংজেল ফংবা ঙমদে। মমাদুনা ফন লুনা চান্না য়োক্তুনসু অঙাংদু মরোমদোম লেপ্পা ঙমদে, মপুক্লিংদা ইব্রাৎ ব্রাৎপা, তোম্বা ব্রাখল পোকই। শেন্থুমগী মতাংদসু নুপা য়াওদনা নুপীদুতনা হোৎনবনা ইমুংদুগী ফিভম ব্রানা থোকই। অদুনা ইমুংগী নুপানুপীদু চান্নচিন্ননা লৈবা তঙাইফদে।

অশি অনা থোকপদগী মমা মপা কায়নববুদি, খায়নবদগী কায়নবনা অঙাংদা মাঙবা হেল্লি। অঙাংদুনা মপাগীদা অমুক লৈ, মমাগীদা অমুক লৈ তৌদুনা মপুক্লিংদু লৈতাদে, নুংনাংদুনা লৈ। মহৈমশিং তম্বা মপুক্লিং চঙদে। মমা মপাদা ব্রারৌই। খর চাউরক্লগদি মনিং থুংদবদগী সমাজনা য়াদবা থবক তৌবা হৌরকই। য়ুমদা মতমচানা হঞ্জিনদে, তৌনিংবদা তৌরকই। অদুনা অঙাংদুগী লমচৎতা অহোংবা লাকহল্লি। অঙাং খরনা য়াম্না শাউগনবা, খৎনগনবা ওই। খর অমনা কীগনবা, মীরক মীচনথি ওইবসু য়াওই। খরনা তাকু তারাং চঙবা ওইহল্লি।

মতম খরগী ওইনা মপানা লাল চৎখিবা, লংফৈদা লৈখিবনচিংবা য়াওবদা অঙাংদা অমাঙবা থোকহল্লি হায়না মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা হায়রি। অঙাংশিংদু ময়ামগা ইচু চুশিন্নদনা ইপা পাখত্তুনা লৈ। মখোয়দু খৎন চৈনগল্লি। শিবা নাবদগী য়ুম কায়খিবা ওইরবদি অঙাংশিং অদুনা অচুম্বা ব্রাফমদু খঙলবদা মওং অমা নক্তে অমদা চুশিন্নবা ঙম্নবা হোৎনখি।

ইমুং অদুদা নুপানুপী অদুনা লৈমিন্নদুনসু অমনা অমবু থাজনদনা নুংশিনদনা লৈমিন্নবা ওইরবদি মদুনা ইমুংদু কায়দ্রগসু খাইবুং খাইবুং তৌবা

ইমুং হায়বদু ওইহল্লি। মসিনা কায়রবা ইমুংদগী হেন্না অঙাংদা অমাঙবা থোকহনবতা নত্তনা নুপা নুপী অনীমক্কী পুক্লিংগী লায়না ওইহল্লি।

নুপী লোনবা হায়বসিনসু ইমুংবু খাইবুং খাইবুং তৌহল্লি। নুপানা নুপী লোল্লবদা নুপা নুপী অনীদুগী হান্না নুংশিনরম্বা থাজনরম্বা লোইনা মাঙখি। নুপী অনীদুগী মরক্তসু কল্লক্লবা, খম্বন্নবা হেনগৎলকই। লোন্নবীগী মচাশিংদি য়েংথিনৈ, কল্লক্লে। মসিনা অঙাংগী লমচৎ মাঙহনবগী অচৌবা মরম ওই হায়না মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা মত পী।

নুপীনা মাগী নুপা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপাগা লমচৎ নাইদবা থবক চথরবসু য়ুম কায়বগী অচৌবা মরম অমা ওইহল্লি। ইন্দোরদা ডাক্তর শ্রীমতি রসাসমান পোয়েননা রিসার্চ তৌবদগী খঙবদি খায়নবগী মনুংদা চামদা ১৫ দি নুপা নুপী অদুনা থাজনদবদগী অতোপ্পগা ফমদিন্নবদগী থোকহনবনি হায়বসিনি। নুপানা নুপীবু থিনা তৌবা, ওৎনৈবা, অভৌনপোৎ পীদবদগী য়ুম কায়বগী মশীংনা চামদা ১১.৫ নি। অঙাও অফৈ চুবা, য়ু নত্রগা দ্রগ চাবদগী য়ুম কায়বা থোকপনা চামদা ৫ ওই হায়।

ইমুংগী মীশিংগী মরক্তা খরনা য়ু থকপা, নিশা অতৈ শীজিন্নরবদি ইমুংদু লায়ররকই, খৎন চৈনবা য়াম্না থোকই। য়ু থকলুরগা নুপানা মাগী নুপী অঙাংদা ওৎপা, ফুচৈ তৌবা ময়াম্না ইখং খঙনরবা ৱাফমনি।

মণিপুরগী সমাজদা লুহোংবা অমসুং খায়নবগী অচেৎপা নীতি নিয়ম লৈতবগুম তৌই। নুপা নুপীনা নোংমা নীনিদং মশক খঙনরগা নুংশিনরবনি হায়দুনা চেল্লি। মমা মপানা, সমাজনা অয়াবা পীদুনা লুহোংই। লুহোংলবা মতুংদা অৱা অনা খুদোংথিবা খরদং থেংনবদা য়ান্নদ্রে হায়দুনা হেক্তা খায়নৈ। মসিনা য়ুম কায়হনবা তোয়না থোকহল্লি।

ইমুং কায়হনবগী মরমশিং অসি নুপীশিংনা মুন্না খম্থদুনা ইমুং মরা চেৎনা থম্নবগীদমক থবক চথবা তাবনি। য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং লৌখত্তুনা

শেম্বা ঙমগদবা অঙাং মশীংতমক পোকপা হায়বসিসু ইমুংগী সমস্যা হন্থে। য়াইফ যুম্বাল থৌরাং লৌখৎপনা অঙাং পোক্তবা নুপানুপীদসু অঙাং পোকহনবা য়াই। যুম্বানবা পুন্সিদা অঙাং পোক্তবদগী খায়নবা থোকপসি চামদা ৩৯ নি হায়না থীজিনবা অমগী রিপোর্টতগী খঙই। মচা পোক্তবদগী নুপাদুনা নুপী অনী অহুম থিবসু য়াওই। যুমগী নুপীনা তোঙান তোঙানবা হোবী য়াম্না থম্বা অসি যুম কায়বগী মরম ওই হায়বসিসু নুপীশিংনা খঙজিনবা চুমই।

হৌজিক্কী মতমদা নুপীশিংনা যুমগী মপান্দা থোক্কুনা শেল তানবা, তলব চাবা থবক তৌনরকপা অসিনা অঙাংশিংবু নিংথিনা য়েংশিন্দদুনা অঙাং মাঙহল্লে হায়নরি। মসি মতমগী মতুংইন্না ইমুংগী যুমলৈ কৈরৈগী ফিভম ফগৎহন্নবা নুপীশিংনা থবক তৌবা তারগসু মখোয়না মচাশিংগীদমক মতম কায়থোক্কুনা মখোয়গা ব্রারী ব্রাতায় শাদুনা মখোয়গী অব্রাৎ অপা য়েংশিনবীদুনা মনিং থুংনবা হোৎনবীগদবনি। মসিগীদমক নুপীশিংনা যুম্বাললোল, অঙাং য়োকপগী অমসুং ময়ামগা চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবগী নীতি নিয়ম তম্বা, মনোবিজ্ঞান খঙবা য়াম্না মরুওই।

মতমগী মতুংইন্না সমাজ অসিদা অহোংবা কয়া লাক্লি। সমাজদা খৎন চৈনবা শাউনবা, হাৎন শুনবা কয়া নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। মসিনা ইমুংদা শান্তি লৈতবা য়াম্না থোকহল্লি। ইমুংদা খৎন চৈনবা শান্তি লৈতবা থোকপদা শংদাইননবা হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক্কী মফম কয়াদা ফেমিলি কাউনসেলিং সেন্টর লিংখত্তুনা লৈরে। অখণ্ড অহৈ, মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা ইমুং কায়দনবা মতেং পীরি। ইমুংদা সমস্যা লৈরবদি নুপীশিংনা ফেমিলি কাউনসেলিং সেন্টরশিংদগী মতেং লৌবসু কান্নগনি। হৌজিকতি মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্লুইমেন লিংখৎতুনা লৈরবনিনা ইমুংগী খৎন চৈনবা, ভাব তানদবা থোক্কুনা শাউগৎনবা কয়া কাউনসেলিং পিদুনা ব্রাতেম্বগী থবক লৌখৎলে। ইমুং কয়াদা কান্নবা ফংহনখ্রে। সমস্যা লৈরবদি নুপীশিংনা কমিশনদা ব্রাকৎপা য়ারে। ❑

# মনি-মমৌগী মরী

মনেমবোক্কা মমৌগা লৈনবা মরীদি মমাগা মচানুপীগা লৈনবা মরীদুনি। মনেমবোকনা মমৌবু মচানুপী ওইনা লৌদুনা নুংশিনা তৌই। অদুগুম্বা ইমুংদুদি ঈংনা শান্তি ওইনা লৈ। অৱাবদি মনেমবোক হায়রগা মমৌগী অশোয়বা য়েংগনবী, মিনুংশি খঙদবীগুম অয়াম্বা মীনা লৌনৈ। মসিদি চুমদবা মীৎয়েংনি হায়নিংই। মনেমবোকনা মমৌবু লুনা চান্না তৌই হায়বসিসু মীশিংনা খঙবীবা ফৈ। মণিপুরগী ওইনা য়েংসি - মমৌনা নোংমাফাদোক মপাম চৎপদা নক্তগা হরাওকুম্মে অমা চৎপদা মনেমদুনা মশু পোবীদুনা মমৌবু মাঙ থাদুনা চৎলিবনি। মমৌগী মশক মতৌ হৈথোয় শিংথোইবা, মনেম মকুগী সেবা তৌবদা চঙখোনবনচিংববু থাগত্তুনা ময়াম মমাংদা লেন্নজবসু মনেমনা তৌরিবনি। চনু নিংঙোল অমনা মপাম থাদোক্তুনা য়ুম অদুদা নৌনা খোঙদারকপদা, ইমুংদুগী চাৎনলোল, ব্যবহার, থকসি খাসি ঙাক্না চৎনবা, ইমুংগী মী অতৈগা চুশীন্ননবা মনেম ওইবীশিংনা মমৌদা শিন্তাক ফিদাকপসু তৌরিবনি। মনিমমৌ নুংশিননা, ইমুংগী অরৈ-লৈত তাথোক তাশিন তৌনবদুনা ইমুংদা নুংঙাইবা, শান্তি পুরকপা ঙমই।

মতমগী মতুংইন্না সমাজদা, মীওইবগী আদর্শদা অহোংবা লাকপা মরমনা মনিমমৌগী মরক্তা লৈনবা ফজরবা মরীদসু অহোংবা লাকই। মতম অমদা মনেমবোক্না মমৌবু ৱারক ৱাতেম তৌনরম্বদু মথক মখা ওন্নবগুম তৌরকপা য়াওই। মমৌনা মনেমবু ৱারকপা ফুবগী ৱা ফাওবা তারক্লে। নুংশিনবগী মরীসু য়েংথিনবরোমদা ওম্থোরকপা থেংনরে। অসুম্না ওইরক্লিবা মতৌ অসিনা হৌজিক্কী মতমদা ইমুংশিংদা য়াম্না উংখৎনবা থোকহল্লে। মসি

ফগৎহন্নবা হোৎনবা তাই। মতৌ করম্না মনেমগা মমৌগা নুংশিননা লৈমিন্নগদগে হায়বগী মতাংদা মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা পীরিবা মত, সমাজদা হোংলক্লিবা ফিভম, নুপীশিংনা লাইরিক লাইশু হৈরকপা অসি খন্নবা য়াই।

মমাংঙৈগী মতমদদি নুপীমচাশিংনা চহি নৌনা লুহোংনরমই। চহি নৌরিবা মমৌদুবু মনেমনা ৱারক ৱাতেম তৌরম্বনি। হৌজিক্তি আইন শেমদুনা নুপীনা লুহোংবগী চহি ৱাংখৎহনখ্রে। অদুনা লুহোংবা মতমদা নুপীদু মপুঙ ফারে, মশাগী ৱারেপ লৌজবা ঙম্লে। নুপীশিংসু লাইরিক লাইশু হৈরে, তলব চাবা থবক তৌদুনা মশাগী মরল মথুম লৈরে। মখোয়না মীগী মপাল তাংদনা, মীনসু মখোয়দা য়েৎশিনবীদনা মযুম পাঞ্জনিংবগী ৱাখল চেনবা হৌরকই। মযুম পানবদা অহল লম্মননা হায়বা মতুংইন্না চত্থবগী মহুত্তা মশাগী অপাম্বা মতুংইন্না চত্থবা পামলকই।

অহল লম্মনশিংনা ধর্ম্মদা য়ুমফম ওইরগা মাংই, শেংই, ইরুজদ্রবদি চাক থোংবা, চাবা য়াদে, নুপানা চাক চারিঙৈদা নুপীনা শোক্লুবা য়াদে, নুপানা চাক চাবা লোইরগা নুপীনা কোন্না চাগদবনি অসিনচিংবা হায়দুনা ৱারক ৱাতেম্বা চৎনরকই। লাইরিক লাইশু হৈরবী মমৌদুনা মাংই শেংই হায়বগী মহুত্তা লূ-নানবা, মহীক-মনায় য়াওহন্দবা হায়বা অশোমদা চত্থবা পামই। ফি অশেংবনি হায়দুনা মতম কুইনা শুদ্রবা মুগা ফনেক শেত্তুনা চাক থোংববুদি অরূবা ফি ফজনা এপ্রোন শীজিন্নদুনা থোংবদা অকায়বা লৈতে খল্লি। ঈংখ্রবা নিংথমথাগী অয়ুক্তুদা খোংউপ তোংদনা লৈবাক্তা নেত্তুনা চাক থোংলগা, হোবে হোবে তৌনা খুনিং ইকাই কায়না অফিস কাবদু পাল্লক্লে। অসুম্না অরি অনৌগী মরক্তা মখোয়গী আদর্শদা য়ৈখায়নবা অমা থোকলকই।

মমাংঙৈগী মতমগী লাইরিক লাইশু হৈজদবী মনেম ওইবীশিংনা খঙজবদি নুপীনা য়ুমদা লৈরগা মচা মশু য়োকপা, ইমুংগী থবক ইনখাং নোম্বা, অহল লম্মনগী সেবা তৌবা অসিনচিংবসিনি। হৌজিক মতমগী

লাইরিক লাইশু হৈরবী, মশাগী অধিকার করিনো খণ্ডলবী মমৌনা ঙাঙথোরকপা তৌথোরকপা থায়নগীগা খেন্নবা ওই। মদু অহল লম্মনশিংনা য়েংবদা মীৎ নাবা হায়বদু ওই। মমৌনা মাগী নুপাগা তাথোক তাশিন তৌমিন্নদুনা মতেং লৌনদুনা য়ুমগী অমসুং অফিসকী থবক ইনখাংদা মতেং পাংনবা, সমাজগী থবক থৌরমদা শরুক য়ামিন্নবা পাম্লকই।

অহল ওইবা মনেমদুনদি মমৌদুগা মচাদুগা টেবলদা ফমিন্নদুনা চাক চামিন্নবা, মচানুপাদুনা অঙাং লৌবীদুনা মমৌনা চাক থোংলিঙৈদা মতেং পাঙথোকপীবা অসিগুম্বসি উবদা মখোয়দৌ শাউগৎলি। মনেমশিংনা হায়নবা য়াওই - "ঐখোয়দি ঈনঙ্গনদা অঙাং পোরগা, চরু মৈ য়াংদুনা চাক থোংবা, ফৌ শুদুনা অহল লম্মল সেবা তৌরক্লিবনি। ইনেমনা চৈরবসু, ফুরবসু খাঙদুনা অদুম লৈরকপনি।"

মতৌ অসুম্না মতমগী হোংলকপা মতুংইন্না নুপীনা পাঙথোকপা থবক্তসু অহোংবা লাকই। অসুম্না অহোংবা লাকপা মরমসি মমৌনসু, মনেমনসু খংজিনবা তাবনি।

মনোবিজ্ঞানগী ৱানি - মমা ওইবীনা মচানুপাদু য়াম্না নুংশিজে। অদুবু য়োকপা, মহৈমশিং তমহনদুনা মমাদুনা চাউনা আশা থমজে। মচানা চাউরক্লগা মমা মপাদুনদি য়াম্না নুংঙাইগনি নিংজে। লুহোংলবা মচানুপাদু মাগী নুপী মমৌনা মুনখিবগুম মমাদুনা খনজে। মতাং অসিদা লাইরিক হৈরবী মমৌশিংনা মনোবিজ্ঞানগী ৱা খঙজিন্দুনা থবক পাঙথোক্কদবনি। মাগী নুপাদু মনেমদুগী মচানি, মনেমগী ৱা তাদনা মহাক্কী ঙাক্তা ওইগনি, তৌনিংবতা তৌগনি হায়বা চুমদে।

অউনপোৎকী মরমদা মনেমগা মমৌগা য়েংথিনবসু য়াওদবা নত্তে। মমৌশিংনা মখোয়না পুরকপা পোৎশিং অদু অতোপ্পনা শীজিন্নখিনি মীপাইদুনা মদু শেন্নবদা য়াম্না থুনা তোঙান চাবা পামই। মচাগা মমৌগনা

তোঙান চাখ্রগা অহল ওইবরা শেল থোক্কবা মনেম মকুনা তোঙান্না চাবা ইমুং কয়া হৌজিক মণিপুরদা লৈ হায়বসি ফেমিলি কাউনসেলিং সেন্টরশিংনা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্রুইমেননা থিজিনবদগী খঙই।

মনি মমৌ অনীগী মরক্তা থাজনদবা, মরাল পুথোক্লবা, চিংনবা থাদোক্কুনা অমগা অমগা পুকচেল শেংনা তাথোক তাশিন তৌরবদি ইমুংদা মরা তপ্পা, শান্তি পুরকপা ঙমগনি। লোয়ননা অমনা অমবু পুক্লিং থৌগৎনদুনা মতেং পাংনদুনা মনেমগা মমৌগগী মরী ফগৎহনবা য়াই।

মী অনী তিন্নবা য়ান্না অফবা পান্বেদি অপাম পামদা তংখায় তংখায় হন্দোক্লবা হায়বসিনি। মী অনীগী মরক্তা অমনা মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা ইমুংদা খৎন চৈনবা থোকহন্দবদি য়াই। মমাংঙৈগী মতমদা মমৌশিংনা নুংঙাইত্রবসু খাঙজিনবনা ইমুংগী শান্তি কায়হন্দে। হৌজিকনা মনেমবোকশিংনা ইমুংদা খৎন চৈনবা থোক্তনবা নুংঙাইতবা কয়া খাঙজিল্লি। অমত্তনা হন্দোকপগী মহুত্তা অনীনা খর খর হন্দোক্লবা, ঐগীদি মসি নত্রবদি য়াদে হায়না শিখাঙ খাংবগী মহুত্তা খর কোমথোক কোমশিন, হোংদোক হোংজিন তৌনবা ফৈ।

হৌজিক্কী মতমগী লাইরিক লাইশু হৈরবী মমৌশিংনা মনোবিজ্ঞানগী ব্রা খঙজিন্দুনা চাবা থকপা, শেন্থুম শীজিন্নবদা মনেমবোক্কী মনিং থুংনবা হোৎনবীবা চুমই। মানা ব্রানা য়োকচরকপা মচাগী নুংশিবা অমসুং মচাদগী ফংফম থোকপশিং মমৌনা মুনশ্রে হায়না খন্দনবা মমৌশিংনা মনেমগী হক খরসু থম্বা তাবনি। অমরোমদা অমুক থৌদাং য়াম্না পুরবী মমৌগী অব্রাবা খঙবীদুনা মনেমশিংনা মতেং পাংবীফম থোকই। মচানুপীনা মীগী মমৌ ওইখিবা, মীগী মচানুপীনা মাগী মমৌ অমুক ওইরবা হায়বসি হৌনবীনি। মমাগা মচানুপীগা লৈনবা মরীদু মনেমগা মমৌগগী মরী ওইবা তাবনি।

অদুবু মনেমনা ওৎপিরে হায়দুনা মমৌ কয়ানা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা, মাগী নুপাগা কায়নবা কেশ কয়া মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্লুইমেনদা ব্রাকৎ থাগৎলকপা কয়া লৈরে।

অমরোমদা অমুক অহল ওইরবী কয়া অমসু মমৌনা নীংথি নুংঙাইনা তৌবীদবা মদুদা মচানুপাদুনসু তোংশিন্দুনা মনেম কয়ানা ব্রানা খাঙলি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদা ব্রাতেমদুনা অমগা অমগা ভাব তাহন্দুনা লৈতাবা ইমুং ওইহন্নবা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্লুইমেননা লৈকাই লৈকাইদা ফেমিলি কাউনসেলিং এদুকেশন প্রোগ্রাম লৌখৎলিবা অসিনা মনি মমৌ নুংশি চান্নহনবদা খরগী মখৈদি কান্নবা পুরক্কনি থাজে। ❑

# নুপী খাইনবগী চৎনবী, নিয়ম

লুহোংলগা নুপী খাইনবগী চৎনবীসি মমাংঙৈদা ভারত্তা লৈরমদে। হিন্দু শাস্ত্রগী মতুংইন্নদি লুহোংবা হায়বসিনা নুপা নুপীদুবু ধর্ম্মগী ওইবা লীপুন অমা শেম্বনি। লুহোংবদা নুপা নুপী অনীদুগী আত্মাদু অমতা ওইনা পুন্সিনখ্রবনি, অদুনা খাইদোক্লবা য়াদে হায়না থাজনৈ।

আইন শেম্বা মনুনসু অসুম্না হায় মদুদি - ব্যবহার তৌদ্রবসু, তুক্কচনা য়েংনরবসু নুপা নুপী অনীদু থাদোক্লবা য়াদে। যজ্ঞ বল্কনসু অদুম্না মত পী। চানক্যগী অর্থ শাস্ত্রদা খাইনবগী ৱা অসি অহানবা ওইনা থেংনৈ। মহাক্না হায়বদি খাইনবা হায়বসি ফত্তে অদুবু মসিগী কান্নবসু লৈ। মহাক্না ইরম্বদি নুপী অদু নুপা অদুনা পামদ্রে তুক্কচরে হায়দুনা হেক্তা খাইনবা য়ারোই। নুপী অদুনা মাগী নুপাদু নুংশিদ্রে, হঙ্গোইরে হায়দুনা খাইনবসু য়ারোই। অদুগা মখোয় অনীমক্না য়ান্নরবদি খাইনবা য়াই। খাইনবা মতমদা নুপী অদুনা পুরকপা মপোৎ-মচৈশিংদু হন্দোকখিগদবনি। অদুগা নুপীদুনা নুপাদুদগী লম্থুম তানবসু য়ারোই। খাইনবা য়াবগী মরমশিং চানক্যনা পীরম্বদি নুপা অদুনা মরমচৎ ফত্তবা, নুপীদু হন্দোক্লনা লংফৈদা কুইনা চৎখ্রবা, নিংথৌদা বিশ্বাসঘাটক ওইরবা, মাগী নুপীগী পুক্সিদা খুদোংথিবা থোকহনগদবা লৈরবা, ধর্ম্ম ওনখ্রবা, মাগী নুপা ওইবগী শক্তি মাঙখ্রবদি নুপীদুনা মাবু থাদোকপা য়াই। খৃষ্টান ধর্ম্মদা খাইনবা য়াবগী মরম পীরি মদুদি নুপী অদুনা মশাগী সতীত্ব ঙাক্তবা, অতোপ্পা নুপাগা ঙাংনরবা, নুপা অদুনা অতোপ্পা নুপী অমা লৌরবা অসিনচিংবা অসিনি।

ভারত্তা কেথোলিক খৃষ্টান মীলিয়ন ১২ হেন্না লৈ। মখোয়গী খাইনবগী নিয়মদি খৃঃ ১৯৬৯ গী ইণ্ডিয়ান দাইভোরস এক্টকী মতুংইন্না পাঙথোকই। লুহোংখিবা লৈতে (এনলমেন্ট) হায়না চর্চ্চনসু খাইদোকনৈ। চর্চ্চনা খাইনহনবা অসি ষ্টেটনদি আইননা য়াবা খাইনবনি হায়না লৌদে। নুপানুপী অদুনা,মানা মানা পান্বা মওংদা অতোপ্পা অমগা অমুক লুহোংবা য়ানবা, লম্বুমগী মতাংদা চয়েৎনবা লৈতনবা মপুংফাবা মওংদা খাইনবা ওইননবা আইনগী মতেংনা খাইদোক্লনবগী কোর্টতা অমুক চৎপা তাই।

মুসলীমগীদি খাইনবসি মুসলীম পারশোনেল লোগী মতুংইন্না পাঙথোকপা য়াই। অদুবু আইন অদুনা নুপীদগী নুপাদনা হেন্না খুদোংচাবা পী হায়দুনা শ্রীমতি সাহনাজ সেথনা সুপ্রীম কোর্টতা ব্রাকৎখিবদুনী। খাইনবগী মতাংদা পাকিস্তান সরকারনা খৃঃ ১৯৮৫ গী আগষ্ট ৪ দা রিজোলুসন অমা পাস তৌখি। মদুদি মীয়ায় চল্লক্লবী নুপীশিংবু মরম ইচা চাদনা খানরগা নুপীদুগী হিংনবগী উপায়সু লৈতনা মরক্তা হুন্দোকপা য়ারোই। মুসলীমগী খাইনবা মতমদা লুহোংবা মতমদা পীখিবা মেহের হায়না খণ্ডনবা খুদোলশিং অদুমক পীগদবনি হায়বা লৈ।

থায়নদগী হৌনা খাইনবগী অয়াবা কয়া ধর্ম্মশিংনা অয়াবা পীদুনসু সমাজদা খাইনবা হায়বসি হৌজিক ফাওবদসু ইপাম পান্নদে। ভারত্তা খাইনবগী ব্রা হৌদোক্লকপা অমসুং খাইনবগী নিয়ম শেম্বা হৌবসি ইংরেজীশিংননি। মখোয়না ভারতকী নুপী লৌরগা খানরম্বা য়ান্নবা আইন শেন্নমই। অদুনদি খাইনবগী আইনদা নুপাদনা হেন্না খুদোংচাবা পীরগা নুপীদনা অচান মীরাই নাইবগী খুদোংচাদবা থেংনরিবসি।

মণিপুরগী ওইনদি লুহোংবা অমসুং খাইনবগী অকক্লবা নীয়ম লৈতে হায়বা য়াই। অহল লম্মননা হায়নশিংনদুনসু লুহোংই। মশা মশানা য়ান্নদুনা চেল্লগসু লুহোংই। সংকীর্ত্তন তৌদুনা লুহোংবসু য়াওই। কন্যা কৎলগা

লুহোংবা পাঙথোকপসু লৈ। অদুসু নত্তবা চেল্লগা অদুম নুপা নুপী ওইনা লৈমিন্নখিবদসু সমাজনা অয়াবা অদুম পী। খাইনবগী মতাংদসু অদু মঙায়। নুপীগী মরাল পুথোক্লগা খাইনবসু ইরাঈ লাঈনা অদুম থোকই। হৌজিক্কী মতমদদি কোর্টতা রেজিষ্টার তৌদুনা লুহোংবা অমসুং খাইনবা মণিপুরগী হিন্দু ধর্ম্ম চৎপশিংগী মরক্তসু চৎনে। মরন্নাই য়ান্নরগা লৌন লৈনদুনা লৈখ্রগা খৎনরগা কোর্টতা বিচার তৌহল্লগা মেন্টেনেন্স এলাউয়েন্স ফংবসু অদুম য়াওই। মসিগী মরমদি খাইনরবা নুপীশিংবু নুপাশিংদুনা য়োকথাকপগী মতাংদা সুপ্রীম কোর্টনা রায় পীখিবননি।

খাইনবা হায়বসি ফৈ নত্তগা ফত্তে হায়বগী মরম পুথোকনৈ। লুহোংলুরগা খাইনবা য়াদে হায়দুনা নুপীদুবু তাথী তাওইনা তৌবদগী পুন্সিচুপ্পা মথম্মোয় চাক্কা হিংদৌ শরুকপুদি খাইনরগা মানা মানা পাম্বা মওংদা মপুন্সি লেনবনা হেন্না ফৈ হায়নবা কোঙ্গাইসু লৈ। ফত্তবা নুপীনা ওৎপা নুপা কয়া অমসু লৈ। খাইনরগা নুপাদুসু মুক্তি ফংলে খনবা য়াই।

মনোবিজ্ঞানগী মায়কৈদগী য়েংলগদি খাইনবা হায়বসি চুম্বা লৈ। নীংতম্বা পুন্সি অমা লেঞ্জবগী অধিকার অমা খাইনবনা ফংহল্লি। নুপা অদুনা অতোপ্পা নুপী অমা লৌরগা হান্নগী নুপীদু হন্না য়েংদবা য়াওই। খাইনরবদি নুপীদুনা মেনটেনেন্স এলাউয়েন্স তানবা য়াই।

অদুবু খাইনবা হায়বসিমক্তি ওম্থোক্লা মশক থিখ্রবা ৱাহৈনি হায়না বোম্বে হায়কোর্টকী এডভোকেট দেভীদ কেষ্টিশীনোনা মত পী। মহাক্লা অসুম্না হায়রিবগী মরমদি মশক ফজখ্রবা, লাইরিক লাইশু হৈখ্রবা মীওই কয়া খাইনবদগী ইকাইবা, নুংঙাইতবা ৱাখলনা চাক্কুনা মপুন্সি লেল্লি। মসি নুপী ওইবীশিংদনা শাথিবা হেল্লি। মমামপা খাইনবনা মচাশিংদা য়াম্না অমাঙবা থোকহল্লি হায়বসি ডাক্তর জিরলু এফ জেকোবনা মাগী লাইরিক "দি মলটিপল ক্রাইসিস অফ মেরিটেল সেপরেসন এণ্ড দাইভোরস" হায়বদুদা

ইরি। আত্মাঘাট তৌদুনা শিবগী চাং অসি খাইনবা মীশিংগী মরক্তনা হেল্লি হায়না খাইনবগী কাউসেলর ডাক্তর রোবর্ট সেগ্রেভনা তাকখ্রে। অঙাওবা লায়েংশংদা মীং চনবগী মশীংসু খাইনদুনা লৈবা মীওইশিংনা হেল্লি হায়না মহাক্না থিজিনবদগী পুথোকখি।

হৌজিক্কী মতমদা খাইনবগী চাং অসি লাইরিক লাইশু হৈরবা নুপা নুপীশিংগী মরক্তনা অয়াম্বা ওইরি। মসিগী মরমদি নুপীশিংদুনা মশাগী মগুনসু খঙজে অদুগা মাগী নুপাদগীসু মান্নবা মওংদা ব্যবহার, মতেং আশা তৌই। হান্নদি নুপীশিংনা শেল থোক্তবনিনা মরোমদোম লেপচবগী উপায় লৈরমদে। অদুনা নুপাদুনা মাবু ওৎ নৈরবসু, য়ু থকচিল্লুরগা ফুচৈ তৌরবসু, অতোপ্পা নুপী অমা পুশিল্লক্লবসু অদুম খাঙদুনা লৈরম্বনি। হৌজিক্তি নুপীশিংনা মাগী নুপাশিংদগী হক তান্নরে। অনিংবা অপাম্বদু থুংনরক্তবদা খৎনরক্তুনা খাইনবা য়াম্না থোকই।

য়ুম্বানবদা মরা চেৎনবা খাইনবা থোক্তনবা লুহোংদ্রিঙৈদা অমসুং লুহোংলবা মতুংদসু অখঙ অহৈ, অহল লম্মনগী পাউতাক লৌবা ফৈ। অখঙ অহৈনা হায়রিবদি লুহোংদ্রিঙৈদা অমনা অমবু মুন্না খঙদোক্লবা ফৈ। নুপা নুপী অদুগী পুক্লিংগী অপাম পামদ, লাইরিক লাইশু হৈবা, ইমুং মনুং মান্নবা মান্নদবা খঙজিনবা চুমই। য়ারিমখৈদি মান্ন মান্নবা মরক্তা লৌন লৌনবদি ফৈ। মদু ঙাক্তসু ওইবা য়াদবনিনা খেন্নবা লৈবশিংদু অপাম পামদ অদুগী তংখাই তংখাই হন্দোক্লরগা তিন্নবা য়াগনি হায়। য়ারিবা মখৈদি ইমুংদা খৎন চৈনবা থোকপদা অখঙ অহৈগী পাউতাক লৌদুনা নুপা নুপীদু খাইনদবা ফৈ। নুপা নুপী অনীমক্না য়ুম্বানবা পুন্সিদা লৈত লাইর তান্নদুনা অৱা অনা শরুক য়ামিন্নদুনা নুংশিননা লৈমিন্নরবদি খাইনবগী ৱাফম লাক্লোই। ❑

# মৈরা পায়বী

মৈরা পায়বী হায়বসি অতৈনা মতৌ তম্বা ওন্নরোইদবা মণিপুরগী নুপীশিংগী তোপ তোপ্পা শক্তি উখোকপা থৌনা লৈবগী ঈহৌ মখল অমনি। নুপাশিংনা নিশা শীজিন্নদুনা পূক্লিং অমসুং হকচাং শোক্ষরকপা থিংনবগী খোওজংদা নুপীশিংনা জাতিগী শক্তম ওাক্লবা, অহীং মীৎশেং খাওবদা অমম্বা কোক্লবা খৃত্তা মৈরা পায়বা হৌরকই। লৈকায়গী নুপী খুদিং মৈরা পায়বী ওইরকই। মৈরা পায়বীগী ঈহৌ শাগৎলকপসি খৃঃ ১৯৭০ অদুব্রাইদগীনি। মতম অদু মণিপুরদা মীশিংনা নিশা য়ু শীজিন্নবগী চাং য়াম্না হেগৎলকপা মতমনি। জাতিগী তুংগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা নুপা নহা কয়া নিশানা লাইচুরদুনা মশা শোকচিল্লকখি; তুরোই ওাম্লোই তৌবা হৌরকখি। অদুগা লোয়ননা ইমুং-মনুংগী অমসুং লৈবাক্কী শেম্ভুমগী ফিভমদি নোংমা নোংমগী ফৎচিল্লকখিদে।

লৈবাক্কী শেম্ভুমগী ফিভম ফগৎহনবগী পোলিসি অমা ওইনা সরকারনদি খৃঃ ১৯৭৫ য়ৌরকপদা মণিপুরদা য়ু য়োনবগী লাইসেন্স পীবা হৌরকখি। লোন্না য়ু থক্লরম্বদগী ফোংনা থক্লরকখি। য়ু য়োনবগী দুকান কয়ামরুম মচি মচিদা হাংদোকখি। মণিপুরদা মীশিংনা য়ু থকপগী চাং হেনগৎলকপা, চাকচা হৈজানবা, লুহোংবা, যষ্ঠী পুজানচিংবদা য়ুগী মথেল হাপ্পা হৌরক্লবদা নুপীশিংনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা ঙমলকখিদে। মণিপুরী জাতিগী তুংগী লল ওইগদৌরিবা মীওইশিং মচা-মশুবু নিশাদগী কন্নবা অমসুং মীওইবগী হক কন্নবা নুপীশিংনা খুত্তা মৈরা পায়দুনা অহীংদা য়ারেক সন্ত্রি তৌদুনা সমাজগী সেবা তৌবা হৌরকপনি। মৈরা পায়বীগী ঈহৌ অসিদি

হৌনরুবা তৌদনা মণিপুরগী নুপীশিংনা মশা মশানা চোংথোরক্কুনা পূন্না চঙশিনমিন্নবা শান্তি পুরক্লবগী ঈহৌনি।

কৃমিয়াগী লান্দা শোক্লবা লান্মীশিংবু ফ্লোরেন্স নাইটিংগলনা মখুত্তা লালটেন পায়দুনা অহীং মীৎশেং খাঙনা শোক্ল নারবশিংবু সেবা তৌখি। মীওইবগী সেবাদা কথোকলবী মহাক অদুবু মীয়াম্না "লালটেন পায়বী ইচল" হায়না মিংথোল পীদুনা ইকাই খুম্লে। অদুবু মসিদি মীওই অমত্তগী ৱানি। মণিপুরগী মৈরা পায়বীদি সমাজ সেবাদা কথোকপগী নুপীগী অপূনবা খোঙজংনি, নুপীগী অপূনবা শক্তি শীজিন্নবা ঈহৌনি।

মণিপুরগী নুপীশিংনা মথৌনা মরিংজেল মীরমগী মীশিংনা শীংথানৈ। মথৌনা মরিংজেল লৈবীশিংগী মচা-মশু ঙাকনি কৈবু চঙনা ফারিবা, বোমগী মৈনা ককপা ঙম্বা, জগোয়দা, ঈশৈদা, থাংদা তাদা, শান্নবদা মকোক থোংলিবা মণিপুরগী নুপামচা নুপীমচাশিংনি। মথৌনা মরিংজেল লৈবী মণিপুরগী নুপীশিংনা মখোয়গী নুপাবু অমসুং মচাশিংবু য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা ইকাইখুম্ননা থম্বা পামজে। মরম অদুদগী নুপাগী ঈজ্জৎ শোকপা, হক মাঙবা, ইজ্জৎ লৈখা তাখিগদৌবগী ফিভম সমাজদা লাকপদা মণিপুরগী নুপীশিংনা হেক হেক চোংথোরক্কুনা লাম্থেংনৈ। খৃঃ ১৯০৪ গী মণিপুরগী নুপীলালসু মসিগী অরাবা খুদম অমনি।

ভারতকী অতৈ মফমদদি মহাত্মা গান্ধীজীনা কৌথোক্কুনা নুপীশিংবু স্বাধীনতাগী আন্দোলন্দা শরুক য়াহনখিবনি। মণিপুরদদি কৌথোক্লবা, ইনশিল্লুবা য়াওদনা মণিপুরগী নুপীশিংনা বৃটিশনা অরানবা নীতি নিয়ম চথরকপগী মায়োক্তা লাল হৌরকখিবনি। মণিপুরগী অহানবা নুপীলালদুগী মরমদি খৃঃ ১৮৯১ গী মণিপুরগী নিংতমলালগী মতুংদা লালগী ক্ষতিপুরননি হায়দুনা মণিপুর প্রজাবু বৃটিশ সরকারদা লুপা লাখ অনীমখাই নমদুনা পীহনখি। মদুদা প্রজানা য়াম্না অৱাবা নংখি। অদুগীসু মথক্তা মীখা পোল্লবনি

হায়দুনা মণিপুরগী নিংথৌনা বৃটিশ সরকারদা চহী খুদিংগী লুপা লিশিং য়াংখৈ কাংখৎ (টেক্স) থিহল্লি। অদুগা লোয়ননা প্রজাদগী খাজনা মখল কয়া অমসু লৌখৎলি। মণিপুরী প্রজাগী মফমদা লৈরম্বা খুৎলায়শিং খোমগৎলগা লৌশিনখি। মণিপুরগী হান্নগী লান্মীশিংবু সাহেবকী থবক্তা মীনায়গুম্না শীজিন্নখি। মপান্দা চেঙ থাদোকপা য়াবগী হুকুম পীদুনা কারবাররবালাশিংনা মণিপুরদগী চেঙ থাদোকখি। মদুনা খুৎশেমগী চাক তাংবা থোকহল্লকখি। মুথৎলুরবা লাল্লুপ কাবগী চৎনবী নৌনা অমুক চৎনহল্লক্কুনা নুপামখৈবু মীনায়গুম্না সাহেবশিংগী থবক্তা শীজিন্নবা হৌরকখি। অসুম্না খোইরাং খোইশাওনদুনা লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা মৈ চাকলক্কুনা শঙ ২৮ মৈ চাকখি। মৈ চাকপদুদা সুতো সাহেবকী বাংলাসু য়াওখি। সরকারনা হুকুম অমা পীদুনা মণিপুর তম্পাক্কী নুপামখৈনা কবোদগী চীংশু উপাম্বী য়াল্লুরগা মৈনা চাকখিবা শঙ, সুতো সাহেবকী বাংলা লেম্না শাগদবনি হায়রকখি। মতৌ অসুম্না নুপাশিংনা ইজ্জৎ য়াম্না মাঙনা হিংবা য়ারোই, প্রজানা চুনদবা নীতি নিয়মদা খাঙদুনা লৈরোই হায়বগীদমক মণিপুরগী অহানবা নুপীলাল হৌখিবনি। মদুদা নুপীশিংনা অব্রা অনা, অশোক অপন কয়া নংদুনসু নিংহন্নবা লৈতবা থৌনাগা লোয়ননা চঙশিন্দুনা বৃটিশ সরকারবু শুপনম শাসনগী পথাপ হোংদোকহনখি।

খৃঃ ১৯৩৯ গী অনীশুবা নুপীলালগী হৌরকপগী মরমসু বৃটিশ সরকারগী অরানবা নীতি নিয়ম, লৈঙাক শাসনগী মায়োক্কনি। মতম অদুদা সরকারনা ফ্রিট্রেদ পোলিসি হৌদোক্কুনা মপাল লমদগী পোৎ-চৈ মণিপুরদা পুশিল্লকখি। মদু মীয়ামদা নমদুনা লৈহনখি। কারবাররবালাশিংনা চেঙ তক্লবা কোল কারখানা লিংদুনা মণিপুরদগী চেঙ মাপন্দা থাদোকপা হৌরকখি। মদুনা নুপীশিংনা ফৌ শুদুনা, চেঙ তাইদুনা শেন্দান লম্বী ওইরকপদু ককথৎখি। পূম্নমকশিংদু খাঙবা ঙম্লক্রুবদা, নুপীশিংনা নীংতম লান হৌরকখিবনি। মখোয়না তাল্লিবা পান্দমদু ফংবা ঙমখিবনি।

মতৌ অসুম্না লুরবা সমস্যা মায়োক্লরবদা মণিপুরগী থৌনা লৈরবী নুপীশিংনা অপূনবা ঈহৌ হেক হেক হৌরকই মদু লাম্বেংননবা। মৈরা পায়বীগী ঈহৌ অসিসু সমাজদা মরা তপ্পা, শান্তি পুরক্লবা নুপাশিংগী মথৌনা মরৌশিং নিশানা মাঙহনবদগী কন্ননবা হৌরকপনি।

মণিপুরগী মৈরা পায়বীগী ঈহৌ অসি মপাল লমগী মীশিংনা ওক্লা য়েংনরক্লি। ইউনাইটেদ কিংদমদা ফোংবা "মেরী ক্লেরী" নম্বর ৫৫ জানুৱারী ৯৩ গী চেফোংদা মিজ খৃষ্টীল অজিজনা মণিপুরগী মৈরা পায়বীগী নীংথিরবা রিপোর্ট অমা ফোটোগা কোন্ননা "উইমেন হু রাউন্দ মেন" হায়না মিং থোন্দুনা ফোঙখিবদুনা তাকই।

মণিপুরদা মৈরা পায়বীনা নিশা থিংবগী চত্থবা মওংদি তোপ তোপ্পা মওংনি মতা অমনি। মখোয়না অহীং অথেংবদা লম্বীদা য়ু থক্লগা লাকপা নুপাশিং থৎতুনা ফায়। য়ু থকই থকলকতে খঙনবা লম্বীদা লাকপা নুপাশিং ফারগা মচীন্দা মনম নমই। য়ু থকপা মী ওইরবদি ৱারকই - মতুং মনাও থক্লরোই হায়না ৱাশকহল্লি। ফাইন লৌবসু য়াওই। হঞ্জিন হঞ্জিন থকপা মী ফারবদি পুলিসতা শিন্নে। য়ু থকপা মী ফাবদা নত্তে, য়ু য়োনবা মীশিংবু ফাদুনা দণ্ডি পী। য়ুগী চফু থুগায়। পুলিসতা পীবসু য়াওই।

মৈরা পায়বী, নিশাবন নুপীশিংনা নিশাগী মায়োক্তা চঙশিনবা খোঙজং মতমগী মতুংইন্না হোংলকই। য়ু থিংবদগী হেন্দোক্তুনা ড্রগকী মায়োক্তা চঙশিনবা হৌরকখি। খৃঃ ১৯৮০ অদুৱাইদগী মণিপুরদা নহারোলশিংনা ড্রগ শীজিন্নবা কন্না হৌরকখি। মণিপুরদা শুফম নোমফম মরাং কায়না লৈতবনে, মপাল লমদা ড্রগ পুথোকপগী লম্বী মণিপুরনা ওইবনে, মীওই খরদি ড্রগ ললোনবদা থৱায় য়াওশিল্লকখি।মদুগী মহৈনা নহারোল কয়া ড্রগতা লাইচুবা ওইহল্লকখি। ড্রগা কাপ্পদা শিরিঞ্জ তিন্নবদগী লৌনদুনা এইদস লায়না শন্দোকপা হৌরকখি। জগোয়দা, ঈশৈদা, থাং

তাদা, শান্নবদা মকোক থংলম্বা মণিপুরনা পৃথিবীগী এইদস মেপতা মাংজিল থারক্লবদা মৈরা পায়বীশিংনা ড্রগকী মায়োক্তা লানজং চঙশিল্লকই। মৈরা পায়বীশিংনা মিটিং, সেমিনার, কনফরেন্স তৌদুনা ড্রগা চাবনা অমাঙবা থোকহনবদু মীয়ামদা পাকতক্লা খঙহল্লি। ড্রগ য়োনবা, ড্রগ চাবগী মায়োক্তা রেলী চংলী। সরকারদা মেমোরেন্দম কয়া পীশিল্লি।

মণিপুরী সমাজদা মৈরা পায়বীনা হেন্না লুবা সমস্যা থেংনবা তাখি। মদুদি আর্ম ফোরসেস স্পেসিয়েল পাব্বার এক্টপু মণিপুরদগী লৌথোকখিনবগী মতাংদনি। মসিগী মরমদি মণিপুরদা ইনসরজেন্সি নমথবগী মীংদা শাথিরবা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাব্বার এক্ট শীজিন্নদুনা মরাল লৈজদবা মীচম প্রজা - অহল, নহা, অঙাং, নুপীশিংবু তমথিনা ওৎ নৈবা হৌরকখি। লালহৌবনি হায়না চিংনবদগী ফাদুনা মরাল লৈজদবা মীওই কয়াদা ওৎ নৈবীবা, হাৎতোকপীবদগী মীয়ামনা মখল মখাগী অব্বাবা চৈনাখোল ফংবা হৌরকখি। কোম্বীং ওপরেসন তৌবদা মরাল লৈতবা মী কয়াবু ফাদুনা মখুৎ পুনশিল্লগা লম্বীদা শা-ষণগুম হোইদুনা পুই। মরাল লৈজদবা মী কয়াবু ফাজিল্লগা ফুবা, মশাদা পৌ নম্বা, ফৈজৈ চিংবা থার্দ গ্রেদ মেথোদকী ওৎপগী পথাপ শীজিন্নরকপদা মীওই কয়াগী মপুন্সি লোইশিনখি। শিহৌদবা কয়ানা মীরেম ওইনা মথৌ তৌবা ঙমদনা শিবা ঙাইদুনা লৈ। নৌজরিবী নুপীমচা কয়াবুনা মশাগী ইকাই খুম্নবা, ইজ্জৎ মাঙহনবী। অসিগুম্বা মীওৎ মীনৈ, মীশি মীনা নংবগী খুদম কয়া লৈকায় লৈকায় খুদিংদা লৈরবনি।

নীংশিংবা য়াই শগোলন্দ তেরা কৈথেল, লাংজিং, হৈরাঙ্গোইথোং, ওইনাম, ককচীং, শিংজমৈ, থোংজু, নাওরেম লৈকাই, ক্বাথা, হোইসু, উখ্রুল, সেনাপটিনচিংবা মফমশিংদা থোকখিবা থৌদোকশিং। মরাল লৈবা স্কুলগী ইউনিফোর্ম শেৎপা ছাত্র, মশা ব্বাইশংদ্রবী নুপী ফাওবা হাত্তুনা মীওইবগী হক মাংহল্লকপদা মৈরা পায়বীশিংনা চোংথোক্তুনা মণিপুরদগী আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাবার্স এক্ট, ১৯৮৫ (আসাম এণ্ড মণিপুর)

অমসুং অতৈ অতৈ ব্লেক লোশিং লৌথোক্লবা, মরাল লৈবশিং দণ্ডী পীনবা, অৱাবা তারবশিংবু মতেং পাংবীনবা মরী লৈনবা অথরিটিদা তকশিল্লি। চুম্না ৱাকৎপদা নত্তনা আর্মীনা মরাল লৈতবা মী ফাদুনা পুবদা মৈরা পায়বীনা নমদুনা মুলহৌবা য়াওখি। আর্মীগী কেম্পতা চণ্ডদুনা ফাখিবা মরাল লৈজদবা মী পুথোরকপা ফাওবা য়াওখি। মৈরা ইহান হান্না পায়বা হৌরকখিবা নুপীগী এসোসিয়েসন - অল মণিপুর উইমেন সোসিয়েল রিফোরমেসন এণ্ড ডেভলপমেন্ট সমাজগী নুপীশিংনা হায় "মৈরা পায়বগী মরমদি অমম্ববু মৈনা ঙালহন্দুনা অৱা অনা কোকহন্দুনা সমাজদা শান্তি পুরক্লবা লাইদা মৈ কৎলগা মদুদগী মৈহুম উতোং চমখত্তুনা মৈরা পায়খিবনি। ঐখোয়গী লৈবাক্তি লাইগী লৈবাক্লি। মমাংঙৈদগী হৌনা লমদম অসিদা ইরাং থোক্লবদি তাইশিন্নবা লমদাইবুং লাইরেম্মা খুরুম্নরকই। খৎন চৈনবদা ৱা ঙম্নবা ৱাঙমখোং লাইরেম্মা পুজা তৌনৈ। অদুনা ঐখোইনা মফমশিং অদুদা চত্তুনা লাইদা হৈরাং লৈরাং, মৈরা কৎলগা মৈরাপায়বী ঐখোয়গী মৈসি চমখৎখিবনি। হৌজিক্তি মণিপুরদা মৈরাপায়বীগী ঈহৌ অসি পাকশন্না শন্দোকখ্রে। চীং তম, চীংয়া তময়া, তোঙান তোঙানবা ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংদা মৈরা পায়বীগী সংস্থান লৈতবা য়াওদ্রে।" খৃঃ ১৯৯৩ হৌরকপা অদুৱাইদা মণিপুরদা শান্তি রক্ষাগী ফিভম য়াম্না হেন্না ফৎচিল্লক্তবদগী মণিপুরদা আর্মী য়াম্না কৌশিল্লকখি। আর্মীনা পাকশন্না কোম্বীং ওপরেসন তৌগদৌরে হায়বা তাবদগী লৈকায় লৈকায় খুদিংদা মৈরা পায়বীগী শঙ শাদুন্না নুপীশিংনা খন্ন-নৈনবা হৌরকখি। নুমিদাংদা নুপীশিংনা খুত্তা মৈরা পায়দুনা রেলী চৎলি। আর্মীনা কোমবীং ওপরেসন তৌবা য়ানিংদে নুপীগী ঈজ্জৎ মাংহনবা য়ারোই, মরাল লৈতবা মী ওৎপা য়ারোই হায়না অকনবা খোঙজং চংশিনখি। সরকারদা মেমোরেন্দম পীশিল্লি।

মতৌ অসুম্না মৈরা পায়বীনা সমাজদা শান্তি পুরক্লবা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লি। তম্পাক্কী অমসুং চীংগী লমদা কাংলুপ মশেল খুৎ থোক্লরকপদা

মৈরা পায়বীশিংনা কাংলুপ মশেল শংদাইনবা হোৎনৈ। মফম কয়াদা মীটিং তৌই, শান্তিগী রেলী চৎলি। অৱাবা নংলবা মফমদা চত্তুনা অশোক অনাগী সেবা তৌদুনা অয়াবা মতেং পাংই। মৈরা পায়বীশিংনা চঙশিল্লকপা খোঙজংদা নুপীশিংনা অৱা অনা খুদোংথিবা কয়া থেংনদবা নত্তে। অমরোমদা ভাব তানদবদগী মৈরা পায়বীশিংনা মখোয়না পায়রিবা মৈরাবু মরম চাদন শীজিন্নবসু য়াওদবা নত্তে। মতাং অসিদা মৈরা পায়বীশিংনা কাওরোইদবদি মখোয়না পায়রিবা মৈরাদু শন্তিগী পাউজেল পুবা মৈরানি হায়বসিনি। ❑





মৈরা পাইদুনা রেলি চৎলিবী নুপীশিং

# অঙাং শেম্বদা মমাগী থৌদাং

অঙাং অমবু তুংগী অফবা নাগরিক ওইনবা শেম্বদা মমাগী থৌদাং চাওই হায়নৈ। নেপোলিয়ন বোনাপার্টনা হায়রম্বা নাওশুম পায়রিবী খুৎ অদুনা পৃথীবীবু শাসন তৌই হায়বা ৱাহৈ অসিনসু মমা ওইবীগী দায়িত্ব অদুবু তাকই। তশেংবমকসু সমাজদা মশক নাইখ্রবা মীওইশিংদি মমানা নিংথীনা শেন্বীখিবদগী ওইখিবনি। গান্ধীজিবু অচুম্বা পামহনখিবা, রসকিন বোন্দবু সাহিত্য পামহনখিবা, নেপোলিয়নবু থৌনা ফবা ওইহনখিবা মমানা শেন্বীখিবা ঙাকনি। অঙাং অমগী পুক্লিংদা, ৱাখলদা লমচৎতা খ্বাইদগী হেন্না ইথিল পীবা ঙম্বসি মমানি মরমদি মমাগা মচাগা মতম অয়াম্বদা লোয়নদুনা লৈবনা মমাগী খুৎশেমগী মমিদু মাগী পুন্সিদা তাবননি। মমানা অঙাংগী অশেংবা ওঝানি হায়বসি অরানবা নত্তে। ইবা পাবা তম্বীবা অদুতবু ওঝা কৌবা য়াদে। মী অমগী হকচাং পূক্লিং, ৱাখল সমাজগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী মগুনদু চাউখৎহনবা হোৎনরিবদু অশেংবা ওঝানি।

মচাগী অৱাবা, নুংঙাইতবা, অপাম্বা খঙবীদুনা য়াইফনবা হোৎনবীবদু মমানি। পীনা হৈবা, মীনুংশিং মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বনচিংবসি মমা ওইবীগী গুননি। মচাগীদমক্তা মমানা তৌবা ঙমদবা লৈতে হায়বা য়াই। মচানা নারক য়েক্লক্লবদা মমানা অহিং মীৎশেল খাঙদুনা মীনুংশিগা লোয়ননা সেবা তৌবী। মচা শেম্বগী মতাংদদি মমাগী মহুৎশিনবা য়াবা মীওই অমা লৈতে। মমা লৈতবা অঙাং অদুনা অতোপ্পদগী মমাগী নুংশিবদুগা মান্ননা ফংবা ঙমদে।

অঙাং শেম্বদা মমাগী অচৌবা দায়িত্ব লৈরিবসি মখোয়গী লমচৎ শেম্বগী মতাংদনি। নোংমা নোংমগী হৈনবী লিচৎ অদুনা মপুং ফারগা তুংদা মীদুগী লমচৎ ওইখি। অফবা মওংদা হৈনবী লিচৎ শেমখ্রগা অফবা লমচৎ চৎপা মী ওইবনি। অঙাংনা মচীন থীরবসু, চমোৎ চমোৎননা লৈরবসু হয়েং চাওরক্লগা মরাইনা ফজখিনি হায়না মমা ওইবীদুনা শেন্নবীদ্রবদি তুংদা অঙাংদুগী অফবা ওইরোই। অঙাংবু পীজ পীথক তৌবা মফি মরোল শেৎপী ইনবী তৌবদনদি মমাগী থৌদাং লোইবা নত্তে। অঙাংগী মবুদ্ধি, মরৌশিং হেনগৎনবা চাউখৎহন্নবগীদমকসু মমানা হোৎনবীবা তাবনি। অঙাংনা হংবা ৱাহংগী পাউখুমদু মমানা লান্নবু ওইরবসু চুম্মবু ওইরবসু পীখিবা অদু অঙাংদুদা তুং কোইনা মপুক্লিংদা লৈখি। অরানবা মওংদা খঙখ্রবদি চুমথোকপা লুই। খুদম ওইনা হায়রবদা নোং খোংলিবসি, নোং তারিবসি করি কমদৌননো হায়না হংবদা সোরারেন্দা শামু ৱাইনদুনা তৌরিবনি, নোং অসিনা শামু কপ্পগী মপিনি হায়দুনা পাউখুম পীরবদি বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা অঙাংবু অন্ধবিশ্বাসতা থাজহন্দুনা থম্বনি। অঙাংগী নিংঙাই ফনবনি হায়দুনা ভুৎ লাক্লে, তপ্তা লাক্লে হায়না কিহল্লবদি অঙাংদু কিগনবা, পাঙদবা মী ওইগল্লি। মমাগী থৌনা ফবা মগুন, কিগনবা, ফজবা ৱাঙাং নত্রগা অথিবা খোনফম, ধর্ম্মগী, লাই থাজবগী মমানা ঙাঙবা ৱাঙাঙ পাঙথোকপা থবক পুন্নমক্কী মমি মচাগী লমচৎ ব্যবহারদা মমি তাই।

মচাবু নুংশিবগী মতাংদদি লাইরিক হৈবা হৈতবা মমা খুদিং চপ মান্নে। লমজিং লমতাক পীবগী মতাংদদি নুপীশিংনা লাইরিক হৈদুনা মনোবিজ্ঞান খঙবনা হেন্না ফগনি। মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা হায়রি - অঙাংনা পীক্লিঙৈ, নৌরিঙৈগী মতাংসি মখোইগী লমচৎ শেম্বগী য়াম্না লুবা মতাংনি। মসিগীদমক মমা ওইবীশিংনা অঙাং করম্না য়োক্কদগে হায়বসি মুন্না খঙজিনবা চুমই। হৌজিক্কী মতমদা নুপী অয়াম্বনা লাইরিক হৈদুনা তলব চাবা থবক তৌবা অসিনা যুমদা অঙাং য়েংশিন্দদুনা অঙাং মাঙলে হায়না মত পীনরি। মসিগীসু

অচুম্বা লৈ। অসি নত্তবা মমানা মচা মাঙহনবগী মরম অমসুং মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোক্লে। মসি ব্রাখলগী লায়না অমদগী থোকপনি হায়। লায়না অসিনা নারবা মমাশিংনা মী অতৈনা অমসুং মাগী নুপানা হেন্না চানবীনবা মচাদুবু অনাবা ওইহল্লি। নাসু নাদবা মচাদুবু অনাবনি হায়না খন্দুনা মচাদুগী সেবা তৌদুনতা লৈ। মমাদুনা অসুম্না তৌবদুদা অঙাংদু য়াম্না মাঙজে। নাসু নাদবা অঙাং অদু নারবনি, মশা শোল্লবনি, ময়ামগা মীনান্নদ্রবনি হায়না খন্দুনা মচাদুবু শান্নখোৎনবা য়াওহন্দে, পীকনিক এক্সকরসন্নচিংবদা শরুক য়াহন্দে। অদুনা অঙাংদু মমান্নবদগী শোত্থবা ওইহল্লি হায়।



**মচাদা খোংমলাং ইল্লিবী মমা অমা**

লায়না অসি হৌরকপগী মরমদি য়ুম্নবা পুক্সিদা নুপা নুপী অনীদু নুংশিননা চান্ন চিন্ননা লৈতবদগী নীংবা কায়রক্কুনা তৌখিবনি হায়না মনৈবৈজ্ঞানিকশিংনা মত পীরি। অদুগুম্বা নুপীশিংদু শেম্মুমগী মতাংদা মনিং থুংদবা অমসুং সমাজদা খর শোথবা লৈবা কাংবুদনা হেন্না ওইগল্লিসু হায়। মচাবু লুনা তৌশিন্নবা মতৌ অসি মমা পোক্তবীশিংনা মাগী নুপানা চানবীবা ফংনবা তৌগনবনি অদুবু অপোকপী মমানসু তৌই হায়বসি প্রমান তৌদুনা খঙহল্লে।

অঙাং শেম্বগী মতাংদা চেকশিনগদবনি নুপা নুপীবু নুংশিনা চান্ননা লৈবগী তঙাইফদবদু ব্রাফম অসিনা খঙহল্লি।মীরোললিঙৈগী মতমদা মমাদুনা অফবা ব্রাখল খন্দুনা অরাংবা ফিদম অমা মাঙ্গদা থম্মদুনা তাইবংদা খোঙ্গদাবক্তদৌরিবা অঙাং অদুগীদমক্তা পুক্লিংগী ফিভম শেম্না লেবনি। মমগী নুপানা নুপীবু ফু চৈদনা [illegible] লোকেন্দ্রবাদ [illegible] মমা [illegible] [illegible] শেম্বনা [illegible] লৌমিন্না [illegible]। ❑

# ইমুংগী শেন্থুম লীক্লা শীজিন্নবদা নুপীগী থৌদাং

ইমুং অমা নুংঙাইনা ফজনা মরাতপ্পা লৈনবা শেমগৎপদা শেল য়াম্না চঙই। ইমুং অদুগী শেঙ্থোক অদুনা ইমুংগী মীশিংদুগী চান্নবা, শেৎনবা, অঙাংশিং লাইরিক লাইশু তমহন্নবগীদমক শীন্দোকপা তাই। অদুতসু নত্তনা য়ুমকৈ শাবা, মচামশূগী লুহোংবা, লংফৈদা থাদুনা লাইরিক তমহনবা, খঙহৌদনা থোরকপা অৱা অনংবু মায়োক্লবা, লৈকাইগী পোৎয়েং চৈয়েং, ধর্ম্মগী উৎসবনচিংবা তৌবদা পৈশা দরকার লৈ। মরম অদুনা ইমুংগী শেন্থুম লীক্লা শীজিন্নবগী তঙাইফদবসু লাকই। মতাং অসিদা য়ুমগী নুপীশিংগী অচৌবা দায়িত্ব লৈ। মরমদি নুপানা শেল থোক্লবসু পৈশাদুবু শীজিন্নবদি নুপীনি হায়বদা লাল্লোই। মতাং অসিদা মৈতৈগী পাউরৌ - হৈ হেকপা হৈরবসু হৈ খুনবা হৈত্রবদি মাঙদুনা তোকই হায়বদু নীংশিংবা য়াই। ইমুংদুগী শেল য়াম্না থোক্তুনসু শীজিন্নবা হৈত্রবদি ইমুংদু নুংঙাইনা , মরা তপ্পা পানবা ঙমদে।

ইমুং খুদিংদা মরুওইনা নুপীশিংনা চাবা থকপগী শীল লাঙবা, অঙাংগী মফি মরোল লৈবগী থবক তৌই। মণিপুরগী ওইনদি নুপীশিংনা কৈথেল কাদুনা পোৎচৈ লৈবা য়োনবা তৌরিবনি। অদুম তৌবদুদা নুপীশিংনা য়াম্না চেকশীন্না শেল শীজিন্নদুনা তঙাইফদবা খরচ অদুতা তৌবা তাবনি। পোৎচৈ লৈবমক্তদা য়াম্না ৱাখল চঙনা হকচাংদা মচি ওইগদবা পোৎচৈ লৈগদবনি। অহাওবা, য়েংবদা ফজবা-পোৎ য়াম্না লৈথোক্লগা থা লোইরমদাইদদি পোৎ লৈনবা পৈশা লোইথোকখিদুনা ইমুংদু ইশৌ লাংনৈ।

কান্নদবদা উৎসব মেলা, হরাওকুম্মে, চাকচা হৈজানবদা শেল য়াম্না তিংহনবা চুমদে। মণিপুরদা চাকচা হৈজানবদা লেমহনদ্রবদি চোপ্পনি খন্নে। অসিগুম্বা মওংগী খরচ তৌবদা নুপীশিংনা খন্ননৈনদুনা তঙাইফদনা চঙবা খরচ অদুতা তৌনবা হোৎনফম থোকই।

ইমুংগী শেন্থুম কুপ্পা পাথোক্তুনা দরকার লৈবদুদং শীজিন্নবা ঙম্নবগী অফবা পাম্বে অমদি ইমুংগী বজেৎ শেমদুনা পৈশা শীজিন্নবা অসিনি। বজেৎ শেমদোক্লগা শীজিন্নবা অসিনা ফংলক্লিবা পৈশা অদুনা চৎকদবা খরচ কোন্ননবা হোৎনরগা শেল খরদসু লেমহন্নবা হোৎনবা ঙমগনি। শেল তুংশিনবা ঙম্নবগীদমক নুপীশিংনা ইমুংগী ফিশুবা, স্ত্রী তকপা, অঙাংগী ফিরোলনচিংবা তূবীদুনা, লোনবীদুনা ইমুংগী চাদিং হন্থহনবসু ঙমগনি। নুপীশিংনা অঙাংশিংদসু পীক্লিঙৈদগী হৌনা অরেম্বদা শেল লান্না শীজিন্নদনবসু তাকপি তম্বীবা তাবনি।

তলব চাবা কাংবুনা বজেৎ শেমদুনা শেল মরম চানা শীজিন্ননবা হোৎনবদু নোংমা নোংমগী ওইনা শূ নোমদুনা পৈশা তানবা কাংবুগীদি ওইথোক্কে। অদুম ওইনমক মখোয় অদুসু নোংমগী ফংলকপা পৈশাদগী খরদসু মওং অমদা নক্রে অমদা শেল তুংশিন্নবা হোৎনফম থোকই। তৌববুদি শেল তুংশিনবগী হৈনবী অসি মণিপুরদা ইমা ইবেলশিংনা মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরকই হায়বগী প্রমানদি উখোংদা কাংখদা শেমফু শেমদুনা পৈশা তুংশিন্নরম্বা অসিনি। মসিদা মমাংঙৈদগী শেল তুংশিনবগী হৈনবী লৈরকই হায়বগী অশেংবা মমি তারি।

হৌজিক্কী মতমদা মণিপুরদা কন্না চৎনরিবা শেল তুংশিনবগী অনৌবা মওং অমদি মরুপ য়াওবী হায়বসিনি। মসিনা শেল খরদং পুথোক্লরগা অচৌবা পোৎ লৈশিনবা ঙম্বগী পাম্বৈনি হায়দুনা নুপীশিংনা মখল মখাগী মরুপ য়াওরি। মরুপ লিংলি। মসিদগী খরদি কান্নবা ফংই। অদুগা মরুপ য়াওবদগী

খৎনবা, ইমুং ইরাং হৌবা শেল মাঙবা য়াম্না থোক্লে। মরম অদুনা অফবা থাজবা য়াবা মফমদা শেল তুংশিনবা ফৈ। হৌজিক্তি শেম্থোক য়াম্না লৈজদবী খুঙ্গংগী নুপীশিংগীদমকসু বেঙ্কতা নত্রগা পোষ্ট অফিসতা পীক্লা শেল তুংশিনবগী থৌরাং য়াম্না লৈরে। থৌরাংশিং অদু লৌখৎপা নুপীশিংদা শেন্দোইসু চাওনা ফংহল্লি। নুপীশিংনা ইমুংগী শেম্থুমবু চেকশীন্না লীক্লা শীজিন্নরগা লেমহনবা শেলদু তুংশিন্নবা নেসনেল সেভিংস স্কীমগী থবক তৌবশিংনা নুপীশিংদা মচা খায়না খঙহনবীগদবনি। পীকনা তুংশিনবা শেলনা নোংমদি চাওখৎলক্কুনা ইমুংগী অমসুং লৈবাক্কী চাউখৎ থৌরাংদা শীজিন্নবা ঙমগনি। মসিদা নুপীগী অচৌবা থৌদাং লৈ। ❑

# মেদিয়া অমসুং নুপী

বিজ্ঞাননা চাওখৎলবা যুগ অসিদা মেদিয়ানা লৌরিবা থৌদাং য়াম্মী। মেদিয়া হায়রগা ময়াম্না খঙনরিবসি মীয়ামগী ৱাখলদা, পুক্নিংদা পাও ফাওহনবা পান্বেশিং অদুনি। মেদিয়াগী মখলদা - প্রিন্ট মেদিয়া, ইলেকত্রোনিক মেদিয়া লৈরি। ময়াম্না তোয়না শীজিন্নরিবা মেদিয়া রেদিও, টিলিভিজন, সিনেমা, পাউচে, মেগাজিন্নচিংবা অসিনি। মেদিয়াগী মতেংনা করিগুম্বা ৱাখল্লোন, লৌশিং, জ্ঞান অদু মী অতৈদা য়ৌহন্দুনা মী অমগা অমগা ৱাখলদা শরুক য়ামিন্নবা, ৱাখলদা অহোংবা লাকহনবা ঙমই। অদুননি সরকারনা লৌখৎলিবা লৌউ শিংউবগী মতাংদা, লাইরিক ময়েক চৎহনবগী মতাংদা, য়াইফ থৌরাংগী মাস মেদিয়া হায়না খঙনবা টি, ভি, রেদিও, পাউচেনচিংবগী মতেংনা মীয়ামদা পাউ ফাওননবা শীল্লিবসি।

লৈবাক অমগী চাউখৎপা, মেদিয়াগী খুদোংচাবা মতিক চানা লৈহনবগা য়াম্না মরী লৈনৈ। ইউনেসকোগী থিজিনবা অমগী রিপোর্ট মতুংইন্না মী ১০০ খুদিংগী য়ামদ্রবদা পাউচে তরা, রেদিও সেট অমা, সিনেমাগী সেট অনী, টি ভি সেট অনী লৈগদবনি হায়রি। চাউখৎলবা লৈবাক খরগীদি চাংচত্তা পাউচে ২৩, রেদিও সেট ৩৬, সিনেমা সেট ৫.৫, টেলিভিজন সেট ১১ মী চামা খুদিংদা লৈনৈ।

মণিপুরগী ওইনা য়েংবদদি মেদিয়াগী লৈরিবা খুদোংচাবসি অথাপ্পা খুঙ্গংগী লমদা, চীংগী লমদা লৈবা মীশিংনা ফংবা ৱানা থোক্লি। হৌজিক মণিপুরগী ওইনা পাউচে খবর ৩০ মুক লৈরে। অদুবু তরামুক নত্তনা অতৈদি

চাং নাইনা ফোঙবা নত্তে। ফোঙলিবা খরদুসু কোপী মশিং ৫০০/৬০০ খক নম্বনা অয়াম্বনি। মণিপুরগী মীশিংগা কোন্নবা নত্তে। মণিপুরদা ট্রাইব ৩৩ লৈবগী মনুংদা তংখুল, মার, পাউটে, মীজো ট্রাইবকীদি পাউচে অমমম লৈরে। অদুসু চাং নাইনা ফোঙবা নত্তে। রেদিও, টিভি লৈবা মণিপুরগী ইমুং পংয়াম য়ামদ্রি।

মেদিয়াগা নুপীগা লৈনবা মরীগী মতাংদদি মেদিয়ানা নুপীগী মশক ফজহল্লি,মেদিয়ানা নুপীগী মশক থীহল্লি। নুপীশিংনা মেদিয়াদা পাও শন্দোক্তুনা, একটিং তৌদুনা, ঈশৈ শক্তুনা, জগোয় শাদুনা, মোদেল্লিং তৌদুনা শেল থোক্লবগী লম্বী ওইহরি। মদুগা লোয়ননা মশাগী নিংথিবা শক্তম, খোঞ্জেল, শাথেক, মবুদ্ধি মরৌশিংনা মীয়ামবু পেলহল্লি অমসুং মদুদগী মখোয়না থাগৎপা মাগী লেমজবা, চাওথোকচবা ফংই। অসুন্না হায়রবসু হায়মনবা থোক্লোই মদুদি সিনেমাদা, দ্রামাদা, ঈশৈদা, জগোয়দা নুপীশিংনা থৌদাং লৌদ্রবদি মীশিংনা সিনেমা, টিভি য়েংনিংবা য়াম্না ৱাৎকনি। নুপীশিংনা নোভেল,ৱারী, শৈরেং ৱারেং ইদুনা প্রিন্ট মেদিয়াদা চাওনা খুদোল তল্লি।

অমরোমদা অমুক মেদিয়ানা নুপীগী ইজ্জৎ শক্তম মশক থীনা ময়ামদা উখোক্তবা নত্তে। মীওই খরনা মেদিয়াগী মতেং লৌদুনা নুপীগী অথুপ্পা শক্তম উখোক্তুনা এদভরটাইজ তৌই, শেল তাল্লি, নুপীনা ফি লিক্লা শেত্তুনা হকচাংগী শরুক কা হেন্না উখোকপা, নুপাগা নুপীগা য়াম্না কা হেন্না নকশিন্নবা শক্তম, নুপীবু ওৎপী নৈবীবা মওংদা উৎপা অসিনা নুপীগী লেমজবা, আদর্শদা চাওনা শীংনবা অমা পীরক্লি। মসিনা নুপীগী মমল হন্থহল্লি, নুপীবু শান্নপোৎকুম উহল্লি।

সমাজদা নুপা নুপী মান্নবা পুরক্লবগী মতাংদা তম্নবা লাইরিকশিংদগী, ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদগী নুপীগী অথীবা শক্তম য়েকপা, শৈথাবা লৌথোক্তুনা নৌনা শেমদোকপা দরকার ওইরে হায়না কমিটি, কনভেনসন কয়ানা ৱারেপ

কয়া লৌখ্রবনি। অদুবু মেদিয়া কয়াদা নুপীবু সেক্স সিমবোল ওইনা উৎথোকপা হেঞ্জিল্লক্লি। মসিনা সমাজদা নুপীবু থীনা তৌবা, ওৎনৈবীবা, লক্কবীবা, নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবগী থৌদোক হেন্না থোকহল্লে।

হায়নবা লৈ - থাঙ হায়বসি চুম্না শীজিন্নরগা য়াইফবা পুরকই, লান্না শীজিন্নরগা মাঙহন তাকহনবা থোকহল্লি। মতৌ অসুম্না কান্নখ্রবা মেদিয়াবু লান্না শীজিন্নদুনা মী খৎনহনবা, কাংলুপ মশেল নুংশিনহন্দবা, নুপীবু হেন্না মশক থীহনবা চুমদে।

বৈজিংদা ফমখিবা মালেম নুপীশিংগী মীফম্না মেদিয়া অমসুং নুপীগী মতাংদা লৌখিবা ৱারেপ খরদি

(১) নুপীশিংবু ঈ পাও শন্দোকপগী টেকনোলোজিদা হৈশিংবা অমসুং জ্ঞান হেনগৎহন্দুনা মখোয়গী শক্তি হাপকৎপিগদবনি। মসিনা মেদিয়াদা নুপীবু শক্তম থীনা উৎপা অমসুং নুপীবু লান্না শীজিন্নবা থিংবা ঙমগনি। নুপা নুপী খেন্নবা মওংগী প্রোগ্রাম মেদিয়াদা উৎপা তোকহন্নবা লন্নাই ওইনা হোৎনজবসু পুক্নিং থৌগৎপীগদবনি।

(২) ইলেকট্রোনিক অমসুং অতৈ অতৈ পাও ফাওনবগী টেকনোলোজিশিং, নুপীগীদমক্তা শীঞ্জলাংজবা নুপীশিং অমসুং নুপীগী সংস্থানশিংবু পুক্নিং থৌগৎপীগদবনি।

(৩) নুপীশিংনা মাস মেদিয়াগী, ঈ-পাও পুথোকপা ঙম্নবা, ডিমেক্রেটিক প্রোসেসতা হেন্না নুপীশিংনা শরুক য়াবা ঙম্নবা, কম্যুনিকেশন টেকনোলোজিদা নুপীশিংবু হেন্না হেন্না এডুকেশন অমসুং ট্রেনীং পীগদবনি।

বৈজিং ডিক্লেরেশন অসি সরকারনা অমসুং জাতিগী থৌবুরেনশিংনা থবক ওইনা পাঙথোকপীরকপদা নুপীশিংদা হেন্না কান্নবা পীগনি, লোয়ননা,

নুপীগী শক্তম মেদিয়াদা অমসুং সমাজদা ফজবা হেনগৎলক্কনি হায়না আশা তৌরি। হৌখিবা চহী খরা অসিদা মণিপুরদা নুপী খরদি জর্নেলিজমগী মায়কৈদা খোঙ থাংজিনবা ঙমলে। মখোয়না কন্না হোৎনদুনা হিরম অশোমদা মায় পাকপা ঙমলে। মখোয়না নুপীনা থেংনরিবা সমস্যা কয়া নুপীগী ইশুশিংবু মেদিয়াদা নীংথিনা ফোংদোকপগীদমক অৱার্দশিং অদু ফংখিবনি। এৱার্দ ফংখ্রবী জরনেলিষ্ট নুপী খরদি



Ph. Sheityamala Devi
( Poknapham Daily)
Best Female Reporter of the yeare
2007, (Kangleipaki Meira Award)



Sorensangbam Soniya Devi
State women Journalist
Award -2008
(Poknapham Daily)



Sapam Aruna
NK Sanajaoba Memorial
Investigative Journalist
Award - 2008
(Naharolgi Thoudang)



Ng. Liklaileima Devi
(Sangai Express)
State Women Journalist
2008, R.K. Sanatomba Award,
Kangleipakpi Meira Award

ইরোম অশালতা দেবী (পোক্নফমগী) অমসুং অকোইজম সুনিতা দেবীসু (ইম্ফাল ফ্রি প্রেসকী) মখোয়নীসু মখোয়না মেদিয়াগী লমদা থবক তৌরিঙৈদা আর কে সনাতোম্বা অৱার্দ ফংখি। অতৈ নুপী কয়াসু থোরক্কুনা মেদিয়াগী লমদা শিংথাবা য়াবা থবক তৌরকখিনি হায়বগী আশা থমলি।❑

# মহৌশা, বিজ্ঞান অমসুং নুপী

তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা অতিয়াগী লৈচিন্না ঙাঙ্গান্নবা মচু উথোক্লিবা; নোংনা হাংখিবদা চুমথাঙগী ফজরবা মচু তরেৎনা লিরুংশানা অতিয়াদা খল্লিবা; ৱাংলবা চীংশাং নাপোমদগী ঈশিং চাইবীনা লিক্লাই মহীগুম চেম্থরক্লিবা; তুরেলনা থেক্লা খোয়না চেল্লিবা; থাবল ফবা অহিংদা থৱানমিচাকনা তগুপ তরেংনা ঙাল্লিবা; বসন্ত ঋতুনা লাকপদা হৈপাল লৈপাল খিবিক্লা য়েনিং হুল্লিবা; মখল মখাগী শা উচেক, পাম্বী, জীবশিংনা অমনা অমগী মতেংনা হিংমিন্নরিবা; পৃথীবী, থা, থৱানমিচাক, গ্রহ, উপগ্রহ ময়াম অসিনা অকক্নবা নিয়ম অমগী মখাদা মথৌ পাঙথোক্লিবা; পুম্নমক অসি মহৌশাগী খুৎশেম ঙাক্লি।

অমরোমদা অমুক শোঙলবা জঙ্গল কয়া শুরুং কয়া ফাওদুনা রেলগাড়ীনা লাওখোংনা চেল্লিবা; য়াঙলবা সুপর সোনীক এরোপ্লেননা অতিয়াদা পাইরিবা; য়োৎনা শাবা লূম্লবা জহাজনা ঈশিংদা তাওদুনা চৎলিবা; খুৎশেমগী সেটলাইট, রোকেট, রোবোট, কমপুটর অমসুং মখল মখলগী মেছিননচিংবা ঐখোয়না উরিবা, শীজিন্নরিবশিং অসিনা বিজ্ঞানগী খুদোলনি।

মতম অমদদি মহৌশাগী থৌদোক বজ্র তাবা, নোং খাকপা, মৈহৈচীং পোকখায়বা, য়ুহারাবা, ঈশিং চাওবনচিংবসিবু মীওইবনা য়াম্না কিনরমই। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিদগী অমাঙ অতা থোকহনবিদনবা মৈ ঈশিংবু লাইনি হায়না ইরাৎ পুজা তৌনরমই।

বিঞ্জানগী মতাংদসু অদুমঙায়। বিঞ্জানগী মতেংনা রোকেট তোংদুনা চৎলগা আর্মষ্ট্রোংনা থাদা খোঙদারুবদু তৌহৈদবা থবক্লি হায়না লৌনবা য়াওই। বিঞ্জান অমসুং টেকনোলোজিনা নোংমা নোংমগী খুমাং চাওশিল্লক্লবসিদা মীওইবগী অন্ধবিশ্বাস কয়া কোকখ্রে অমসুং বিঞ্জানগী মতেং য়াওদনা হিংবদা লুনা থোক্লে হায়বসি খণ্ডনরে। মীওই খরনদি বিঞ্জান হায়বসি লানবীহৈবা, মুক্তি পীবা ঙম্বা ঈশ্বরগুম লৌনরবনি। মরমদি বিজ্ঞাননা প্রকৃতিগী পোৎশক কয়ামরুম্মু খুদুম চনশিল্লক্লি। মীনা থবক শূবগী মহুত্তা মেছিন অমসুং রোবোটনা মহুৎ শিল্লক্লি। বিজ্ঞানবু নিংথিনা শীজিন্নরবদি পৃথিবী অসিদা হেন্না নুংঙাইবা মরাঙ কায়বা হেনগনি।

মীওই খরনদি বিজ্ঞানবু মাঙন তাক্লবগী লমদা শীজিন্ননবা খল্লি। মখোয়দুনা বিজ্ঞানগী মতেং লৌদুনা শাবা এতোম বোম শীজিন্নদুনা মহৌশাগী ফজরবা হৈকোল লৈকোল, জীব অমসুং মহৌশাগী লনগৈ কয়াবু মিকুপ্তা মাঙহল্লি। মদুগী প্রমানদি হিরোসিমা অমসুম নাগাসাকিনা ওইরী। এতোম হায়বা অঙকপা শক্তি অসি মীওইবগী চাউখৎ থৌরাংদা শীজিন্নরবদি হেন্না নুংঙাইবা, চাউখৎপা পুবকপা শোয়দবনি। ঐখোয়না অমুকসু থেংনৈ মদুদি বিজ্ঞানগা মহৌশাগা তত্তনা অঙম তান্নে। বিজ্ঞানগী মতেংনা পুথোকপা ফজরবা ফুরা দলাল, লমবীথোং কয়া মহৌশাগী ওইবা থৌদোক য়ুহারাবা, ঈশিংচাওবা, চীংনীংখায়বদা, নোংলৈ নুংশিৎতা মাঙ তাকহনখি। অদুম ওইনমক, মীওইবগা মহৌশাগা বিজ্ঞানগদি তৎনা থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ।

লৈবাক অমা চাউখৎপা হায়বসি মী মীশিংদুনা লমদম অদুগী মহৌশাগী খুদোল, বিজ্ঞানগী খুদোল অনীবু পুন্না শীজিন্নবা ঙম্বা অদুগী মখা পোল্লি। ঐখোয়না নুংঙাইবা পুন্সি মরেল অমা ফংনবা, চাউখৎপা সমাজ অমা শেম্নবা বিজ্ঞান অমসুং মহৌশাবু লাকশিন্দুনা শীজিন্নফম থোকই। অৱাবদি মীওইবনা শেমগৎ শাগৎপগী মিংদা উপাল ৱাপাল য়াম্থৎলিবা, অকোয়বগী ঈশিং নুংশিৎ মোৎহল্লিবা অসিনি। অসিদা নত্তনা অশংবগী য়াওল

পুরক্লবা, পোখোক হেনগৎহন্নবনি হায়দুনা রসায়নগী হার হাপ্পা, তিলহাৎ হিদাক শীজিন্নবদা নিয়ম লান্না শীজিন্নবদগী মণিপুরমক্তা হান্না লৈরম্বা ঙা-পেঙবা, ঙাতোন, থরাক, ঙতিন, ঙারোয়নচিংবা লোইনা মুৎখ্রে। য়োৎকী কারখানা, সিমেন্টগী, থাও শুংবগী, মচু শঙবগী, এরোপ্লেন, জহাজ শাবগী, নিউক্লিয়ার এনর্জি পুথোকপগী থবকশিং বিজ্ঞানগী মতেংনা তৌরিবনি। মদুদগী থোরকপা মৈখু-মৈনিল, পোৎথী পোৎকুমশিংনা অকোয়বদা লৈরিবা পোৎ শা-ঙা, উচেক, উপাল ব্রাপালগা মীওইবগা লৈনবা মরীদা অকায়বা য়াম্না থোকহল্লে।

বিজ্ঞাননা চাউখৎলকপদগী অকিবা অমা মীওইবগী পুক্লিংদা পোকহল্লকলিবনা নিউক্লিয়ার লালনি। শক্তি মুন্নরকপা পৃথিবীগী মপাঙ্গল লৈরবা জাতি আমেরিকা, ফ্রান্স, জর্ম্মননচিংবনা নিউক্লিয়ারগী খুৎশু খুৎলায় শীজিন্নবা পৈশিন্দুনা থম্মরি। নিউক্লিয়ার লাল থোক্লবদি মীওইবনা চহি লিশিং কয়া চঙনা শাগৎলবা মালেমগী নিংথিরবা সভ্যতা অসি মাঙখিবা য়ানা লৈরে।

মতাং অসিদা নুপীশিংনা জ্ঞান তানা মহৌশাগী খল কায়দনা থম্নবগী, বিজ্ঞানবু নীয়ম চুম্না শীজিন্নবগী থৌদাং লৌনবা মতিকচাবা শিক্ষা ফংবগী তঙাইফদবদু লাক্লে। লাক্লদৌরিবা কুনমাথোয়শুবা সতাব্দীদদি বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজি য়াম্না হেন্না চাউখৎলক্কনি। মতমদুদা নুপীশিংনা অকে অমৌতা তৌদুনা, চাকথোং ফৌশুগী থবক্তমক তৌদুনা লৈবা য়ারক্লোই। নুপীশিংসু স্পেসতা পাইবা, খুৎলায় পায়দুনা লান্দা চঙবা, সমুদ্র ইরোন্নুংদা ইরুপতুনা থিজিন খোৎচিন তৌবগী তঙাইফদবদু লাক্কনি। মসিগীদমকসু নুপীশিংনা বিজ্ঞানগী শিক্ষা লৌদুনা শেমশাদুনা লৈবা তাই।

শুন্দ্রংগী অতিয়াদা ঙসিদি নুপীনা পায়বা ঙম্লে। নীংশিংবা য়াই ভারতকী অহানবা স্পেসতা পাইখিবী কলপনা চৌলানি। মহাক্না স্পেস সটলদা তোংদুনা পাইখি। অদুবু লাইবক থিবদি স্পেস সটলদু কন্ট্রোল য়াদদুনা তারক্তুনা কায়বদা মপুন্সি লোমখ্রবনি।



স্পেসতা পাইখিবী কলপনা চৌউলা

অদুবু নুপীশিংনা নীংবা কায়খিদে। অনীশুবা স্পেসতা পায়খিবীদি সুনীতা ৱিলিয়মসনি। মহাক্না "দিসকোভরী" গী ক্রু অমা ওইনা স্পেসকী মিশন অদুদা মায়পাক্না শরুক য়াখি।



দিসকোভরী মিশনদা য়াওখিবী সুনীতা ৱিলিয়মস

মখোয়গীদমক ঐখোয়না চাওথোকচরি। মখোয়গী মতৌ তমদুনা নুপীশিংনা মশিং হেন্না হেন্না অসিগুম্বা থবক্তা শরুক য়ারকখিগনি হায়বগী থাজবা থমলি। ❑

# শান্নখোৎনবগী মায়কৈদা মণিপুরগী নুপী

নুপীমচাশিংনা শান্নবা হায়রগা অয়াম্বা মীনা খঙনবদি লাইথি শান্নবা, চাকথোংবী শান্নবা, লৈ পরেং লেংবি শান্নবা অসিগুম্বসিনি। মসিগী মরমদি নুপী হায়বসি অশোনবীনি অদুনা মখোয়দি অথোৎ অমেঙগী থবক্কা মরী লৈনফম থোকই হায়না খনবীবদগীনি। অদুবু মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা জাতি অমসুং অন্তরজাতিগী থাক্তা নুপাগী মশান্ননি হায়না খঙনবা মশান্নদা শরুক য়াদুনা মীংচৎ পুরক্লি।

শান্নবদা শীংথাবা য়ানা শরুক য়ারবা মণিপুরগী নুপীমচা শান্নরোই খরদি ৱেথ লিফটিংদা কুঞ্জরানী, হোকিদা তিঙ্গোংলৈমা। সাইকল থৌবদা কুমারী সুনিতা অমসুং ওমেগা, তেন কাপ্পদা বসন্তী, এ এসই মারসী অমসুং এচ লুইঙমলা, ফুটবোল শান্নবদা থুইনুরেম চিরু, প্রতিমা, খোমদোনবী, এম সুনিতা অমসুং এল চাওবা, লমজেলদা রেকোর্দ থুগায়খিবী লিঙ্থোয়ঙম্বী, এভরেষ্ট চীংকাবী অনীতা, জিম্নাষ্টিক্তা প্রতিমা, পোলো শান্নবদা সুনিতিবালানচিংবা মণিপুরগী নুপীমচা শান্নরোইশিংসিনা জাতিগী অমসুং অন্তরজাতিগী থাক্তা শান্নদুনা তকমান কয়া ফংখ্রবনি।

মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা শান্নবদা থোইদোকনা হৈশিংলিবসি পীথোরকপা গুন চেনবদগী ওইবা য়াই। মমাংঙৈদগী হৌনা মণিপুরগী অহল লম্নশিংনা মখল মখাগী মশান্না কয়াদা শরুক য়াদুনা লাকপগী প্রমান পুয়াদগী ফংবা ঙমই। পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা খৃঃ ৩৩ অদুৱাইদগী মণিপুরদা মখল অয়াম্বগী মশান্না হৌদোকখ্রে। ইপা ইপুশিংনা শান্নবদা থৱায়

য়াওরকপগী ইথিল অদু নুপীমচাশিংনা ফংজবনি হায়বসু তাই। অদুনা নুপীমচাশিংনা পীকলিঙৈদদি - উরাওবী, ক্বাক ক্বাক, তন্দন ফাইবোক, অমাংগোয়, সেবোটি, ফিবুল হাবীনচিংবা অচম্বা মশান্নশিং অসিনা শান্নবা হৌরকই।

খন্বা থোইবীগী ৱারীদগী খঙবা ঙমই মদুদি মতমদুদা নুপীশিংনা হিহোনবা, ঙা ফাবা, শগোল তোংবা, কাং শান্নবনচিংবা এথলেটিক স্পোর্টসতা শরুক য়াই হায়বসি। অদুগুম্বা মশান্না অসিদা ট্রেনীং তৌরকপদুনা মহারানী লিম্থোইঙম্বী, কুরঙ্গ নয়নী, মোইরাংগী থোইবীনচিংবনা নুপাগা লাম্বা তৌবা ঙমখিবনি। মখোয়দুগী মচা মশূ ওইবননি হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা ট্রেনীং খরদং ফংবদা শগোল তোংলগা মখুত্তা কাঙজৈ পায়দুনা য়াঙনা শগোল থৌদুনা শগোল কাংজৈ শান্নরিবা, তেন কাপ্পা, ইরোইবা, চীং কাবনচিংবা নিংথীনা পাঙথোকপা ঙম্লিবসি।

মণিপুরগী মশাগী মশান্নশিংদা নুপীশিংনা অঙনবা মতমদগী শরুক য়ারক্লুনসু ওলিম্পিক গেমসকী মশান্নদা শরুক য়াবা হৌবদি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি। ওলিম্পিক গেমসকী অনৌবা মশান্নদা মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা স্কুল অমসুং কোলেজদা শরুক য়াবা হৌই। খৃঃ ১৯৪৭ দগীদি মণিপুর স্পোর্টস এসোসিয়েসননা শীন্দুনা মপাল কাংজৈবুংদা মণিপুর ওলিম্পিক গেমস হায়না শান্নবগী থৌরমশিং পাঙথোকই। মসিদা মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা অহানবা ওইনা ষ্টেটকী থাক্তা মশান্নশিংদুদা শরুক য়াবা হৌখি।

মণিপুরগী প্রজাদি য়াম্না লায়রে। শান্নরোইশিং অয়াম্বা লায়রবা মমা মপাগী মচাঙাক্লি। লায়রবনা মরম ওইদুনা শান্নরোয়শিংনা নুমিৎ খুদিং মচি ওইবা অফবা চীঞ্জাক চাবা ফংদে, মপুক্লিংসু থৌগৎপীদে। অসিগুম্বা ফিভমশিং অসিদা মণিপুরনা পৃথিবীগী থাক্তা শান্নবা ঙম্বা শান্নরোয় পুথোকপা ৱানা থোক্লি।

মণিপুরগী অফবা নুপী শান্নরোয় য়াম্না পুথোক্লবগীদমক পীক্লিঙৈদগী হৌনা নুপীমচাশিং শেমগৎপীবা তাবনি। মীয়ামদা স্পোর্টসকী মরমদা ভাব তাহন্দুনা নুপীমচা মশীং য়াম্না শান্নবদা শরুক য়াহনবা তঙাইফদবনি। মীয়াম্না ভাব তাবা ব্রাৎপনে, চৎনবীনা নুপীবু মীৎয়েং অমদা য়েংবীবনে, লায়রবনে মরমশিং অসিদগী নুপীমচাশিংনা লীখৎলকপদা লুনা থোক্লি।

হৌজিকতি শান্নবদা হৈশিংজবা নুপীমচাশিংবু ফাজিন্দুনা চাকখুমগী থবক্তা শীজন্নদুনা থমগদবা মতমদু নত্ত্রে। নুপীনা ওলিম্পিক গেমস য়েংবা, য়াওবা য়ারমদবা মতমদু হৌখ্রে। হৌজিক্তি নুপীনা শান্নবা হায়বসি তলব চাবা শিনফম অমা ওইনা চত্থরবনি। শান্নবদগী লুপা লাখ কয়া অমা প্রাইজ ওইনা ফংনরি। শেল থোকপদসু নত্তনা শান্নবনা পোত্থাবা নুংঙাইবা ফংহন্দুনা নুপীশিংগী পুন্সিদা মহাও অমা হাপকৎলবনি।

মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা শান্নবদা শরুক য়াবসি মতম শাংদে। ময়ুম মকৈ পানখ্রবা তুংদা মণিপুরগী নুপী শান্নরোয়দি শান্নবদা শরুক য়ারমদবনি। নীংশিংবা য়াই - ইয়ু কে গী টেসা সন্দরসন হায়বীদুনা চহি ৪৪ শুরফাওবদা ওল রাউন্দর ওইনা শান্নবা য়াওখি। ফ্লাইং দচ উমেন হায়না খঙনবা ফেনী কোয়েন হায়বীদু মচা অনী লৈরবা কান্দা মোস্কো ওলিম্পিক য়াওখি। লুহোংলবা মতুংদসু নুপী কয়া অমনা মাগী নুপা অমসুং ইমুং মনুংগী মীশিংনা পুক্নিং থৌগৎপীদুনা, মতেং পাংবীদুনা শান্নবগীদমক তলব চারি। মণিপুরগীসু মেরী কোমনা মচা অনী লৈরবা মতমদা বোকসিংদা ৱার্লদ চেমপিয়নসিপতা গোলদ মেদল ফংবা ঙমলে। মহাক্না ময়ুম পাল্লবী নুপী শান্নরোইশিংদা নুপীনা তৌবা শক্তি উত্থোকতুনা পুক্নিং থৌগৎলি। তেনখ্রবা মতমদা মণিপুরগী নুপীমাাশিংনা শান্নবগী লমদা খুমাং চাওশিল্লকপসিগী শকখঙনিংঙাই ওইবা শান্নরোইশিংদা পীবা অর্জ্জুন এৱার্দ পীদুনা ইকাইখুম্নখ্রবা মণিপুরগী নুপীমচা খরদি –

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | এন. কুঞ্জরানী দেবী | ৱেথলিফটিংদা | ১৯৯০ |
| ২। | কেএশঐচ. তিঙ্গোংলৈমা | হোকীদা | ২০০০ |
| ৩। | টিঐচ. সনামচা চনু | ৱেথলিফটিংদা | ২০০০ |
| ৪। | এম. সি. মেরী কোম | বোসিংদা | ২০০৩ |
| ৫। | দব্লিউ. সুরজালতা দেবী | হোকীদা | ২০০৪ |
| ৬। | এ. অনিতা চনু | জুদোদা | ২০০৭ |
| ৭। | কেঐচ. তোম্বী দেবী | জুদোদা | ২০০৮ |

মণিপুরগী নুপীদি মথৌনা, মরিংজেল, অখাং কনবা, মবুদ্ধি মরৌশিং য়াম্না লৈ। মণিপুরগী নুপীমচানা মখুত্তা কাঙজৈ পাইরগা শগোল তোংদুনা শগোল কাঙজৈ শান্নবা উবদা থোইনা ঙকনিংঙাই ওইরোই। মখোয়না মখল মখাগী পাঙ্গল ফুদোকপা মশান্না-ফুটবোল, হোকী, এথলেটিক্স, থাঙ-তা, মার্সেল আর্টস, ৱেথ লিফটিং, সাইক্লিং, ফেনশিংনচিংবদা থোইদোকপা মগুণ উথোকই। মণিপুরগী নুপীমচা কয়ানা ভারতকী মহুৎশিন্দুনা নেসনেল অমসুং ইন্টরসেসনেল স্পোর্টসকী থৌরমশিংদা শরুক য়াদুনা লৈবাক্কী মীংচৎ তৎতনা পুরকপা ঙমলে।

ভারতকী নোংপোক লাংদাইদা পীকতকনা লেমজনা ঙাম্থোইরিবী মণিপুরসি পোলো (শগোল কাংজৈ) মশান্নগী হৌরকফমনি। লমদমসিদা নাৎকী ওইবা মশান্না (ইন্দিজিনস গেমস) কয়া : থাঙ-তা, শরীৎ শারাক খোঙ-কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ, কাং অসিনচিংবা কয়া মমাংঙৈদগী হৌনা মীশিংনা শান্নদুনা লাক্লি। পীকলিঙৈদা নুপীমচাশিংনা উরাওবী, ফিবুল হাবী, অমাংগোই তান্নবী, সেবোটি কাওনবীনচিংবা মশান্না শান্নরকপনা মখোয়না চাওরক্লগা অতৈ মশান্নদা শরুক য়াবদা লায়না থোকই।

ওলিমপিক গেমসকী মওংদা মণিপুরী নুপীনা শান্নবদা চঙশিল্লকপা পংকুই কুইদ্রগসু মখোয়না শান্নবগী লমদা নুপাদগী শোথদ্রে হায়বা য়ারে। নীংশিংবা য়াই খৃ : ১৯৯৯ গী ফে: ১৪-২৫ ফাওবা মণিপুরগী খুমন লম্পাক্তা শান্নখিবা ৫ শুবা নেসনেল গেমসতা মণিপুরগী নুপী শান্নরোয় শিংনা ফজনা শান্নবদা শরুক য়াখিবদু মখোয়না মেদল কয়া লৌদুনা মণিপুরনা টীম চেমপিওন ওইবা ঙমখিবনি। লেমজনিংঙাই ওইরবা রাজা "ভলিন্দর সিংহ ট্রোফী" ফংহৌবনি । নেসনেল গেমস অদুদা নুপাদগী নুপীশিংনা মেদল মশিং হেন্না লৌবা ঙমখিবনি। নুপীমচা খরদি নেসনেল রেকোর্দ থুগায়খি। ব্রাকিং রেসতা য়ুম্নাম বালানা, ৱেথ লিফটিংদা সনামচা চনুনা। আরচরী, সুটিং, কববাদি, ফুটবোল, হেন্দ বোলদদি নুপীশিংতনা মেদল লৌবা ঙমখি। হৌজিক মখোয়না কেনোয়িং, ফেনশিং মশান্নদসু মাঙজিন থাবা ঙমলে। ফুটবোল মশান্নদদি মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল থাক্তা ফজনা শান্নদুনা ভারতকী মিংচৎ পুদুনা লাক্লি। পুলিস দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরবী এস কুমারীনা ফুটবোল মশান্নদা ভারত টীমগী কেপটেন অনীরক ওইখিবসি লেমজনিংঙাইনি। ফুটবোলদতা নত্তে দবলিয়ু সুরজলতা দেবীনা হাইদ্রাবাদতা পাংথোকপা ফার্ষ্ট এফ্রো এসিয়ান গেমসতা ভারতকী  হোকী টিমগী কেপটেন ওইখি। মশান্না অতৈদসু মণিপুরগী নুপী নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল প্লেয়র য়াম্না লৈখ্রে। পুম্নমক্কী মিং পনবা ওইথোকপা নত্ত্রে । অখন্নবা শান্নরোয় অমা অনীদং পল্লবদা খৃ : ১৯৯০ গী বৈজিং এসিয়াদতা ভারতকী অহানবা মেদল পুরকখিবদু মণিপুরগী ৱেথ লিফটিংগী শান্নরোয় এন কুঞ্জরানী নি। মহাক্না য়ুকে গী মানচেষ্টরদা পাঙথোকপা অহুমশুবা ৱেথলিফটিংদা, খৃ : ১৯৮৯ সাংহাইদা সেকেন্দ এসিয়ান ৱুমেন ৱেথ লিফটিংদা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা শান্নবদা ভারতকী মিংচৎ পুরকপা ঙমখি। ঙসিসু কুঞ্জরানীনা মশাবু ফিট ওইনা থমদুনা ২০০৬ কী মার্চতা মেলর্বোনদা শান্নবা ৮ শুবা কমন ৱেলথ গেমসতা অচৌবা রেকোর্দ থম্বা ঙমখিবনি। মহাক্না শান্নবগী লমদা খুদোল তম্ববু শকখঙবীদুনা

খৃ : ১৯৯১ দা "আর্জ্জুন এর্ৱাদ" পীদুনা ইকাইখুম্নখি। রেনুবালা চনুনসু ৮ শুবা কম্মন ৱেলথ গেমসতা সনাগী মেদল ফংদুনা ভরতকী মেদল মশিং হেনগৎহনখি।

বোক্সিংগী মশান্নদা হেন্দোক থোইদোকনা নীংথিজনা শরুক য়ারিবা মণিপুরগী শান্নরোই অমদি এম, সি মেরী কোমনি। হৌজিক মহাক ৱার্ল্দ চেম্পিয়ননি । মহাক্না ভারতকী মফম কয়াদা পাঙথোকপা বোক্সিংগী চেমপিয়নশিপতা, ভারতকী ৱাংমদা হঙ্গেরীদা ২০০২, হিসারদা ২০০৩, টাইৱানদা ২০০৫ দা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা শান্নবদা মিংচৎ পুরকখি। মহাকপু ২০০৩ দা ভারত সরকারনা মেরী কোমবু "অর্জ্জুন এৱার্দ" পীদুনা খৃ : ২০০৫ দা পদ্মশ্রী পীদুনা ইকাইখুম্নবসি মতিক চায়।

মতম অমদদি ওলিমপীক গেমসতা নুপীনা শরুক য়াবা য়ামদবনি। অদুবু ঙসিদি নুপীনা ওলিমপিক গেমসকী শান্নবদা থোইদোকপা মহাও অমা হাপপা ঙমলে। জিমনাষ্টিক, টেনিসনচিংবা মশান্নদদি নুপীনা নুপাদগী হেন্না ফজনা মায় পাকলে। শান্নবনা মণিপুরী নুপীদা তোপ তোপ্পা শক্তম অমসু হোংদোকহল্লে । নুপীদি পাঙদবীনি, অবলানি হায়নরম্বদু য়াদ্রে। নুপী শান্নরোয়শিংদি মকে শেমদে , শম তেন্না ককই। চেনবা চোংবদা চুনগদবা ফিজোল শেৎলি। মণিপুরদি শান্নবগী মায়কৈদদি য়াম্না ইনাক খুল্লবসু শান্নরোয়শিং মগুণ য়াম্না লৈরবসু শেনথুমগী ফিভমদি য়াম্না ফত্তনা লৈরি। মতম শাংনা মতিক চাবা ষ্টেদিয়ম, এসট্রো তরফ হোকী ফিলদ, সুইমিং পুল, ভেলোদ্রোমনচিংবা মশক উদনা লাকপনি। অদুবু ৫ শুবা নেসনেল গেমস মণিপুরদা পাঙথোকপা অদু নংনবা খুমন লম্পাক্তা অমমমদি শেমগৎতুনা লৈরে। খুল্লকী, চীংলমগী ওইনদি স্পোর্টস এনফ্রাষ্টকচর য়াম্না ৱাৎলি।

হৌজিক চহি খরা অসিদা লৈকাই লৈকাইদা য়াওশংদা স্পোর্টস তৌবা চৎনরকপা অসিনা মীয়ামনা স্পোর্টসবু পুক্লিং থৌগৎপীবগী এৱারনেস

পীবদা মতেং ওইরকলি। ২০০৪ দগী হৌনা ডিপার্টমেন্ট অফ যুথ এফেয়রস অমসুং স্পোর্টসনা ফে : ২৫ বু শান্নরোইশিংগী নীংশিং নুমিৎ হায়না থোন্দুনা নেসনেল অমসুং ইন্টনেসনেল স্পোর্টস পারসনদা ইকাইখুম্নবা উৎপগী থৌরমদা শান্নরোয় নুপীমচা কয়াদসু মোমেন্টো অমসুং সারটিফিকেৎ পীবিখিবা, ইকাই খুম্নবা, পুক্নিং থৌগৎপিবা অসিনা শান্নরোয় ইনোৎ অমা হাপচিল্লে।




মণিপুরগী নুপী শান্নরোই অমনা য়োৎ থাঙ্গৎলি

শান্নবা হায়বসিদি মেদল লৌনবগী, প্রাইজ ফংনবগী ঙাকনত্তে। অৱা পোত্থাবা, নুংঙাইনা মতম লেন্নবগীদমকসু মীপুম খুদিংনা শান্নবা তাই। শান্নবদা নুপীশিংনা হেন্না পুক্নিং চংশিনদুনা হকচাং ফনা থম্বদা কান্নবা ওইগনি। ইচম চম্বা মশান্না, যোগ মশান্না, পাঙ্গল য়াম্না ফুদোক্তবা অহল ওইরবী নুপীশিং ফাওবনা শান্নবা য়াবা মশান্না কয়া লৈরি। মদুদা শরুক য়াদুনা অৱা অনা কাওথোকপা ওইথোকই। অদুবু অয়াম্বা নুপীশিংনা য়ুমগী থৌ পুবদা,

লায়রবগী চৈনাখোলনা য়েরকপদা শান্নবা ইফং ফংবা নত্ত্রে। পিকলিঙৈদা নুপীমচাশিংনা নুমিদাংবাইরমদা লৈকাইগী শুমাঙদা, লমপাক্তা চেন চোংদুনা নাৎকী মশান্না কয়া শান্নরমবদুসু কয়া তৌনরক্ত্রে। লম খোপচিন্নখিদুনা শান্নফমসু ইরৈ লৈশিল্লকত্রে। ঐখোয়না নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল থাক্তা নুপী শান্নরোয় য়াম্না পুথোকপা ঙম্নবগীদমক্তসু পাক্তক্লা নুপীমচাশিংবু শান্নহনবীগদবনি। ইমুংগী অহল মমা মপানা মখোয়বু শান্নবদা পুক্নিং থৌগৎপিফম থোকই। শান্নবদা য়াওবা হায়বসি অরেম্বদা মতম মাঙহনবনি হায়না লৌবা চুমলোই। শান্নবগী মচাক মথুম পিবীদুনা, অফবা চিঞ্জাক পীজদুনা, ঙাকপিশেনবীদুনা নুপীমচাশীংবু শান্নবদা পুক্নিং থৌগৎপিবা য়াবসি অফবা খোঙথাং ওইগনি।

শান্নবগী থৌরম অদুক্কী মতিক পাঙথোকলিমখৈ, ওলেমপিক গেমস তোয়না শান্নরিমখৈ, হেন্না ফবা নহারোল পুথোকপা ঙমগনি। শাওনবা খৎনচৈনবা তোক্কুনা, থকসি খাসি থমদুনা, মীয়াম্না শান্নবদা হেন্না শরুক য়ারবদি সমাজদা ইংথবা, তপথবা, শান্তি পুরকপদা অচৌবা মতেং ওইগনি। ❑

# ওলিম্পিক গেমসতা নুপী

সতাব্দী অসিগীনা অরোইবা, মোর্দন ওলিম্পিক্সকীনা চামরক শুবা মশীং আমেরিকাগী আটলান্টাদা খৃঃ ১৯৯৬ জুলাই ১৯ দা শান্নবা হৌখি। আটলান্টাগী নিংঙোল, বাসকেটবোল শান্নরোই টেরেসা এডর্বাদনা শান্নরোইপুম্বগী মহুৎশিন্দুনা ব্রাশক লৌখি। আটলান্টা ওলিম্পিক্স ১৯৯৬ কী অহানবা সনাগী মেদলদু সুটিংদা পোল্যাণ্ডগী রেনাটা মাউরনা লৌখি। নুপীনা অহানবা ওইনা জর্জ্জসু ওইখি। গ্রীস লৈবাক্কী মমোমলোই ডোলা পাটলীদু না ইভান্দর হোলীফিল্ডগা লোয়ননা ওলিম্পিক্কী মৈরাদু পায়মিন্নদুনা ষ্টেদিয়মদা চেম্পিল্লকপদু মী কোটি কয়ানা শান্নবুংদা চক্তুবসু টেলিভিজনদা অচৌবা কুম্মৈ ওইনা য়েংনখি। চহী ৪ গী তুংদা অমুক খৃঃ ২০০০ দা এষ্ট্রেলিয়াদা অমুক ওলিম্পিক গোমস পাওথোকখ্রে। মদুদসু নুপীনা মশক নাইবা থৌদাং কয়া লৌখি। অসুম্না ওলিম্পিক গেমসতা নুপীনা মাংজিন থারিবসি, মশান্না অসিনা গ্রীক লৈবাক্তা হৌরকপা মতমদুদদি নুপীনা শান্নবা য়াওবদি লায়রদুনা য়েংবা ফাওবা য়ারম্বা নত্তে।

নীংশিংবা য়াই ওলিম্পিক গেমস হায়বসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৭৬ তা গ্রীস লৈবাক্তা হৌদোকখিবনি। মশান্না অসি ওলিম্পিয়াদা লৈবা জিয়স লাইনিংথৌ পুজাগা মরী লৈননা পাওথোকপনি। অদুনা শান্নবা অসি য়াম্না লুনা, নিয়ম ঙাক্লা পাওথোকপা তারমই। গ্রীকমচাতনা শান্নবসি য়াওবা য়ারমবনি। গ্রীসকী কোলোনী অতৈদগী শান্নরোই য়াওবা কায়নথংদা য়ারকপনি। শান্নবদা মকোক ওইবা চেম্পিয়ন্দুনা য়াম্না অব্রাংবা থাক্কী

ইকায়খুম্নবা ফংই। মঙোন্দা পীবা মনাদি চোরফোন মনাগী লুহুপ অমতনি। মদুগী মনা অদু হৌজিক মতমগী সনাগী মেদলদগী হেন্না মগুন লৈবা ওইরম্মই। ওলিম্পিক চেম্পিয়ন্দুগী মরমদা থাগত্তুনা ব্রারেং শৈরেং ইদুনা থম্মী। শান্নবদুদা মীচং মীখায় নাইবা য়াদে। অচান মীরায় নাইরোই হায়না জর্জ্জশিংনা যজ্ঞগী ঈদা মখুৎ লুপ্তুনা ব্রাশক্লগা শান্নবদু য়েংশিনবা তাই। অখন্নবা চীঞ্জাক চাবা তাই। শান্নবদা মায় পাক্লবা পুজা লংজা তৌই। শান্নবা হৌনবগীদমক য়ুমথংনবা লৈবাক্কা খৎন-চৈনবা লৈরবসু সন্ধি তৌনৈ। গ্রীস লৈবাক ব্রাংমগী শান্নরোয় অমনা চেম্পিয়ন ওইরবদি মাবু ওক্লবগীদমক ঙমখৈগী চেকপলদু থুগায়নৈ। নুংশা মঙালদগী কুমারী নুপীমচা অমনা মৈ চমখত্তুনা জিয়স লাইনিংথৌদা কৎলগা শান্নবদু হৌই। কনাগুম্বনা নিয়ম থুগায়রবদি শিবগী দণ্ডি ফংই।

মফম মতম খুদিংদা অচুম্বগীদমক দণ্ডি ফংবা, শিবা কিদবা নুপী অদুমক লৈ। রোদস লৈবাক্কী ফেরিনীসসু অদুগুম্বী নুপী অমনি। মহাক শান্নববু পামজবা, শান্নবদা থব্রায় য়াওবা ইমুংগী মচানি। মহাক্কী মপা, মবুং মৌপ্পা লোয়নমক ওলিম্পিক্কী চেম্পিয়ন ঙাক্লি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবসু মহাক্লা মচানুপা পিসি দোরসপু ওলিম্পিক্কী এরেনাদুদা য়েংনিংখি। মদুগীমদমক মহাক্লা নুপাগী ফিজেৎ শেত্তুনা শান্নবুংদা লাকখি। মচানা চেম্পিয়ন ওইরে হায়না লাওথোরকপদা হরাওমনখ্রদুনা চেনশিন্দুনা মচাবু কোনশিনবীরম্মই। মদুদা ময়াম্না মাবু মশক খঙখ্রে। অদুদগী মাবু ফাদুনা শিবগী দণ্ডি পীনবা তৌখি। শান্নববু পামজবদগী মচাবু চেম্পিয়ন ওইহন্নবা শেমগৎপা নুপীনি হায়না জর্জ্জশিংনা খন্নদুনা মহাকপু মথব্রায় কানবীখি। ফেরিনীসকী থৌদোক অদুগী তুংদগীদি শান্নরমদাইদা শান্নরোয় খুদিংমক মফি লৌথোক্তুনা নুপা নুপী মশক খঙদোক্লবা চাংয়েং তৌখি। খৃষ্টগী চহি ৬৭ শুবদা সম্রাট নিরোনা জর্জ্জদা শেল পীজদুনা চোরফোন মনাগী লুহুপদুতং ফংনবা তৌখিবা অদুদগী ওলিম্পিক গেমস মরাই চায়থবা হৌখি। খৃঃ ৩৯৪ দা রোম লৈবাক্কী সম্রাট থিওদোসসনা ওলিম্পিক গেমস পাঙথোকপা থিংজিনখি।

তরামাপল শুবা সতাব্দীদা ফ্রান্সকী এদুকেটর বেরোন দি কোবরটিননা হোৎনদুনা খৃঃ ১৮৯৬ তা মোর্দন ওলিম্পিক গেমস অমুক নৌনা হৌদোকখিবনি। অদুদসু নুপীনা শরুক য়াখিদে। নিংথৌ জর্জ্জনা মহারানী ওলগা গা লোয়ননা ওলিম্পিক্তু হৌদোকপা লাকখি। মদুদা নুপীনা ওলিম্পিক গেমস য়েংবদি হৌরে। নুপীনা ইহান হান্না ওলিম্পিক গেমসতা শরুক য়াবা হৌখিবদি খৃঃ ১৯০০ গী পেরিসতা পাঙথোকখিবা অদুদনি। মদুদা য়াওখিবদু নুপী তরুক খক্তনি। মতুংগী ওলিম্পিকশিংদা নুপীশিংনা মশীং হেনগৎনা শরুক য়ারকখি। খৃঃ ১৯২০ গী ওলিম্পক্সতা নুপী ৩৬, খৃঃ ১৯১২ গী ষ্টোকহোমগীদা নুপী ৫৭, খৃঃ ১৯২০ গী এন্টরপ ওলিম্পিক্সতা ৬৩, খৃঃ ১৯২৪ গী পেরিস ওলিম্পিক্সতা ১৩৬, খৃঃ ১৯২৮ গী এমসদরদমগীদা য়াওখিবা নুপী মশীং ২৯০ নি। খৃঃ ১৯৭২ গী মুনীক ওলিম্পিক্সতদি মশিং ১৬৩৬ ওইখি। অসুন্না নুপীনা ওলিম্পিক গেমসতা শরুক য়াবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি।

ভারতকী ওইনদি খৃঃ ১৯৮৬ কী মেলর্বোন ওলিম্পিক্সতা নুপী শান্নরোয় মেরী লীলারাওনা ইহান হান্না শরুক য়াই। ঙসিদি পৃথীবীগী খ্বাইদগী ফবা এথলিট তরাদং খনগৎপদা নুপীসু শিংথবা য়ারে। হোল্যাণ্ড লৈবাক্কী শান্নরোই ফেনী ব্লেংকর্স কোয়েননা ১৯৪৮ গী লণ্ডন ওলিম্পিক্সতা সনাগী মেদল মরী ফংখি। খৃঃ ১৯৫৬ কী মেলর্বোন ওলিম্পিক্সতা চহি ১৭ তা ঙাইরিবী বেটি কুথবর্টনা সনাগী মেদল অহুম ফংখি অমসুং মিটর ১০০ গী লমজেলবু সেকেণ্ড ১১.৪ চেন্দুনা পৃথীবীগী অনৌবা রেকোর্দ থমখি। ইউ এস অরগী তামারা প্রেসনা শোটপুটতা ফুট ৫৯ গা ইঞ্চি ৬, ডিসকস্‌তা ফুট ১৮৭ ইঞ্চি ১০.৫ লংদুনা পৃথীবীগী অনৌবা রেকোর্দ থমখি। মুনীক ওলিম্পিক্সতা জিমনাষ্টিক্কী মায়কৈদা নুপীশিংনা হেন্দোক থোইদোকনা ফজনা শান্নবা উৎখি।

ভারতকী ওইনদি ওলিম্পিক গোমসতা নুপীনা মতম শাংনা মেদল ফংবা ঙমদনা লাকপনি। খৃঃ ১৯৮০ গী মোস্কো ওমিম্পিকক্তা নুপী হোকিদা ভারতকী আশা লৈ হায়না খন্নখিবনি অদুবু য়াখিদ্রে। ১৯৮৪ গী লোজ এনজেলিসকী ওলিম্পিকক্তা ভারতকী নুপী শান্নরোয় পিটি উষানা মিটর ৪০০ গী লমজেলদা মরীশুবা পোজিসন তাখি। খৃঃ ২০০০ কী মেলর্বোন ওলিম্পিকতা ৱেট লিফটিংদা শেঞ্জেংগী মেদল অমা কর্নম মালেস্বরীনা ফংবা ঙমখি। মণিপুরগী শান্নরোই সনামচা চনূসু মাগী কেটেগোরীদা ওলিম্পিক গেমস অদুদা শরুক য়াবদি ঙমখি। মণিপুরগী নুপী শান্নরোয়শিংদা শান্নবগী খুদোংচাবা, শান্ন-খুৎলায়, অফবা চীঞ্জাক, মতিকচাবা ট্রেনীং অমসুং পুক্রিং থৌগৎপীবা ফংহনবীরবদি নোংমদি ওলিম্পিক গেমসতা মশান্না কয়াদা নুপীনা সনাগী তকমান ফংলোইদবগী মরম লৈতে। হোৎনরগা মীওইবনা হেন্না য়াঙবা, হেন্না ৱাংবা, হেন্না কনখৎপা ওইথোকই হায়দুনা ওলিম্পিক্কী মোটো সিটিয়স, এলটিয়স, ফোরটিয়স ওইরিবনি।

হৌজিক্তি মণিপুরদা শান্নখোৎনবগী লমদা ইফ্রাষ্ট্রকচর খর শেমগৎলক্লে। ষ্টেদিয়ম লৈরে, সুইমিং পুল লৈরে, এষ্টোতরফ হোক্কী ফিলদ লচিংবা লৈরে। মসিগী খুদোংচাবা ফংবদগী অমসুং নুপীশিংনা কন্না হোৎনজরকপগী মহয়না ঙসিদি শান্নবগী লমদা মণিপুরগী নুপীশিংনা খুমাং চাওশিনবা ঙমলে। সরকারনসু চহী খুদিংগী ওইনা খৃ: ১৯৮২ দগী হৌনা নেসনেল অমসুং ইন্টনেসনেলগী শান্নরোইশিংদা স্পোর্টস ইনসেনটিভ এৱার্দ পীবা হৌরে। অদুনা ঙসিদি মণিপুরদগী ওলিমপিক গেমসতা শরুক য়াবা শান্নরোই কয়া লৈরে। নুপাশিংদা নত্তনা নুপীশিংসু ওলিমপিকতা শরুক য়াবা ঙল্লে। ওলিমপিক গেমসতা শরুক য়াখিবা মণিপুরগী নুপী শান্নরোইশিংদি –

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | এল. ব্রোজেশ্বোরি দেবী (৫২ কে.জি.) | জুদো | সিদনী, অষ্ট্রেলিয়া-২০০০ |
| ২। | টিএইচ. সনামচা চনু (৫২ কে.জি.) | ৱেদলিফটিং | সিদনী, অষ্ট্রেলিয়া ২০০০ |
| ৩। | এন. কুঞ্জারানী দেবী (৪৮ কে.জি.) | ৱেদলিফটিং | এথেন্স, গ্রীস-২০০৪ |
| ৪। | এল. বোমবেলা দেবী | আর্চরি | বৈজিং, চাইনা ২০০৮ |
| ৫। | কেএইচ. তোম্বী দেবী (৪৮ কে.জি.) | জুদো | বৈজিং, চাইনা ২০০৮ |

নুপীমচা শান্নরোয়শিংদা পুক্লিং থৌগৎপিদুনা, ফজনা কোচিং তৌবীদুনা, মখোয় মশানা খরদং হেন্না হোৎনরবদি ২০১২ কী ওলিমপিক গেমসতদি মখোয়না সনাগী মেদল লৌবা ওইথোক্কনি। ❑



# কাঙলুপ মশেল উংখৎনবা তেমশিনবদা নুপীগী থৌদাং

ঐখোয়গী লৈবাক অসি কাঙলুপ কয়াগী মীশিংনা কুইরবা মতমদগী হৌনা নুংশিনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরক্লি। তোঙান-তোঙানবা লৈ মখল কয়ানা পরেং ওইনা লেংদুনা নিংথিরবা লৈ পরেং অমা শেম্বগুম তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা, জাৎ খেন্নবা মীওই ময়াম্না পুন্সিন্দুনা লৈবাক অসি শেমগৎলকই। মীওই খুদিংমক্না মানা মানা ওম্বা, হৈবা মওংদা খুদোল তমদুনা লৈবাক অসি ফেনা চাউখৎনবা হোৎনরকই। হিন্দু, মুসলীম, সিখ, ইসাই, চীংমী-তন্মী পুন্নমক হুম্না লৈবাকসিগী মচা ওাকনি। ঐখোয় খুদিংগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈ অমত্তনি। মতাং অসিদা বৈজ্ঞানীক জুলিয়ন হক্সলেনা হায়খিবা ৱাফম-"ঐখোয়গী হকচাংগী উনশা অসি লৌথোকখ্রবদি তোংশা, শিংলী, শরু-শয়াংসি মী পুন্নমক্কী চপ মান্নে" হায়বদু নীংশিংবা য়াই। মসিনা তাকপদি মী অমগা অমগা খেন্নবা লৈতে। বৈজ্ঞানিক্কী মীৎয়েং অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়না ওাসি থেংনরি মদুদি কনাগুম্বা অমা লায়না অমনা নাদুনা নৎত্রগা খুদোংথিবা থোকপদগী ঈ দরকার লৈরবদা ব্লদ বেঙ্কতগী লৌরগা হাপ্লি। মদুগী ঈ অদু ধর্ম্ম, জাৎ খেন্নবা মীওই কয়াগী দানদগীনি। মতৌ অসুম্না কনা অমগী হার্ট, কিদনী, মীৎ লৌথোক্কুনা অতোপ্পা মী অমদা হাপ্তুনা মপুন্সি হিংহল্লি অমসুং মহাক অদুনা সমাজদা অমুক খুদোল তম্বা ওমহল্লি।

মী অমগা অমগা খেন্নবা লৈতে হায়দুনসু, অৱাবদি হৌজিক্কী মতমদা মসিগী ওন্ন তৈনবদা অহোংবা কয়া থোকহল্লে। কাঙলুপকী মরক্তা খৎন-

চৈনবা, নুংশিনদবদগী খুৎ থোক্লবা য়াওরে। ধর্ম্মগী মীংদা মীহাৎ মীপুন কয়া থোক্লে। ধর্ম্ম শাস্ত্রনা অসুম্না হায়রি - "ঈশ্বরদি অমত্তনি; মমিং তোঙান তোঙান্না থোনবনি; মাবু ফংনবগী লম্বীনি তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম, নিতী নিয়ম, লাইশোল।" অদুবু ঐখোয় মীওইবনা জ্ঞান তাবা নৎত্রগা খন্থবা ৱাৎপদগী ওইবা য়াই অদুদি ঐগী ধর্ম্মনা হেল্লি, মাগী ধর্ম্মনা অতোনবনি হায়নরিবসি। ওন্ন তৈনবা ৱাখল অসিনা কাঙলুপ মশেলদা মুক্লবা, নুংশিনদবা তোয়না থোকহল্লি।

মমাংঙৈদগী মণিপুরদসু চীংমী-তম্মী, পাঙল কাঙলুপ খুদিংমক য়াম্না চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরকই। অদুবু হৌখিবা চহি খর অসিদা মণিপুরগী চীংগী লমদা অমসুং তম্পাক্তা কাঙলুপকী ওইবা ইরাং থোকপা হৌরে, নুংশিনদবা হৌরে। খৃঃ ১৯৯২ গী চহি তংখায় চল্লকপা মতম অদুৱাইদগী মণিপুরগী চীংগী লমদমদা কাঙলুপ মশেল উংখৎনরকপা হৌখি। খৃঃ ১৯৯৩ গী মে থাদা মৈতৈ পাঙল খুৎ থোক্লবগী নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। চীংদদি ইরাংদু নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি। মসিদা নুপী অঙাং মরাল লৈতবা মীওই কয়াগী পুন্সি লোমখ্রে। নাগা কুকিগী খুল কয়া মৈ থাদোক্লখ্রে। ফৌগৈ, শীংগৈ অমসুং য়ুমদা য়োকপা শা ষণ কয়া মাংতাকখ্রে। লবুক্তা ফৌথোক চাথোক লৈত্রে। খুজ্ঞা কয়ানা লাঞ্জেলখ্রে। অসিনা মরম ওইদুনা ঈংনা চীক্লা মরা তপ্না লৈরম্বা সনা লৈবাক মণিপুর ঙসিদি খাম্বী মৈৱাইরে। কাঙলুপ অমনা অমবু থাজনদবদগী লোন্না মী ফাবা, ফারগা হাৎতোকপীবা, নুপীশিংবু নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবীবা থৌদোকশিং তোয়না থোকলে।

থোক্লিবা ইরাং অসিগী মরম পূম্নমক্লা থিজিনবা মতম ওইরে। ইরাংসি মতম শাংনা অথিংবা লৈতা চখুরবদি পূম্নমক্কী অমাঙবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্কনি। মসিনা হেন্দোক থোইদোক্লা নুপী অঙাংগী অৱাবা-নুংঙাইতবা হেনগৎহল্লে। নুপীশিংনা মপুরোইবা কায়নবা, মচা কায়নবা, মখোয়দা ওৎপি-নৈবিবা, মখোয়গী ইজ্জৎ মাঙহনবসি কাঙলুপ মশেল

উংখৎনবদগী হেন্না থোকহল্লে।

ফিভম অসি ফগৎনবা, নুপীশিংনা হোৎনবা তারবনি। তুমিন্না ফমদুনা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি য়েংদুনা লৈবা য়ারক্তে। নুপীশিংনা খন্ন নৈনদুনা, মরী লৈনবা মীওইশিংগা ৱারী শান্নবা, ৱারক ৱাতেন্বা, শাংদাইনবগী থৌদাং লৌবা তঙাইফদ্রে। নুপীশিংনা অতোপ্পা সংস্থান কয়াগা খূৎশম্নদুনা অশোক অনাবু সেবা তৌবা, পীজ পীথক তৌবা অমসুং লাঞ্জেনবা মীশিংবু হান্নগী ফিভম হঞ্জিনহনবদা থৌদাং য়াবা তাই। তুং কোইনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনবা পুরক্লবগী মতাংদা মীয়ামদা ভাব তাহন্নবগী নুপী কাঙলুপশিংনা সেমিনার, কনফরেন্স, রেলীনচিংবসু পাঙথোকপা কান্নগনি। মৈরা পায়বী নুপীশিংনসু মফম মতমগী মতুং ইন্না শান্তিগী পাউজেল পীবা ফৈ। অসিদা নত্তনা স্কুলদা অঙ্গাংশিংবু ধর্ম্ম খুদিংগী লাইশোল শকহনবা, ইদতা, খৃষ্টমাসতা, কৃষ্ণ জন্মদা কাঙলুপ খুদিংগী মীওইশিংবু বার্তন তৌনদুনা শরুক য়ামিন্নবা, পুন্না চাকচা হৈজানবদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবা য়াই। টেক্স বুকতসু কাঙলুপ মশেল নুংশিননবা মচাক হাপ্তুনা ইবা দরকাররনি। মরুওইনা নুপীশিংনা অঙাংশিংদা মীনুংশিং থকসি খাসি, মচিন-মনাও ওইবগী, মতেং পাংনবগী ৱাখল্লোন, ধর্ম্মগী পাউতাক, ৱারী ৱাতায় কয়া তাকপী তম্বীবা অসি উংখৎনবা তেমশিন্নবগী অফবা থবকশিংনি। ❑

# বৈজিংদা মালেম নুপীশিংগী মীফম

চীনাগী কোনুং বৈজিংদা ইউ এন ও গী মপোক কুমওন ৫০ শুরকপগী তাঞ্জাদা ১৯৯৫ গী সেপটেম্বর থাদা মালেমগী নুপী পুম্বগী মীফম পাঙথোকখিবসি নুপীগী চাউখৎপা পুরক্লবগী অচৌবা থৌদোক অমনি। মদুদা মালেমগী নপীশিংনা অমগা অমগা ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা খন্ন নৈনদুনা, ৱাখল ফোংদোক্লদুনা মান্নবা, চাওখৎপা, শান্তি পুরক্লবগীদমক তকশিনখি। লৈবাক খুদিংগী ডিলিগেটশিংনা চপ মান্ননা অপাম্বা ফোংদোক্লখিবদি সমাজদা মখোয়গী ফিভম অমসুং থাক ৱাংখৎহন্নবা অমসুং মখোয়গী পুন্সি থবক থৌরম ফগৎহনবা অসিনি। মীফম অদুদা এন জি ও ফোরমনা শীন্দুনা সেমিনার কয়াসু পাঙথোকখি। খন্ন নৈনখিবা হিরমশিংদি নুপীনা থবক তৌবা, হকচাং ফগৎহনবা, এডুকেশন ফংবা, পীকলিবা নুপীমচাগী, অহল ওইরবী নুপীশিংগী, শোয়নাইরবী নুপীশিংগী, অপীকপা কাঙলুপকী নুপীশিংগী সমস্যা, রাজনীতিগী লমদা নুপী, আইন অমসুং নাৎকী থবক থৌরম, নুপীদা ওৎপী নৈবীবা অমসুং নুপীগী অধিকারগী মরমদনি। খন্ন নৈনরবা মতুংদা কান্নগদবা ৱাফম কয়া থবক ওইনা ওস্থোক্লবা পুথোকখি। মীফম অদুনা লোইশিল্লকপদা লৌখিবা বৈজিং ডিক্লেরেসন অদুগী ৱা মচং খরদু খঙজিনবা য়াম্না মরুওই।

*লায়রবা কোকহনবা* - লায়রবা হায়বসিনা নুপীগী অৱাবা হেনগৎহল্লি। লোয়ননা নুপাগা নুপীগা য়াম্না খেন্নহল্লি। অদুনা লায়রবা কোকহন্দুনা নুপীগী শক্তি হেনগৎহন্নবা অথুবা মতমদা অকনবা ৱারেপ, আশাগা লোয়ননা লাইবক কোকহন্নবা থবক লৌখৎলগনি।

*নুপীগী শক্তি হেনগৎহনবা* - সমাজগী থবক থৌরম খুদিংদা নুপীনা নুপাগা মান্ননা চাওখৎপা অমসুং শান্তি পুরকপগী মতাংদা অচৌবা ৱারেপ লৌবা ঙম্নবা, শেন্থুমগী ফিভম ফগাৎহন্নবা, মশা ফগাৎহন্নবা, মখোয়গী ফংফম থোকপা অধিকার ফংহন্নবগী কন্না তকশিনগনি।

*নুপীনা থৌদাং য়াবা* - সমাজগী চাওখৎ থৌরাংগী পোলিসি প্রোগ্রাম লৌখৎপগী তাঙ্কক খুদিংদা নুপীশিংনা শরুক য়ান্নবা নুপীগী সংস্থানশিংনা সরকারগা খুৎশম্ননা থবক লৌখৎপদা পুক্রিং থৌগৎকনি।

*মান্নবা পুরকপা* - নুপীবু খৎতোকপা, নুপাগা মান্ননা খুদোংচাবা পীদবা, নুপীদা অচান মিরাই নাইবা মীৎয়েং লৈবা পুম্নমক কোক্লবা হোৎনগনি। মদুগা লোয়ননা নুপীনা শেন্থুমগী মতাংদা নিংতম্বা ফংহন্নবা, থবক ফংহন্নবা, মখোয়না অৱাবা পোৎলুম পুবা কোকহন্নবা, লায়রবা কোকহন্নবগী মতাংদা থবক লৌখৎকনি অমসুং নুপীনা ইবা পাবা, টেকনিকেল, ভোকেসনেলগী ট্রেনীং মখা চথনা তম্বগী খুদোংচাবা পুম্নমক পীগনি।

*শান্তি পুরকপা* - নুপীদা ওৎ নৈবা তোকহন্দুনা, সমাজদা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবা ঙম্নবা নুপীগী শক্তি, মতীক মঙাল ফুদোক্লবা খুদোংচাবা পুম্নমক ফংহনগনি।

*তুংকোয়না চাওখৎপা* - তুংকোয়না নুপীগী চাওখৎপা পুরকপা ঙম্নবা নুপীশিংদা লম পীবা, শেল শান্দোকপা, সাইন্স অমসুং টেকনোলোজিগী, ভোকেশনেলগী ট্রেনীং, ঈ পাউ অমসুং ললোল ইতিক তৌবগী খুদোংচাবা পুম্নমক পীগনি। মসিগীদমক জাতি অমসুং অন্তরজাতিগী সংস্থান পুম্নমক মতেং পাংনগনি।

বৈজিং ডিক্লেরেসন অসিবু থবক ওইনা পাঙথোক্লবগীদমক্তি লৈবাক লৈবাক অদুগী সরকারগী থবক থৌরম অমসুং থৌশিল অদুগী মখা পোল্লি। য়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা ৱাফম অমদি বৈজিং কনফরেন্সকী ৱারেপশিং অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা ভারতকী ওইনা "নেসনেল পোলিসি ওন উইমেন" শেম্বা হৌখ্রে। মসিগী পান্দমদি (১) নুপাগা নুপীগা হিরম খুদিংদা মান্নবা পুরক্লবা ফিভম শেমগৎপা। (২) লন্নাই অমসুং পব্লিকী মরক্তা, পোলিসি প্রোগ্রাম শেম্বদা নুপীগী ৱারোল মত লৌবা। (৩৪) মান্নবা অমসুং হক ফংনবা হোৎনবা নুপী অমসুং সংস্থানবু শৌগৎপা। (৪) নুপীগী শক্তিবু হেনগৎহনবা অমসুং শক্তিবু থবক্তা শীজিন্নবা। (৫) নুপীদা, অঙাংদা, মথোক কারকপশিংবু ওৎ নৈবা, অশেপ্পা মীয়েং য়েংবা, অচান মীরায় নাইবা, দ্রগ লান্না শীজিন্নবা, ঐচ, আই ভি মহিক পকপা পুম্নমক থিংবা। (৬) চাওখৎ থৌরাংগী থবক থৌরম খুদিংদা নুপীবু য়াওহন্দুনা সমাজগী অচুম্বা মওং অমা পুরকপা। (৭) পুক্সিগী থবক থৌরম খুদিংদা নুপাগা নুপীগা খুদোংচাবা মান্ননা পীবা অসিনচিংবা অসিনি।

নুপীগী মতাংদা শেম্বা নেসনেল পোলিসি অসিনা থবক ওইনা ওন্থোকপদা মণিপুরগী নুপীশিংসু কান্নবা খরদি ফংলবা য়াই। ❑

## সেক্সুয়েল হেরাসমেন্ট এট ৱাক প্লেস
## (থবক শূফম নোমফমদা নুপীবু শরাক তম্বা)

হৌজিক্কী মতমদা নুপীশিংনা অফিসতা, অতৈ শুফম নোমফম কয়াদা থবক তৌদুনা শেল থোক্লবা থবক তৌরি। মসিগী মরমদি মতম অমদা য়ুম ইংখোলদগী অফংবা পোৎ খরনা চম্লা হিংনরম্বদু য়ারক্রে। ফিরোল শেৎপগী মতাংদসু নুপীশিংনা লং চিংদুনা, য়ুমগী শেৎন চান্নবা ফিরোল শারগা শেৎন ইন্নরম্বনি। হৌজিক্কী মতমদদি মখল কয়াগী ফিরোল শেৎনরে। চাবা থকপগী মতাংদসু অদু মওাই। মখল কয়াগী চিঞ্জাক চান্নবা হকচাং ফনা থম্নবা। শম্না হায়রবদা হিংবগী থাক ষ্টেন্দার্দ অফ লিভিং অসি য়াম্না ৱাংখৎপা পাম্নরকল্লি। ইমুং অমদা নুপাতনা শেল থোক্লগা ইমুংগী চাবা, শেৎপা, অঙাংগী লাইরিক লাইশু তম্বগী খরচ কোন্নবা ঙমদ্রে। অদুনা নুপীশিংনা শেল থোকপগী তঙাইফদবা লৈরে। লোয়ননা নুপীশিংনা নীংতম্না মরোমদোম লেপচবা ঙম্নবগীদমকসু মশাগী শেন্থোক লৈজবা তাঙাইফদবনি। অদুনা মওং অমদা নত্রে অমদা নুপীশিংনা য়ুমগী মপালদা থবক শূনোমদুনা শেল তান্নরি।

অদুবু শেল থোক্লবা শূ নোম্বদা নুপীশিংনা লেমজবা থবক তমক ফংবা নত্তে। অফিসতা স্কুলদা, ফার্মদা থবক তৌবতা নত্তনা চেক শুফমদা য়ুমকৈ শাবগী জুগালি ওইবগী থবক তৌরল্লি। অসুম্না নুপীনা থবক তৌবা অসিদা থবক শুবগী অৱাবা অদুতা নত্তনা মশানা য়াদবা মওংদা নুপাশিংনা নুপীবু মখল মখাগী মখোয়গী ইন্দ্রি পেন্নবগীদমক নুপীশিংদা ওৎপী নৈবীরি,

খুদোংচাবা লৌবীরি, মখুৎ শাংলি, অকাম্বা খোল শীজিন্নরি, খুঙম শাঙম তৌবীবগী, নুংঙাইতবা থোকলি। লেমজনা হিংবদা অন্নাবা থেংনরি।

অসুম্না তৌবা অসিদা নুপীশিংনা খাঙজিন্দুনা লৈবা ঙমলকত্রে। অদুনা ৱাকৎ থাঙ্গৎপা হৌরকই। খৃ: ১৯৯০ গী অঙনবদা রাজাস্থানদা সরকারগী থবক তৌবী নুপী অমদা মানা থবক তৌরিঙৈদা মহাক্না সেকসুয়েল হেরাসমেন্ট মায়োক্লরে। মাবু তোয়না রেপ তৌবীরে।

মহাকতা নত্তনা লৈবাক্কী মফম কয়াদগী নুপীশিংনা অসিগুম্বা থৌদোক থোকপগী রিপোর্ট লৈখ্রবনি। মসিদগী লাকলিবা ৱাহংদি থবক পীরিবা মীদুনা নুপীশিংদা মখোয়না থবক শূবদা য়ৈখায় থিনগায় থোকহনবা ফিভম মফম শেম্নীবা দরকার ওইদ্রিব্রা হায়বসিনি।

থবক শূফম নোমফমদা থোকলিবা মখল কয়াগী সেক্সুয়েল হেরাসমেন্টকী মতাংদা নুপীবু ঙাকপি শেনবীবা পামজবা সোসিয়েল ৱার্করশিংনা থারকপা দরখাস্থ লৈখ্রে। সুপ্রীম কোর্টনা খৃ: ১৯৯৭ গী আগষ্ট ১৩ দা য়াম্না শীংথানিংঙাই ওইবা রাই অমা তাখি। মদুবু ভিশাখা গাইদ লাইনস হায়রগা খঙনৈ Vishaka Vs State of Rajasthan (1997). নুপীশিংনা হিরম অসিদা খঙজিনহনবা আবটিকল অসিগী পান্দমনি। সেক্সুয়েল হেরাসমেন্ট হায়বসিদা য়াওরিবসি অপান্ননা হকচাংদা ঙাথু থেংথু তৌবা, পায়বা, সেক্সকা মরী লৈনবা অকাম্বা ৱাহৈ শীজিন্নবা, অকাম্বা ফোটো লাইরিক উৎপা, হকতিন্ননিংবগী অপাম্বা ফোংদোকপা অসিনচিংবনি।

সেক্সুয়েল হেরাসমেন্ট এট ৱার্ক প্লেস অসি ভারতকী সংবীধানগী নুপীদা পীবিবা অধিকার কয়াবু শীংনবনি মসিনা নুপীগী ইকাইখুম্নবা লেমজবা মাঙহল্লি হায়বসিদনি সুপ্রীম কোর্টনা রাই অসি পীখিবসি। সুপ্রীম কোর্টনা পীখিবা রাইগী মরমদি থবক শূফম নোমফমদা সেক্সুয়েল হেরাসমেন্ট তৌবা হায়বসি ভারতকী সংবীধাননা পীবা ফন্দামেন্টেল রাইট কয়াবু শীংনবনি,

থুগায়বনি খুদম ওইনা হায়রবদা Right to equality and equal protection of the laws (Article 14), the right to life and liberty (Article 21) and the right to practice any trade or profession (Article 9(1)। সংবীধানগী আরটিকল ১৪১ গী মতুংইন্না সুপ্রীম কোর্টনা পীবা গাইদ লাইনস, অমসুং নোর্মশিংদি আইননি হায়না লৌগদবনি হায়বনি।

সুপ্রীম কোর্টকী রাই না হায়রিবদি থবক শূফম নোমফমদা থবক শূহল্লিবা মী (employers) অদুনা সেক্সুয়েল হেরাসমেন্ট থোকহন্দবা শীনগদবনি, করিগুম্বা থোক্লবদি মদুবু শাংদাইনবা নত্রগা মরাল লৈবা মীবু দণ্ডি পীন্ননবা থবক লৌখৎকদবনি হায়রি। মসিগীদমক এমপ্লোয়ারদুনা, কম্পনীদুনা কমপ্লেন্ট কমিটি অমা শেমগদবনি। কমিটি অদু শেমগৎপদা ইনগদবা নিয়মদি -

(ক) কমিটি অদু নুপী অমনা মকোক ওইনা লুচিংগনি,

(খ) মদুদা য়াওরবিা মেম্বরশিংগী তংখায় অমা নুপীনা ওইগদবনি।

(গ) নন-গোভনমেন্ট ওরগেনাইজেসন অমদগী নত্রগা হিরম অদুদা খুৎলোইগদবা এজেনসি অমগী মীহুৎ য়াওহনগদবনি।

(ঘ) ব্রাকৎ অদু য়াম্না অরোনবা মওংদা অতৈদা ব্রা ব্রা লাওহন্দনা পাঙথোক্কদবনি।

(ঙ) কমিটি অদুনা সেক্সুয়েল হেরাসমেন্টকী রিপোর্ট অমা চহীগী ওইনা সরকারদা, মরী লৈনবা দিপার্টমেন্টতা খুদম ওইনা মিনিষ্ট্রি অফ লেবর, দিপার্টমেন্ট অফ ৱুইমেন এণ্ড চাইলদ, মিনিস্ত্রি অফ সোসিয়েল জষ্টিস এণ্ড এমপারমেন্ট নত্রগা নেসনেল কমিশন ফোর ৱুইমেনদা লানখৎকদবনি - অসিনি।

নেসনেল কমিশন ফোর বুইমেন (NCW) না হিরম অগী মতাংদা থবক খরসু লৌখৎখ্রে। ময়ামগা খঙনরি মদুদি NCW দি নুপীদা অচুম্বা বিচার ফংহনবা, নুপীগী অধিকার ঙাকশেন্নবা, অমসুং নুপীদা শক্তি পীননবা ভারত সরকারনা শেমগৎপা ওটোনোমস বোদি অমনি। কমিশন অসিনা ১৯৯৬ তা অহানবা ওইনা "Sexual harassment of Women at workplace" হায়বসিগী মতাংদা থিজিনবা, য়েংশিনবা হৌখি। কমিশন অসিনা স্পোনসর তৌদুনা ওরগেনাইজ অমসুং অন ওরগেনাইজ সেক্তরদা থবক তৌরিবা নুপীশিংগী সরভে অমা চথদুনা নুপীশিংদুনা থেংনরিবা সমস্যা, মখোয়গী ৱাখল্লোন নচিংবা খঙদোক্লবা হোৎনখি। সুপ্রীম কোর্টনা ভিসাখা কেশকী রাই তারবা তুংদা কোর্টকী রাই অদুগী নোর্ম, গাইদলাইনস অদুগী মতুংইন্না থিজিন্নবা কমিটি অমা শেমলগা থবক্তু চথখি।

খৃ: ১৯৯৮ দা NCW না সুপ্রীম কোর্টকী রাইদুগী মতুংইন্না অরায়বা মওংদা কোদ অফ কন্দক অমা শেমদোক্লগা থবক শূফম নোমদা চৎননবা মদুবু মিনিষ্ট্রিদা, গোর্ভনমেন্টকী দিপার্টমেন্টতা য়েন্থোক্লুনা মথং মথং অতৈদা খঙহনখিনবা থবক লৌখৎখি। NCW না অতৈ অতৈ ষ্টেটশিংগী নুপীগী কমিশনশিং, NGO শিং, মেদিয়াদসু পাউ অসি য়ৌহনখি। মণিপুরগী ওইনদি মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর বুইমেনদি খৃ: ২০০৬ কী দিসেম্বর থাদগীতা থবক হৌবনি। নেসনেল কমিশন ফোর বুইমেননা য়েন্থোকপা কোদ অফ কন্দক অদু ফংখিবা নত্তে। অদুম ওইনমক মণিপুর সরকারদা কমপ্লেন্ট কমিটি অমা শেম্নবা খঙহল্লকপদগী কমিটিদু কাবক কাবক শেম্নবা তৌখ্রে। মচু তাদনা থবক চথদনা কমিটিদু থুপচিনখ্রে, অসিমদি খঙহৌরে নুপীশিংনা থবক শূফম নোমফমদা মখোয়গী ইকাইখুম্নবা লেমজবা মাঙহনবীরবদি ইজ্জৎ মাঙহনবীরবদি ৱাকৎপা য়াই। ৱাকৎ অসি ফংলবদি মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর বুইমেননা থবক লৌখৎনবা শেমশাদুনা লৈরি। ❑

# দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স এক্ট

নুপানা নুপীদা ফুবা, মখজাইদা খুবাক্লা থাজিনবা, খোঙপাক্লা কাওবা, ইষ্টুবা, খোংউপনা কনবা, মখৌরি মেৎপনচিংবা কয়াসি মতম শাংনদগী চত্থরিবা থৌওংনি। নুপানা মকোক থোংবা পেট্রিয়াকেল ফেমিলিদা অসি অদুম হৌনবী ওইনা চৎথে। অদুদা নুপীশিংনা ঙম্বমখে খাঙজে। করিগুম্বদা শিবা ফাওবা থোক্লি। নুপীশিংনা মখোয়না অৱাবা খাঙলিবদু মখোয়গী মমাসু খাঙবা উবদগীনি। মনেম মবেনশিংনসু মদু অদুম খাঙখি। নুপাদি করিসু নাচুংদে, ঐদি নুপানি ঙমই মতানি মনিং তৌই।

ইমুংদা ভাইওলেন্স থোকপসি শেল থুমগী ফিবম ফত্তবা, নুপাদুনা নিশা য়ু থকপা ইমুংদা নম্না থোকই। অদুবু শেল মরাঙ কাইবা, লাইরিক লাইশু হৈবা ইমুংদসু থোক্তবা নত্তে। নুপীদুনা ইকাইদুনা মী খঙহন্দনা তুমিন্না খাংজিন্দুনা লৈবনা অয়াম্বনি। হায়দোকতনা লোৎশিন্দুনা থল্লগসু নুপী অদুগী মশাদা, ৱাখল পুক্নিংদা য়াম্না অৱাবা নুংঙাইতবা পোকহল্লি। মদুনা অঙাং মীরোনবদা, অঙাং পোকপদা খুদোংথিবা নংই। নুপীদুদা সাইকোজিকেল প্রোব্লেম থোকহল্লি। পাখৎপা, নুংনাংবা, শাওনিংবা, নৈতাদবা থোকহল্লি। মখোয়না মীঙোন্দা লৈরম্বা থাজবদু মাঙহনখি। করিগুম্বদা মশা মতোমতা শিজরগে নীংই, শিবসু কয়া অমনি। তাথি তাওইনা তৌই, ওৎলে হায়দুনা হেক্তা খাইনবসু ঙমদে মচাগী খনবদা। অদুনা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স অসি পাথাং পুথাং লান্না লিশাং শিংনা চত্থরক্লি।

কুনমাথোয়গুবা চহিচা অসিদদি থৌওং অসি নুপীগী হক অধিকার রাইট মাওহনবনি হায়বা খঙনরে। মসি থিংনবা আইন শেম্বা হৌরে। ষ্টেট খরদা নুপীগী পুলিস ফোর্স, ক্রাইম এগেনষ্ট ৱুইমেনস সেল হাংবা হৌখ্রে। অদুম ওইনমক ক্রাইমদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। ইংনা চিক্লা শাস্তি ওইনা লৈরম্বা মণিপুরদসু সমস্যা অসি থোক্লি। নুপীদা নমজা নমথেক্লবা, ইমুং মনুংদা নুপীবু ওৎপী নৈবীবা হায়বসি হিউমেন রাইটসকী ইসু ঙাকনি। মসিনা নুপী অদুবু তোম্থবা ৱাখল পোকহল্লি, নুপীদুগী মতীং ফুদোকচবা ঙমহনদে। মসি নুপীগী হক মৎপনি। মসিনা চাওখৎ খোঙথাংদা অপনবা, থিম্থবা পী। অসুম্না তৎতনা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদগী নুপীবু ঙাকশেনবা আইন অমা তঙাইফদবা লৈরে হায়না ফাওনরকপা কুইরবনি।

ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ভারতকী সংবীধাননা নুপাগা নুপীগদা মান্নবা অধিকার পীরবনি। মখোয়না লাইরিক লাইশু তম্বদা, থবক চঙবদা মান্নবা খুদোংচাবসু পীরিবনি। খুদোংচাবদু লৌদুনা নুপী খরদি লাইরিক লাইশু হৈরে। অদুনা অচৌবা ফম পায়বা লৈরে, খুদম ওইনা হায়রবদ অফিসর, প্রোফেসর, চিফ মিনিষ্টর, পারলিয়ামেন্টারিয়াননচিংবা ওইরে। অদুম ওইনমক নুপীদা চথবা ক্রাইমদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। নুপীশিংদা চথ্খরকপা ওৎ নৈবা ভাইওলেন্স অসি থিংনবা পারলিয়ামেন্টনা "Protection of Women from Domestic Violence Act 2005" অসি পাস তৌখিবনি। এক্ট অসিনা মরাল লৈবা মীবু দণ্ড পীবা য়ারগনি।

নুপীশিংনা এক্ট অসিগী মরমদা মুন্না খঙজিনবা চুমগনি।

এক্ট অসি ২০০৬ কী ওক্তোবর ২৬ তগী ভারতকী মফম খুদিংদা চৎনবা হৌখ্রে। মসিদা জম্মু অমসুং কাশ্মীরদি য়াওদে। এক্ট অসিনা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স অসি নুপীনদি অৱাবা খুদোংথিবা নংবা অদুগা মপাল থোক্লা মীনদি খঙবিদবা মীওইবগী অধিকার মাংহনবা থৌদৌনি হায়না লৌই।

নুপীদা তমথিবা শাজৎ চৎপা ওৎপিবা নৈবীবা অসি থেংননবা ইন্দিয়ান কোদ লৈখ্রগসু মসিনা অব্রাবা নংলবা নুপীশিংদা কান্নবা ইফং ফংহনবদি ঙমদে। মদুনা পিরিবা ক্রিমিনেয়েল রিমেদি অদুনা খুদোংথিবা নংলবা নুপীদুদা পংকান কান্নবা ফংহনবা ঙমদবদগী খুদক্তা নুপীশিংদা অব্রাবা কোকহনবা আইন অসি শেম্বনি।

## দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স

"দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স" হায়বসিনা এক্ট অসিগী মপুং ওইবা ব্রাহৈনি। দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স হায়বসিগী মনুং চল্লিবদি তশেংনা কিহনবা নত্রগা হকচাংগী, হকতিন্নবগী, চিনবুংগী, পুক্লিং ব্রাখলগী, শেন্থুমগী ওইনা ওৎপা চৈথেং পীবা অসিনি। নুপীনা লুহোংবদা অউনপোৎ পুরক্তবগী মাগী নুপানা, মরীমতানা ওৎপী নৈবীবসু দোমেষ্টিক ভাইওলেন্সকী মনুং চল্লি। নুপী অদুনা মাবু ওৎপী নৈবীরিবা মী, মাগী নুপা, মরীমতাদুগা য়ুমদা পুন্না লৈমিন্নবা মীওইশিং, অয়োকপা মচা, নুপী য়াওনা পুন্নমকসি আইন অসিনা কোনশিল্লি। অদুম ওইনমক মাগী নুপা অদুগী মরিমতা ওইবা নুপী অমনা অব্রাবা নংলিবা নুপী অদুগী মথক্তা কেশ কমপ্লেন্ট থাবদি য়াদে।

নুপী অদুবু ঙাকপি শেনবীদুনা মখা তানা ওৎনৈবা খুদোংথিবা থোকহন্দনবা এক্ট অসিনা ঙাকলৌ পীরি। মসিদা নুপীদুগী মশাদা অশোকপা অনাবা, হিংবদা পুক্সিদা খুদোংথিবা ওইহনগদবা, হকচাংগী ফিভম কায়হনবা, শোকহনবা, হকতিন্নবদা অরানবা মওংদা নমফু হাফু তৌদুনা নুপীদুবু কিহনবা, তোম্থবা ব্রাখল পোকহদুনা নুপীদুগী লেমজবা মাংহনবীবা কয়াসি থিংবা য়াওরি। অদুগা লোয়ননা নুপী অদুনা য়ুমগী পোৎচৈ, লস্থুম শিজিন্নবা, ইংখোল, য়ুমনচিংবদা লৈবা য়াবগী হক পীরি।

## প্রোটেকসন অফিসর/সারভিস প্রোভাইদর

এক্ট অসিনা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স চৈথেং ফংলবা নুপীদুদা মতেং পীনবা "প্রোটেকসন অফিসর" অমসুং "সারভিস প্রোভাইদর" খনবগী খুদোংচাবা পী। অসিগা লোয়ননা প্রোটেকসন অফিসরদা নত্রগা পুলিসতা নুপী অমবু ওৎপী নৈবীরে হায়বগী পাও পীবা মীশক অদুবু ঙাকশেনবীবগী ৱাফম এক্ট অসিদা য়াওরি। অদুনা পাও পীবা মীদুদা সিভিল নত্রগা ক্রিমিনেলগী ওইবা থবক লৌখৎপা মীদুদা সিভিল নত্রগা ক্রিমিনেলগী ওইবা থবক লৌখৎপা য়াদে। পাও পীরবা তুংদা পুলিসনা নত্রগা প্রোটেকসন অফিসারদুনা খুদোংচাদবা অৱাবা নংলবা নুপীদুদা দরখাস্থ থারক্লবা খঙহনবীগদবনি। নুপীদুনা শেলগী মতেং লৌনবা, য়ুম অদুমক্তা লৈহনবা য়ানবা, নত্রগা ক্ষতিপুরন পীবীনবা মরম হায়দুনা প্রোটেকসন অফিসরদা দরখাস্থ থাবা য়াগনি। নুপীশিংনা মশাগী অধিকার ফংনবগীদমক আইনগী মতেং লৌদুনা শোক্লবদা ফি লিগেল এইদ ফংবা য়াই হায়বদু প্রেটেসন অফিসরনা নুপীশিংদা খঙহনবীগদবনি।

সরকারনা প্রোটেসন অফিসর খনবদা য়ারিবমখৈ নুপী ওইহনবীগদবনি মরমদি নুপীনা নুপীগী সমস্যাবু হেন্না ফজনা খঙবা ঙমই। অদুনা নুপীনা নুপাদগী হেন্না থবক ফজনা লৌখৎপা ঙমই। প্রোটেকসন অফিসরদুনা মেজিষ্ট্রেটবু মাগী থৌদাং লৌখৎপদা অমসুং অৱাবা তারবা নুপীদুনা কোর্টতগী মতিকচাবা বিচার ফংহনবা হোৎনবদা মতেং পাংগদবনি। নুপাবু ওইরবসু, নুপীসু ওইরবসু প্রোটেকসন অফিসর অদু মেজিষ্ট্রেট অদুগী মীৎয়েং মখাদা মথৌ তৌগদবনি।

**সারভিস প্রোভাইদর :** এক্ট অসিদা সারভিস প্রোভাইদরগী সারভিস লৌবগী ৱাফম য়াওরি। সারভিস প্রোভাইদর ওইবদি সোসাইটিজ এক্টকী মখাদা রেজিষ্টর তৌরবা ভলুন্টরী ওরগেনাইজেসন নত্রগা কম্পনী এক্ট

১৯৫৬ কী মখাদা রেজিষ্টার তৌরবা কম্পনী অমনা ওইবা য়াই। অদু নত্রবসু নুপীগী রাইট কন্নবা থবক লৌখৎপা ওরগেনাইজেসন অমনা তৌরবসু য়াই। মখোয়না তৌবীগদবদি ইমুংদা থোক্লিবা ভাওলেন্স অদুগী রিপোর্ট অমা শেম্বীরগা অৱাবা নংলবা নুপী অদু মেদিকেল একজামিনেসন তৌহনবীবা অমসুং মদুগী কোপীদু মেজিষ্ট্রেট নত্রগা প্রোটেকসন অফিসরদা থাগৎকদবনি। সারভিস প্রোভাইদরশিংবু ঙাকপি শেনবীনবা মখোয় অসি ইন্দিয়ান পেনাল কোদ কী সেকসন ২১ গী মতুংইন্না "পব্লিক সারভেন্ট" নি হায়না লাওথোক্কনি। সারভিস প্রোভাইদরগী মথৌদা খুং থিংজিনবা অহে অপা শাবশিংদি আইনগী মতুংইন্না দণ্ডি ফংগনি।

## মেজিষ্ট্রেটকী থৌদাং

এক্ট অসিদা য়াওরিবা মথং মনাও নাইনা চত্থগদবা থবকশিংদি প্রোটেকসন অফিসরনা মেজিষ্ট্রেটতা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্সকী কমপ্লেন্ট অমগী রিপোর্ট পীখৎকদবনি। কমপ্লেন্ট অদু থাঙ্গৎখ্রবা মতুংদগী কমপ্লেন্ট অদুগী মতাংদা য়েংশিনবদু মেজিষ্ট্রেটকী মথৌনি। নুপী অদুদা কমপেনসেসন পীবা নত্রগা যুম অদুমক্তা মাগী লৈফম অদুমক ওইগদবনি হায়বনচিংবগী ওদর পীবা মেজিষ্ট্রেট অদুদা শক্তি পী। এক্ট অসিগী মরুওইবা খুৎলাইদি মেজিষ্ট্রেটতগী প্রোটেকসনগী ওদর ফংবা অসিনি। মেজিষ্ট্রেট অদুনা পীবা প্রোটেকসন ওদরদি অৱাবা নংলবা মী অদুবু শৌগৎপা, ঙাকপি শেনবীবা, নুপীদুদা ওৎপিরবা মী অদুনা অমুক হন্না নুপীদুদা ওৎপী নৈবীবা য়াহন্দবা, যুমদুগী পোৎচৈ বেঙ্ক একাউন্ট লৌথোকপা য়াহন্দবা থিংবা, অসিনচিংবসিদা মেজিষ্ট্রেটকী অয়াবা পীবা অসিনি। প্রোক্টেসন ওরদরদি সিভিল কোর্টনা পাস তৌবা ইনজংসনগা মান্নগনি। মেজিষ্ট্রেটকী পৱারদি য়াম্না পাক চাউই। অৱাবা নংলবা মীদু লৈমিন্নরিবা যুমদগী তাম্থোকপা য়াদে হায়বা, অৱাবা নংলবা নুপীদুনা লৈরিবা মাগী লৈফম শরুকতুদা মাগী মরীমতানা চংবা থিংবা, দরকার লৈরবদি নুপীদুনা তঙাইফদনা ভারাদা লৈবা তারবদি যুমগী ভারা

থিহনবা, নত্রগা লৈফম অমা শিনবীগদবনি হায়বসি মেজিষ্ট্রেটনা ওদর পীবা য়াই। ওর্দর অদুগী অপুনবদু এক্ট অদুদা রেসিদেন্ট ওদর হায়।

নুপাদুনা নুপীদুগা অঙাং মুন্নবগী মতাং লাক্লবদি মেজিষ্ট্রেটনা নুপীদুদা অঙাংদু নুপীদা শিন্নবগী ওদর পীবসু ঙমই। নুপা অদুনা অঙাংশিংদু মুনবা য়ারোই।

এক্ট অসিদা য়াওরিবা হিরমশিং অসি কান্নবশিং অদুগী মথক্তনি। অদুম ওইনমক আইন অসিনা পীরিবা কান্নবশিং অসি দোমেক্টিক ভাইওলেন্সকী চৈথেং ফংলবা নুপী অদুনা অতৈ সিভিল লোদগী তোঙাননা লৈগদবনি। আইন অসিগী মতুংইন্না দণ্ডি ফংলবদি মদু বেলদা থাদোকপা য়ারোই। অব্রাবা নংলবা নুপী অদুনা পীবা প্রমান অদুমক্তনা কোর্টনা ওফেনসকী সেকসন ৩১ গী মতুংইন্না মরাল লৈরবা মীদুনা থোকহনবনি হায়না লৌগনি। ফার্ষ্ট ক্লাস মেজিষ্ট্রেদ অমনা কেস অম লৌখৎপা ঙমই হায়বসি এক্ট অসিনা পীরিবা পারারনি।

**ব্রারোইশিন**

এক্ট অসিনা মওং কয়াদা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্সকী অব্রাবা নংলবা নুপীশিংগীদমক কান্নবা ফংহল্লগনি। ভারত সরকারনা লৌখৎলকলিবা খোঙথাং অসি অচুম্বা মায়কৈদনি, য়াম্না কান্নবা অফবা অমনি। লাইর ইনাকখুনবা খাইদনা নুপী পুম্বদা কান্নহনগদবা জাৎ ধর্ম্ম খাইদনা পুম্নমকনা চৎনবা য়াগদবা এক্টনি।

অদুবু এক্ট অসিনা মণিপুরদা কদায় ফাওবা কান্নবা পীরবগে, এক্ট অসি চলাইবদা খুরৌ চেনবা করি লৈবগে হায়বসিগী মতাংদা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্রুইমেননা কুপ্পা খন্ন নৈনখ্রে। আইনগী লমদা খঙহৈরবা মীওইশিং, পুলিস অমসুং সিভিল সোসাইটিজগী মীওইশিং য়াওনা নুমিৎ

নীনি চুপ্পা খন্ন নৈনখ্রে। এক্ট অসিদা হাপতোক হাপচিন তৌবগী তঙাইফদবা লৈবসু সরকারদা খঙহনখ্রে। Rescue & Shelter Home থম্বা Protection Officer শিং তশেংনা হাপ্পা, অতৈ মথৌ পীদবা সারভিস প্রোভাইদর য়াম্না হাপ্পা অসিনচিংবসি রিকমেণ্ডসনদা য়াওরি। সরকারনা রিকমেণ্ডেসনশিংদু থবকতা লৌখৎত্রিমখৈদি মণিপুরদা এক্ট অসি লৈদুনসু নুপীশিংনা কান্নবা ইফং ফংলোইদৌরি। ❑

# মণিপুরদা হ্যুইমেনস কমিশন লিংখৎলকপা

নুপীদা অচুম্বা বিচার ফংহন্নবা, মখোয়গী হক মৎপিবা থিংনবা থবক লৌখৎতুনা নুপীশিংদা শক্তি হাপকৎনবগীদমক মণিপুরদা নুপীগী কমিশন অমা লিংখৎতুনা থবক তৌবা হৌখ্রে। মণিপুর সরকারগী বিধান সভানা এক্ট অমা শেম্লগা মদুবু ভারত সরকারগী প্রেসিদেন্টনা তাং ২৩।৬।২০০৬ তা অয়াবা পীরদুনা মণিপুর গেজেটতা এক্ট অদু ফোংলে। অদুবু থবক ওইনা চৎনবা হৌখিবদি খৃ: ২০০৬ দিসেম্বর ১২ দগীনি।

এক্ট অসিনা পীরিবা কমিশনগী থৌদাংদি (ক) ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসননা নুপীদা পীবা অধিকার অমসুং নুপীবু ঙাক শেন্নবা লৈবা আইনশিংবু থিজিনবা য়েংশিনবা অমসুং মদুগী মতাংদা নুপীগী য়াইফনবা থবক লৌখৎনবা সরকারদা রিকমেণ্ড তৌবা অসিনি।

অতে থৌদাং খরদি এসুকেসনেল অমসুং প্রোমোসনেল রিসার্চ তৌদুনা নুপীশিংবু লম খুদিংদা মতাং চানা নীংথিনা শরুক য়াবা ঙমহন্নবা, য়ুমলৈ কৈরৈ ফগৎহনবা, হকচাং ফনা থম্নবা, শেম্ছোক লৈহন্নবা থবক লৌখৎপনি।

(খ) কনষ্টিটিউসননা পীরবা খুদোংচাবা (Provisions) অমসুং ষ্টেট অসিদা লৈরিবা নুপীগা মরী লৈনবা, আইনশিংবু থুগায়বদা মরী লৈনবা অথরিটিদা কেশ লৌখৎপা।

(গ) নুপীনা মখোয়গী অধিকার শোক্কে থারকপা কমপ্লেন্ট কেস লৌবা, দরখাস্থ থারকত্রবসু মরম চাই খনবদা সু মুটু কেস লৌখৎপা।

(ঘ) আইন লৈরবসু মদুনা নুপা নুপীদা মান্ননা লৌখৎপিদবা, মদুনা নুপীগী চাউখৎপদা থিস্থবা থোক্লবদি আইন অদুবু য়েংশিন্দুনা শেমদোক শেমজিন তৌহনবা।

(ঙ) সরকারগী পোলিসিদা, গাইদ লাইন্সতা, ৱারেনতা নুপীশিংগী অৱাবা কোকহন্নবা, ৱেলফ্যার পুরক্লবগীদমক মরী লৈনবা অথরিটিদা তকশিনবা য়াওরি।

(চ) নুপীবু তোন্থনা তৌবিবা, খৎতোকপিবা, ওৎপী নৈবীবা সমস্যা লৈবা থিজিন্দুনা মদুগী মরম খঙদোক্লগা মদুবু ফগৎহন্নবা কোকহন্নবা সরকারদা রিক্কমেণ্ড তৌবা।

(ছ) ষ্টেট অসিদা নুপীগী চাওখৎপা, য়াইফ পুরক্লবগী থবক থৌরম্বু করম্বা মওংদা লৈরিবনো য়েংশিনবা,

(জ) জেলদা, রিমান্দ হোমদা, নুপীবু থম্লিবা মফমশিংদা য়েংশিন্দুনা মদুদা নুপীশিংনা খুদোংচাদবা সমস্যা লৈবা থেংনরবদি মদু ফগৎনবা মরী লৈনবা অথরিটিদা রিকমেণ্ড তৌবা।

(ঝ) নুপীশিংনা শূ-নোমলিবদা অৱাবা খুদোংচাদবা থেংনব্রা হায়বদু মরক মরক্তা য়েংশিল্লগা সরকারদা রিপোর্ট থাগৎপা।

নুপীশিংনা বিচার লোয়শংদা চৎপদা খুদোংচান্নবা শেলগী মতেং পীহনবা অমসুং সরকারদা তকশিনবা থবক পূম্নমক লৌখৎপা। লোয়ননা নুপীগী শেন্থুমগী, সমাজগী লমদা ফগৎহন্নবগীদমক প্লানীং তৌবদা শরুক য়াবা অসিনচিংবা কমিশনগী থৌদাংনি।

মথক্তা পনখ্রিবা থবক থৌরমশিং য়েংশিনবা থিজিনবদা কোদ ওফ সিভিল প্রোসিদ্যুর ১৯০৮ গী মখাদা লৈরিবা সিভিল কোর্ট অমগী শক্তি পূম্নমক ৱুইমেনস কমিশনদা শিন্নে। মরুওইবা খরদং পল্লবদা -

(ক) ভারতকী মফম অমদগী হেক্তা মী অমবু সমন তৌদুনা কৌরগা মঙোন্দগী ৱাশক লৌহনবা ওস্বগী শক্তি লৈ।

(খ) দরকার লৈবা দোকুমেন্ট পুথোকহনবা ওর্মই।

(গ) এফিদেভিট তৌবগী প্রমান লৌবা অমসুং অতৈ অতৈ হিরমশিং লৌখৎপা য়াই অসিনচিংবা।

কমিশনগী চেয়র পারসন, মেম্বর অমসুং অফিসার অমসুং এমপ্লোয়ী পূম্নমক ইন্দিয়ান পেনাল কোডকী সেকসন ২১গী মতুংইন্না পব্লীক সারভেন্ট ওইনা থবক তৌগদবনি হায়বা এক্টতা পল্লি। ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংদা নুপীগী কমিশন চহী ১৪-১৫গী মমাংদগী লিংখৎখ্রবনি। নেসনেল কমিশন ফোর ৱুইমেন ইং শক ১৯৯২ দা লিংখৎখি। শক ২০০৬ তা লিংখৎপা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ৱুইমেননা তেনখ্রবা মতমদা নুপীগী এমপাৱারমেন্টকীদমক শীংথাবা য়াবা থবক খরদি লৌখৎখ্রে। পনবা য়াবা খরদি (ক) নুপীশিংবু কৌথোক্তুনা মখোয়গী অধিকারগী মতাংদা পব্লীক হিয়ারিং মফম কয়াদা শীনখ্রে।

(খ) ষ্টেট হোলদরশিংগা ওপন দিসকসন তৌখ্রে।

(গ) খুঙ্গং মায়কৈ পাংলসি - "চলো গাউকী ওর" হায়বা প্রোগ্রামগী মখাদা কমিশনগী চেয়র পার্সননা লুচিংবা টিমনা মণিপুরগী দিস্ত্রিক থুংনা চৎতুনা মনুং হজিন্না লৈবা খুঙ্গংশিংদা, চীংগী লমশিংদা লৈবা নুপী কয়া উনদুনা মখোয়গী ফিভম য়েংশিনখ্রে। মখোয়গী অৱাৎ অপা লৈবশিং

সরকারদা রিকমেণ্ড তৌখ্রে। লোয়ননা নুপীশিংদুদা লিগেল, হেলথ, এদুকেসন অমসুং নুপীগীদমক থম্লিবা ৱেলফ্যার মেজরস কয়াগী মতাংদা এৱারনেস পীখ্রে।

(ঘ) নুপীশিংবু পোজিটিভ ওইবা মওংদা শকতাকনবা, মখোয়না থেংনরিবা অৱাবশিং কোকহনবগী মতাংদা কমিশননা লেপ্পা লৈতনা প্রোগ্রাম লৌখৎলি। সেমিনার, সিমপোসিয়ম, কনসলটেসন শিল্লি। খরদং পল্লবদা দিসকসন ওন ইনদিসেন্ট রিপ্রেজেন্টেসন অফ ৱুইমেনদি মেদিয়া (প্রোহিবিসন) এক্ট ২০০৬, ট্রাফিকিং ইন ৱুইমেন এন্দ চিলদ্রেন, সেমিনার ওন ঐচ আই ভি/এদস, এণ্ড ইটস ইম্পেক ওন ৱুইমেন এণ্ড চিলদ্রেন, দিসকসন ওন ইকোনোমিক এমপাৱারমেন্ট অফ ৱুইমেন, দিসকসন ওন এন্ট্রিপ্রেসনরস এণ্ড সেলফ হেলফ গ্রুপস অমসুং মখোয়ন াপুথোকপা পোৎকী মেলা শিনখ্রে। দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স এক্টকী মতাংদা খন্ন নৈনখ্রে।

অসিগা লোয়ননা কমপ্রেন্ট কেশ কয়া অমা লৌখৎখ্রে। কমিশননা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎতুনা নুপীশিংদা ভাব তাহনবদগী, প্রোগ্রাম কয়া অসি লৌখৎপদগী কমিশনদা কমপ্লেন্ট কেশ কয়া থাঙ্গৎলকখ্রে। তেনখ্রবা মতমসিদা কেশ ১০০ গী মথক্তা লাকখ্রে। মরুওইনা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্সকী, খাইনবগী, খৎনবগী, নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবগী কেশনা মরুওইবনি। কেশশিংগী ৬০% হেন্না মায় পাকনা সোলভ তৌখ্রে। সু মুটু কেশ খরসু লৌখৎখ্রে।

মায় পাক্লা, ময়াম্না পাম্লনা চৎখবা প্রোগ্রাম অমদি "ফেমিলি কাউসেলিং এদুকেশন" নি। ক্লব, মৈরা পাইবী, এন জি ওগা খুৎশম্লরগা কমিশননা লৈকাই কয়াদা পাংথোকপনি। মসিদি ইমুং মনুংদা খৎন চৈনদনা ইমুং মরা তপ্না লৈনবা খন্ন নৈনবগী অখণ্ড অহৈনা তাকপি তম্বীবগী প্রোগ্রামনি। "মিকপ থোকলো নুপী" হায়না মীংথোনবা এৱারনেস জেনেরেসন প্রোগ্রাম অমসু চৎখরি।

মথক্তা পনস্লিবা থবক থৌরমশিং য়েংশিনবা থিজিনবদা কোদ ওফ সিভিল প্রোসিদ্যুর ১৯০৮ গী মখাদা লৈরিবা সিভিল কোর্ট অমগী শক্তি পূম্নমক হ্যুইমেনস কমিশনদা শিন্নে। মরুওইবা খরদং পল্লবদা -

(ক) ভারতকী মফম অমদগী হেক্তা মী অমবু সমন তৌদুনা কৌরগা মঙোন্দগী ৱাশক লৌহনবা ওম্বগী শক্তি লৈ।

(খ) দরকার লৈবা দোকুমেন্ট পুথোকহনবা ওমই।

(গ) এফিদেভিট তৌবগী প্রমান লৌবা অমসুং অতৈ অতৈ হিরমশিং লৌখৎপা য়াই অসিনচিংবা।

কমিশনগী চেয়র পারসন, মেম্বর অমসুং অফিসার অমসুং এমপ্লোয়ী পূম্নমক ইন্দিয়ান পেনাল কোডকী সেকসন ২১গী মতুংইন্না পব্লীক সারভেন্ট ওইনা থবক তৌগদবনি হায়বা এক্তা পল্লি। ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংদা নুপীগী কমিশন চহী ১৪-১৫গী মমাংদগী লিংখৎথ্রবনি। নেসনেল কমিশন ফোর হ্যুইমেন ইং শক ১৯৯২ দা লিংখৎখি। শক ২০০৬ তা লিংখৎপা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর হ্যুইমেননা তেনথ্রবা মতমদা নুপীগী এমপাৱারমেন্টকীদমক শীংথাবা য়াবা থবক খরদি লৌখৎখ্রে। পনবা য়াবা খরদি (ক) নুপীশিংবু কৌথোক্তুনা মখোয়গী অধিকারগী মতাংদা পব্লীক হিয়ারিং মফম কয়াদা শীনখ্রে।

(খ) ষ্টেট হোলদরশিংগা ওপন দিসকসন তৌখ্রে।

(গ) খুঙ্গং মায়কৈ পাংলসি - "চলো গাউকী ওর" হায়বা প্রোগ্রামগী মখাদা কমিশনগী চেয়র পার্সননা লুচিংবা টিমনা মণিপুরগী দিস্ত্রিক থুংনা চৎতুনা মনুং হন্জিন্না লৈবা খুঙ্গংশিংদা, চীংগী লমশিংদা লৈবা নুপী কয়া উনদুনা মখোয়গী ফিভম য়েংশিনখ্রে। মখোয়গী অৱাৎ অপা লৈবশিং

সরকারদা রিকমেণ্ড তৌখ্রে। লোয়ননা নুপীশিংদুদা লিগেল, হেলথ, এদুকেসন অমসুং নুপীগীদমক থল্লিবা ৱেলফ্যার মেজরস কয়াগী মতাংদা এৱারনেস পীখ্রে।

(ঘ) নুপীশিংবু পোজিটিভ ওইবা মওংদা শকতাকনবা, মখোয়না থেংনরিবা অৱাবশিং কোকহনবগী মতাংদা কমিশনননা লেপ্পা লৈতনা প্রোগ্রাম লৌখৎলি। সেমিনার, সিমপোসিয়ম, কনসলটেসন শিল্লি। খরদং পল্লবদা দিসকসন ওন ইনদিসেন্ট রিপ্রেজেন্টেসন অফ ৱুইমেনদি মেদিয়া (প্রোহিবিসন) এক্ট ২০০৬, ট্রাফিকিং ইন ৱুইমেন এন্দ চিলদ্রেন, সেমিনার ওন ঐচ আই ভি/এদস, এণ্ড ইটস ইম্পেক ওন ৱুইমেন এণ্ড চিলদ্রেন, দিসকসন ওন ইকোনোমিক এমপাৱারমেন্ট অফ ৱুইমেন, দিসকসন ওন এন্ট্রিপ্রেসনরস এণ্ড সেলফ হেলফ গ্রুপস অমসুং মখোয়ন াপুথোকপা পোৎকী মেলা শিনখ্রে। দোমেষ্টিক ভাইওলেন্স এক্টকী মতাংদা খন্ন নৈনখ্রে।

অসিগা লোয়ননা কমপ্রেন্ট কেশ কয়া অমা লৌখৎখ্রে। কমিশনননা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎতুনা নুপীশিংদা ভাব তাহনবদগী, প্রোগ্রাম কয়া অসি লৌখৎপদগী কমিশনদা কমপ্লেন্ট কেশ কয়া থাঙ্গৎলকখ্রে। তেনখ্রবা মতমসিদা কেশ ১০০ গী মথক্তা লাকখ্রে। মরুওইনা দোমেষ্টিক ভাইওলেন্সকী, খাইনবগী, খৎনবগী, নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবগী কেশনা মরুওইবনি। কেশশিংগী ৬০% হেন্না মায় পাকনা সোলভ তৌখ্রে। সু মুটু কেশ খরসু লৌখৎখ্রে।

মায় পাক্লা, ময়াম্না পাম্লনা চত্থবা প্রোগ্রাম অমদি "ফেমিলি কাউসেলিং এদুকেশন" নি। ক্লব, মৈরা পাইবী, এন জি ওগা খুৎশম্নরগা কমিশনননা লৈকাই কয়াদা পাংথোকপনি। মসিদি ইমুং মনুংদা খৎন চৈনদনা ইমুং মরা তপ্না লৈনবা খন্ন নৈনবগী অখণ্ড অহৈনো তাকপি তম্বীবগী প্রোগ্রামনি। "মিকপ থোকলো নুপী" হায়না মীংথোনবা এৱারনেস জেনেরেসন প্রোগ্রাম অমসু চত্থরি।

কমিশনদা শিন্নবা হক শীজিন্নদুনা জেলদা লৈরিবা নুপীগী ফিভম য়েংশিনখ্রে। হোসপিতালদা লৈবা অশোক অনা য়েংশিনখ্রে।

নুপীগী পাউজেল পুবা কবি সনমেলন পাংথোকখ্রে। থা ৬/৬ কী ওইবা নুপীগী খোঞ্জেল : ভোইস অফ ৱুইমেন মীংথোনবা জরনেল অমসু ফোংলি। অখণ্ড অহে কয়ানা নুপীগী ইসুশিংদা ইবা আরটিকল কয়া মসিদা য়াওরি।

(১) এক্সপার্ট কমিটি ওন হেলথ, (২) এক্সপার্ট কমিটি ওন লো শেমখ্রে। কমিটি অনী অসিনা মরক মরক্তা মিটিং তৌদুনা নুপীশিংনা হকচাং ফনা লৈনবা, আইন খণ্ডনবগী মতাংদা সজেসন কয়া পীরি।

অসুম্না কমিশননা অপিকপা খোঙথাং খর লৌখৎপদগী ঙসিদি লমদম অসিগী নুপী কয়া মমিৎ পাংলে, মখোয় মরোল থোলে। মসিমক মণিপুর ষ্টেট কমিশন লীংখৎপগী কান্নবা খরনি লৌবা য়াই। ❑




মণিপুর ৱুইমেন কমিশনগী চেয়রপার্সননা খুঙ্গংগী নুপীশিংগা ৱাব তামিন্নবা (ৱা ঙাংবা)



## অইবীগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিংঃ-

**ক) তম্নবা লাইরিক (টেক্স বুক) ওইনা**

ফিজিকেল এডুকেসন (ক্লাস ৱানগী) ১৯৬১, ক্লাস থ্রীগী ১৯৮১; ক্লাস ফোরগী ১৯৮২; ক্লাস ফাইভকী ১৯৮৩; ক্লাস ঐইটকী ১৯৮৩; ক্লাস ঐইট (ইংলিস) ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী ১৯৯১

- অঙাংগী বিজ্ঞান: ভুগোল অনৌবা ১৯৬৮
- এদুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) ক্লাস XI & XII কী ২০০৬।

**খ) রিসার্চ পব্লিকেসন ওইনা**

এডুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১; ফিজিকেল এডুকেসন ইন দি স্কুল অফ মণিপুর (ইংলিস) ১৯৮১; ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ এডুকেসন এন্দ এদজসমেন্ট ১৯৯১; ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ স্পোর্টস (ইংলিস) ১৯৯২।

**।) সাহিত্যগী ওইনা**

খোমজিনবা ৱারেং (রেডিওদা অইবীনা ঙাংখিবশিং) ১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেসন (নুপীশিংগী হকচাংগী শক্তি হেঙ্গৎহন্নবা ইবা ৱারেং) ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (তোঙান-তোঙানবা হিরমদা ইবা ৱারেংশিং)-১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল (অঙাং শেমগৎপগী মতাংদা ৱারেং) ১৯৮৩, খঙনিংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক মনা ফংখ্রবা) ১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৪; কোম্বীং ওপরেসন (ৱারীমচা) ১৯৯৬; নুপীগী য়াকায়রোল (ৱারেং)-১৯৯৭; কোরৌহনবনা ইরোন্নুংদগী খোঙদোইরকপা লমদমদুদা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা ৱারী (ৱারীমচা) ১৯৯৯; কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (লমকোয় ৱারী) ২০০০; অমেরিকাগী খোঙচৎতা (লমকোয় ৱারী) ২০০১; খুরোই হাওরা লমলাংতোং(লম্মাংদোং: বিষ্ণুপুর (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৪; পর্ব্বত কে পার (চীংলোন্দুগী ৱাংমদা) (হিন্দিদা ৱারীমচা) ২০০৫; গঙ্গাগী মতমবাক্তা (মেমোইরস) ২০০৫; শিজলাইওইবী অমসুং মহারাস (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৫; নুংশি খুদোল (ৱারীমচা)-২০০৬, মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মণিপুরী নুপী (ৱারেং) ২০০৭। লৈনম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাৎলি (শৈরেং) ২০০৮। রাসেশ্বরী পলাগী পরম্পরা (কলচরগী মরমদা ৱারেং) ২০০৯। আকাশি গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা (লমকোই ৱারী), ২০০৯। মনিপুরী কলচর এন্দ মনিপুরী ৱুইমেন ইংলিস্তা (ৱারেং) ২০০৯, নুপীগী য়াকায়রোল-অনৌবা ইদিসন (ৱারেং) ২০০৯।

